# লাইরিকসিগী মরমদা

| | | |
|---|---|---|
| ১) লাইরিক্কী মমিং | ঃ- | সূত্রধারী (ꯁꯨꯇ꯭ꯔꯙꯥꯔꯤ) |
| ২) অইবী | ঃ- | লাইপুবম শ্রীমতি বিনো দেবী |
| ৩) অফোঙবা | ঃ- | হিদংময়ুম মধু শর্ম্মা |
| ৪) ফোঙবগী মতম | ঃ- | সেপ্তেম্বর ৫, ২০১১ ইং |
| ৫) ফোঙবগী হক | ঃ- | অইবী অমসুং অফোঙবা |
| ৬) লাইরিক্কী মমল | ঃ- | লুপা ২০০/- (চনি) |
| ৭) থীম (Theme) | ঃ- | মণিপুরী রাস বর্ণনগী সূত্র |
| ৮) লাইরিক ফংফম | ১) | অইবীগী য়ুম<br>ব্রহ্মপুর লাইপুবম লৈকায়<br>ইম্ফাল - ৭৯৫০০১, মণিপুর। |
| | ২) | অফোঙবগী য়ুম<br>ব্রহ্মপুর লাইপুবম লৈকায়<br>ইম্ফাল - ৭৯৫০০১, মণিপুর। |
| | ৩) | মণিপুর সাহিত্য পরিষদ<br>পাউনা বজার, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১ |
| | ৪) | রাজেস বুক স্তল<br>গভর্নর রোড, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১ |
| | ৫) | রোয়াল বুক হাউস<br>কৈশাম্পাৎ জঙ্কসন, ইম্ফাল। |
| ৯) লাইরিক নম্ফম | ঃ- | অরূবা প্রিন্টর্স,<br>পাউনা বজার, ইম্ফাল। |

# য়াওফম তাকপা

# নট সঙ্কীর্ত্তনগী হিরমশিংদা

## লমতাকপীরকপা লমতাকপীরকপীশিং



গুরু মাইসনাম অমুবী সিংহ
১২৬ শুবা মপোক কুমওন
নবেম্বর ২৫, ২০০৭, কংলা হোল, ইম্ফাল



ক্ষেত্রি তোম্বী দেবী
মাইস্কুল, ইম্ফাল



শ্রীমতি নিংঙোম্বম মাধবী দেবী
হৈরাঙ্গোইথোং, ইম্ফাল



খুল্লেম ওংবী নৈপাকলোংপী দেবী
উরিপোক নাওবেমথোং লাইশ্রম লৈকায়, ইম্ফাল

# BIODATA



| | | |
|---|---|---|
| Name | : | **Smt. Laipubam Bino Devi** |
| Father's Name | : | **Late Laipubam Modhumangol Sharma** |
| Date of Birth | : | 1st March 1954 |
| Place of Birth | : | Brahmapur Laipubam Leikai, Imphal, Manipur |
| Present Address | : | Brahmapur Laipubam Leikai, Imphal. |
| Permanent Address | . | Brahmapur Laipubam Leikai, Imhal, Manipur |
| Present Status | | GURU (SUTRA) OF TEACHING UNIT OF JAWAHARLAL NEHRU MANIPUR DANCE ACADEMY, IMPHAL, MANIPUR. |
| Brief History | | Smt. Laipubam Bino Devi is the daughter of Late Laipubam Modhumangol Sharma and Late Laipubam Ongbi Henoubi Devi of Brahmapur Laipubam Leikai, Imphal, Manipur, Her Late mother was well known Nata Sangkritana Singer and associated Manipur Ras Dance of Late Maharani Ngangbi wife of Late Maharaja Shri Churachand Singh at the Shri Shri Govindaji Temple under the Brahma Sabha, Imphal. |
| Training received | 1) | Started training in Ras, Gouralila, Sansenba and the Udukhon at the age of ten from the following Gurus. |

Goura Lilas, Ras Lilas, Sanseba :

a) Guru Late Maishnam Amubi Singh Awardee of Sangeet Natak Academy (New Delhi), Padma Shri (New Delhi)

b) Guru Late H. Tomba Singh, Awardee of Sangeet Natak Academy (New Delhi).

c) Guru Late T. Amudon Sharma, Awardee of Sangeet Natak Academy (New Delhi), Padma Shree (New Delhi).

d) Guru Late Ng. Jugindro Singh

e) Guru Late S. Paka Singh

f) Guru Late Kh. Lokeshwor Singh

g) Th. Babu Singh, Ex-Principal (JNMDA), Imphal Awardee of Sangeet Natak Academy (New Delhi).

h) Shri (Late) Th. Tarunkumar Singh, Awardee Sangeet Natak Academy (New Delhi)

i) Smt. Guru Kshetrimayum Thouranasabi Devi, Awardee of Manipur State Kala Academy (Imphal), Sangeet Natak Academy (New Delhi), Padma Shree (New Delhi).

j) Guru Late Narsing Ibemma Devi

k) Smt. Guru Y. Gambhini Devi, Awardee of Manipur State Kala Academy (Imphal), Sangeet Natak Academy (New Delhi)

Nata Sankritana :

a) Guru Late Gulapi Singh

b) Guru Late Thongbam Munal Singh

c) Guru Late Yumnam Parijat Singh

d) Guru Late S. Kalidamon Singh, Awardee of Manipur State Kala Academy (Imphal), Sangeet Natak Academy (New Delhi)

e) Guru Late K. Ibomcha Sharma @ K. Abhiramsaba Sharma, Awardee of Manipur State Kala Academy (Imphal), Sangeet Natak Academy (New Delhi), and Padma Shree (vocal), New Delhi.

| | |
|---|---|
| Khubak Ishei | : a) Guru Late Subadani Devi |
| Sutra Singer | : a) Guru Late N. Kshetritombi Devi, Awardee of Sangeet Natak Academy (New Delhi). |
| | b) Guru Late Lourembam Tombi Devi, Awardee of Sangeet Natak Academy (New Delhi) |
| | c) Guru Khulem Leipaklotpi Devi, Awardee of Sangeet Natak Academy (New Delhi). |
| | d) Smt. Guru Ibemcha Devi |
| | e) Smt. Guru B. Lairentombi |
| | f) Smt. N. Madhabi Devi Awardee of Sangeet Natak Academy (New Delhi). |
| Tribal Dance | : a) Shri Guru Abui Kabui |
| | b) Shri Guru Abung Kabui |
| Honour & Experiences | : a) Completed Post-Graduate Diploma Course in "Ras Dance" from Jawaharlal Nehru Manipur Dance Academy, Imphal, within 1980 1st Division. |
| Appointment & Office held | : a) Served as Sutradhari and artiste in Ras Lila for about 18 years in the Manipur Jagoi Marup, Imphal and now serving in the teaching unit of J.N.M.D.A. Imphal as Guru (Sutra). |
| Details of the professional career | : a) Performed the programme of Nata Sankritana and Khubak Ishei at the All India Radio, Imphal as B-High Artiste. Ex-Honorary Ras-Sutradhari of Shree Shree Bijoy Govinda. Participated and performed in various festivals and religious cermonies like Sharadha, Marriage etc. |
| Publications & Recordings | : a) Participated in the "Manipuri Nat Ishei" recorded by Manipur State Kala Academy in the year 1982 and also recorded solo by the same Academy during the year 1983. Bindya Rec. Centre, Pishumthong, Imphal also recorded a duet in the year 1984. |

Certificates & Awards : a) Conferred "Thouranisabi Gold Medal" by Manipuri Sahitya Parishad (well known and premier cultural and literary Institution of Manipur) in Sutra Singing, Rass-Dance and Gostha in 1989.

b) Awarded the highest honour namely "Manipur State Kala Academy Award" for the year 1999 in recognition of my profound contribution to the field of Rass-Sutra.

c) Awarded Sangeet Natak Akademy Award-2009.

Achievement & contribution in the field of Arts : Participated and visited many important places in and abroads India which are listed below:

i) Manipur Documentary Film (1965)

ii) The Gandhi Centenary, Gandhi Exhibition organized by Manipur State exhibition committee of Manipur, Gandhi Centenary at Jiribam, Manipur (1968).

iii) Performed at many places viz, Rastrapati Bhavan, Ashoka Hotel, New Delhi, Punjab, Jammu & Kashmir, Sikkim, Andhra Pradesh, Mumbai, Kerala, Gujarat, Assam, Tamil Nadu, Bengal and Chandigarh etc.

iv) (1975) participated at the Asian Youth Festivals organized by the Ministry of Education Arts & Culture, Government of India in Japan.

v) (1982) participated at the Asian Games Culture Programme in New Delhi.

vi) (1982) participated at the India's Cultural Exchange Troops and performed at many programme in Tokyo (Japan), Hongkhong, Makao (China) and Thailand.

vii) (1985) participated at the India Festivals as Sutradhari, Gopi in "Ras Dance" and also

take part in Khubak Ishei (Traditional Manipur Nat) in USA, Germany and Canada.

ix) Acted the role of Krishna's Mother in Gostha Sansenba for the last 10 years inShri Shri Govindajee Temple, Imphal.

x) Served the people of Manipur at Nata Sankritana and Rass-Lila, lead artiste for the last 20 years in various places of the State and Outside.

xi) One of the prominent artistes of Nata Sankritana and Manipur Dance- a rare combination confined to only few artistes.

xii) (1986) participated at the Asian Games Cultural Programmes at SEOUL (South Korea) and performed many programme at Philippines and Thailand.

xiii) (1991) participated at the India Festivals as Sutradhari Gopi in "Rass-Dance" and also take part in Khubak Ishei (Traditional Manipur Nat) in Germany.

xiv) (1997) participated at the 50th years of India Independence Celebration in South Africa.

xv) Deputed to "Kalakshetra Foundation" of Chennai to train the staff members and students of the istitution in Manipur Folk Dance for 9 days.

Any other important information which the artist may like to furnish with regard to her career in life

i) Kumari Vasala Pai, Regional Director (East Asia), Government of India Tourist Office, Tokyo, Janpan has expressed her pleasure on my performances (Manipur Mail in 4th May, 1980).

ii) The University of Nebraska at Omaha, the UNO Strauss Performing Arts Centre also

appreciated in New publication about my singing and dancing (The Gateway-Vol. 85 No. 57, Wednesday- April 23rd 1986)

iii) Mr. A. Madhavan, Ambassador of India, Bonn expressed in his letter bearing No. Bon/AMB/PS/91 dt. August 29, 1991 regarding the performance contributed with success of the festival promoting friendship and understanding between Germany & India mentioning the culture will be better understood in Europe.

Tour Programmes

a) Participated in the major festivals in various places of the country for the last 20 years organized by Sangeet Natak Academy, Department of Culture, State Academies at Agartala, New Delhi, West Bengal, Bombay, Hyderabad, Chennai, Assam etc.

Dated/Imphal

**(Laipubam Bino Devi)**
Brahmapur Laipubam Leikai,
Imphal - 795001

## ৱাফম খরদং

মণিপুরী রাস জগোয় হায়না খঙনবা শ্রীমদভাগবতকী রাস পঞ্চধ্যায়গী লীলাদা যূম্ফম ওইবা গীতি নাট্য অসিগী অচৌবা মপুঙ ওইবা শক্তম য়ারিবা কলাকারশিংদি সূত্রধারী অসিনি। মখোয়না জগোই রাসকী ৱারীগী তাঙ্ককশিংবু ঈশৈ ওইনা শক্লুনা ভাবুকশিংদা জগোয় য়েংন-য়েংনা তাহল্লি। অসিগুম্বা য়াম্না মরুওইবা শ্রীকৃষ্ণ অমদি গোপীশিংগী পুন্যগী মশক ওইরবা রাস লীলাগী থৌবুরেল হায়বা য়ারবা সূত্রধারীশিংগী কলা সূত্র শকপা হায়বসি মতাংদা লাইরিক অমা ইবীদুনা লৈবাক মীয়ামদা খুদোল তম্বীরিবা ঐগী ইচলনুপী, সূত্রধারী ওইনা লৈবাক্তা শকখঙনবিরবী, শ্রীমতি লাইপুবম নীংঙোল হিদংময়ূম ওংবী বিনো দেবীবু থাগৎচৈ।

'সূত্রধারী' লাইরিক অসি ঐ পাজরে, মসিদা সূত্রধারী অমগী মথৌ করিনো মখোয়না জগোয় রাসকী করম করম্বা তাঙ্কক্তা করি করি ঈশৈ শকপগে, সংকীর্ত্তন্দা শক্লরম্বা ঈশৈশিংগী মণিপুরী অনুবাতনা করিনো .......... শুগাইনা লাইরিক অসিদা পল্লি। য়াম্না নুংঙাইবদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা গোবিন্দ নির্পন তৌরগা কাঞ্চিপুর কোনুংদা জগোয় রাস কৎখিবা জগোয় অদু তম্বিবা অমদি ওইনবা হোৎনবদা মরুওইবা থৌদাং লৌখিবা ওঝাশিং- রাসধরী ওইনা শ্রীঙাংবম রূপচন্দ্র, সূত্রধার ওইনা শ্রীঅখাম রসান্দ সিংহ রাস সংকীর্ত্তন লেঙথোকপীখিবা ওঝাশিংগী ৱারম পনবীরম্বা অসিনি। জগোয় রাসকী মরক্ত অরিবা মতমদা ওইখিবা অমদি চৎথরকখিবা থোঙথাংগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবা, মৈতৈ পুরাণ বিজয় পঞ্চাল, শ্রীভাগ্যচন্দ্র চরিৎ দ্বিতীয় খণ্ডনচিংবা লাইরিকশিংগী ৱারম পল্লিবা অসিমক ৱারেং অসিগী মগুণ হাপ্পনি।

ঐনা খঞ্জবদা মণিপুরগী জগোয় রাসকী মরমদা থিজিন খোমজিনবগী থবক তৌবিরিবা মীওইশিং লোয়নননা জগোয় বাসপু তমদুনা কলা নৎত্রগা সূত্রধারী ওইনবা হোৎনরিবশিংদা লাইরিক অসি য়াম্না কান্নগনি হায়বসিনি।

অৱাবা কয়া খাঙবীদুনা মগুণ লৈরবা লাইরিক অসি ইদুনা ফোঙবীরিবা ইচল নুপীবু হার্তিক ধন্যবাদ তৌজরি। ঈশ্বরনা চানবীদুনা ইচলগী পুন্সি নুংশাংবা পীনবীসনু লোয়নননা অসিগুম্বা লাইরিক খরগা ইবিদুনা মণিপুরগী জগোয়গী কলা অসি চাওখৎপা ওইরসনু হায়জরি।

ইম্ফাল
১৯।২।২০০৯

**বি: জয়ন্তকুমার শর্ম্মা**
প্রসিডেন্ট, মণিপুর সাহিত্য পরিষদ

# অইবগী থাগৎ ৱারোল

লাইনীং লাইশোন্দা অমসুং ঈশৈ-নোংমাইদা থৱায় তাজবা ইমুং অমদা পোক্লকবনা ঐগী অহল-লমনশিংনা ঐবু পীক্লিডৈদগী নাম শোনবগী লম্বেলদা পুশিনবীরকখি। অদুনা ইশাগী চহী তরা শুরকপা অদুৱাইদগী ইবুংঙো ইবেম্মগী কুম্মৈ, বাসলীলা য়াওবা হৌজরকখি। মহারাসতা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিগীদা রাধা শাজরকখি অমসুং লাইবক ফবনা খুল্লক্তা কৎপা ঐনা গোপী ওইনা য়াওখিবা জগোয়শিং অয়াম্বা মণিপুরী ক্লাসিকেল জগোয় মালেম শীনবা থুংনা ফাওহনবীরম্বা লাই ওইখ্রবা পদ্মশ্রী গুরু মাইস্নাম অমুবী সিংহ গুরু হাওবম অতোম্বা সিংহ, তখেলচঙবম অমুদোন শর্ম্মা, গুরু থাইদেম লোকেশ্বর সিংহ অমসুং গুরু গুরুময়ুম ইবোপিশক শর্ম্মানা তম্বীবনি। অদুগা সুত্রগী ঈশৈদা, শিনফমসিদা খ্বাইদগী হেল্লম্বী ইমা ক্ষেত্রি তোম্বী, মথংদা ইমা মাধবী অমসুং ইচে লৈবাকলোৎপী অহুম্না শক্লিবনা অয়াম্বা ওইখি। অসুম্না মখোয় অহুম্না তম্বীখিবা অমসুং শকপদা ফংজহৌবশিংদু হৈজদ্রবা ঐনা খোমজিন্দুনা জগোই রাসকী সুত্রবু নুংশিবিবা কয়াগী ছাত্র ছাত্রিশিংগী অমসুং তুংগী মরোলগীদমক য়েংদুনা পুথোকচবনি :

মরম অদুনা শেংলবা শিনফম অসিদা ঐবু পুশিনবীরম্বা ঐগী অপোকপা অপোকপী খূৎ পায়দুনা জগোই খুখেক অমসুং খোঙফম তম্বীরম্বা গুরু অহুম অরোইবদা কুপ্লক সুত্রগী সুর, তাল তম্বীরম্বা ওঝা অহুম পূন্নমক্কী মফমদা ঐনা ইকোক নোন্না খুরুমজে অমসুং মখোযগী মফমদা পুন্সিগী লমন তোন্দুনা লৈরগনি।

মথংদা ঐনা অসুম্না খোমজিঞ্জবা ঈশৈশিংসি মওং তানা ফোঙনবা হোৎনবদা রাস লীলাগী মশক, নুংগী ৱারোল অমসুং মণিপুরদা লিংখৎখিবা রাসলীলা মখল অহুমগী মতম্নচিংবগী মরমদা তাক্লদুনা লর্মাজিংখিবা মণিপুরগী মশক নাইরবা মীওই অনী ঐগী ইতৈ ইবুংঙো শ্রীবি কুলচন্দ্র শর্ম্মা, মণিপুরী অরিবা সাহিত্যগী পণ্ডিত অমসুং ওঝা শ্রীচোংথাম মনিহার সিংহ য়ুনিভর্সিতিগী প্রোফেসার অমসুং মণিপুর স্তেত কলা একাদমিগী সেক্রেতরি ওইবীরম্বা অনীগী মফমদা শিংবা ঙম্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরে।

অরোয়বদা ঐনা ইজবসিদা করিগুম্বা অরান-অহুই থেংনবীদুনা তাকপীরক্লবদি নুংঙাইজগনি অমসুং তুংগী খূৎনমদা শেমদোকচগনি।

# ৱাহৌদোক

"সূত্রধারী", মৈত্রবাক মণিপুরগী মালেম -পৃথিবী শীন' থুংনা ফাওরিবা "মৈতৈজগোই" নংত্রগা "মণিপুরগী রাস" (মনিপুরী রাসলীলা, মণিপুরী রাস ডান্স, শমজিল্লগা মণিপুরী ডান্স) গী রাসধারী" অমসুং "রাস রক্ষক(জগোই-ভাকপা নংত্রগা মাগুব-মপু) দগী হেন্না মরু ওইবা, রাসক্রমদা মরু ওইবা থৌদাং/শরুক লৌরিবা সঙ্গীত-সঙ্কীর্ত্তনগী ললিত কলাগী অথোইবা কলাকার/কলাকারী অমনি। মণিপুরী রাস শান্নবা/কংপা/পাণ্ডথোকপা নুমিত্তুগী থৌরম পরেংদা রাসধারী য়াওদ্রবসু রাস (দি) পাণ্ডথোককিবা/শান্নখিবা অদুম য়াই অদুবু সূত্রধারী/সূত্রধার য়াওদ্রবদি পাণ্ডথোকা শুপয়া য়াদে। অদুগা মনিপুরদদি হৌজিক্কী মতমগী মমাঙ খৃঃ ১৮০০ গী মতুং নংত্রগা খৃঃ ১৮৭০ দগীদি সূত্রধার লৈতে, সূত্রধারী নংত্রগা "সূত্র-শকপী" হায়বসিখক্তমক লৈ অমসুং লৈরকখি।

"সূত্রধারী" হায়বা থবক্কী মতুং ইন্না মিংথোনবা মিংফম/মিংথোলসি মণিপুরী রাসকীদমক্তদি মমাঙগী মণিপুরী রাস(লীলা)গী খণ্ড-হৈরবা ওঝাশিং, দশর্নিকশিং, গুরুশিং, কর্ম্মীশিং নংত্রগা কলাকারশিংনা প্রচিন হিন্দুস্থান/ভারতবর্ষগী লোন সংস্কৃত/প্রাকৃত ভাষাদগী পুদুনা ভারতবর্ষগী অঙনবা ইতিহাসকী মতম, গুপ্ত সম্রাজ (খৃঃ ৩২০-৫৫০) গী মতমগী অনীশুবা চন্দ্রগুপ্ত নংত্রগা বিক্রমাদিত্য (খৃঃ ৩৭৫-৪১৩)নিংথৌরেনগী স্নাহাক্তক্তা য়াম্না চংনরম্বা/শীজিন্নরম্বা ৱাহৈ "সূত্রধার" (অঃকংশঃ, ১৯৯৪, ১-৩) হায়বা পুংলিঙ্গ ওইবা "পা/লাবা" খঙনবা অসিগী স্ত্রীলিঙ্গ (পী/অমোম) খঙনবা ৱাহৈ, "সূত্রধার" হায়বসিদা "ঈ" ('ী') প্রতয় তৌদুনা নংত্রগা চৈতপ তপ্পুনা শেম্বা অপূন ৱাহৈ (সূত্র+ধার+ঈ) নি)। অদুনা সূত্রধারী হায়বা ৱাহৈসিসু অরিবা হিন্দুস্থানগী লোন, সংস্কৃতনচিংবদা মশাতগী ওইনা "পা" (পুং = পুরুষ) লৈবগী পী (স্ত্রী) লৈবনা লৈজরক্লবা হান্ননা শেমদুনা থল্লম্লবা ৱাহৈনি। অদুগা অমুকসু মণিপুরদা সূত্রধার লৈতবগুম্না "রাসধার" সু লৈতে, "রাসধারী" দি লৈ, "রাসধার" হায়দে, "রাসধারী" হায়। [চৈঃকুঃ, ২০০৫, ৬৮৭] রাস তম্বীবা ওঝাবু রাসধার কৌই, রাস (লীলা) তম্বীবগী থবকসিদি নুপানা তৌই, নুপীনা তৌদে, অদুবু নুপীগী মিংথোন/মিংফমদা শীজিন্নে। হায়রিবসি থবক তৌরিবা/পায়রিবা মীশক-মীওইদুগী পা-পীগী/লীঙ্গগী মতুং ইন্না হায়বা/কৌবা তারবদি লানফম/অরানবা-ওইফম থোক্লা? ব্যাকরনগী মতুং ইন্না লানদে, মরমদি মসি মৈত্রবাক-মণিপুরসিগী চংনবীগী

ওইবা ''দেশী'' শব্দনি, খ্বাইগী/ভারতবর্ষগী ওইবা ''মার্গ' শব্দ/ৱাহৈদদি ''রাসধার'' হায়না লৈজবনি, মার্গগা দেশীগা অনীসি, মরুওইনা নাট্য, নৃর্ত্ত, নৃত্ত্য, গীত-সঙ্গীত, কীর্ত্তন-সঙ্কীর্ত্তনচিংবগী শাস্ত্র বিধি, ব্যবস্থা, বিচারনচিংবগী ৱায়েন-লাইরিক, নির্ণয়-লাইশৃ/গ্রন্থশিংগী ৱায়েন মতুংইন্না দেশীসিনা মাগী মাগী মরৈবাক-মরমদমদুদা মতম পুন্নমক্তা চাওবা হেল্লি। মরম অসিনা মণিপুরগী রাসধারী অসিসু রাসধারবু খণ্ডহনবনি/খণ্ডনবনি, লান্দে, ''রাসধার'' বু রাসধারী হায়বতনি।

মথক্কী 'রাসধার' গী ৱাফম অসিগুম্না মণিপুরদদি খৃঃ ১৮৭০ রোমগী মতুংদগী জগোই শান্নবা, রাসলীলাগী ক্রম (থৌরম পরেং) গী পরীং মনুংদা রাসকী জগোই-ঈশৈ-লীলাগী শরুক তারকপদগীদি নুপা শৈশকপা নৎত্রগা নুপানা ঈশৈ শকপা য়াওদে, লৈতে। রাসক্রমগী নুপানা ঈশৈ শকপা শৈশক্কী শরুক্তি রাসকী পুর্ব্বরঙ্গ/অধিবাস (Prelude) গী মতাংদা লোয়খ্রে। অদুগা রাসকী ঈশৈ-জগোই-লীলাগী শরুক্কী পরীং শ্রীকৃষ্ণনা/নুপানা ঈশৈ শকপা তারবসু নৎত্রগা শকপগী শরুক/মতাং য়াওরবসু/যাওরক্লবসু সূত্রধারীনা শকখ্রে/শকই। মদুবু সূত্রধারী নৎত্রগা সূত্র-শকপী তেনশিল্লগা ''সূত্র'' দমক হায়বা ৱাহৈ নৎত্রগা মিংথোন/মিংফম/মিং অসিনা খণ্ডনরি।

# সূত্রধারীগী থবকশিং

সূত্রধার অমসুং সূত্রধারী হায়বসি লীলা পালাগী, ঈশৈ-জগোইগী, ঈশৈ-জগোই-লীলাগী, ঈশৈ-লীলানচিংবগী ৱাহৌদোক পীবা, লীলাগী পরীংগী ৱারী-শীঙবুন লীবা, পাঙথোক্লকদৌরি থৌরম-ৱারমগী অমসুং থোক্লকদৌরিবা থৌদোক ৱাথোক্লচিংবগী ৱারী ৱাখোঙ, মরী-মখোঙনচিংবা তাকপা অথোইবা নুপা অমসুং নুপী কলাকারশিংনি।

মণিপুরগী রাসশিং (তাল রাস অমসুং দণ্ডরাস) অমসুং মণ্ডলী রাস লীলাশিং অসিদি মথক্কী ৱারোলসিগী খ্বাইদগী ঈরোয় লোয়বদা পীবিরম্লিবা "দশাবতার ("শ্রীবিষ্ণুগী লাংওন তারা" শ্রীজয়দেব কবিগী "গীত-গোবিন্দম" দা য়াওরিবা) অমসুং অঙ্কিয়/অঙ্গিয় ভাওন/ভাবনা [শক্লোন-শকক্তম পুথোকপা/রূপক নংত্রগা হকচাংগী/শাজৎ-শাথেক্কী ওইবা ঈঙ্গিৎশিং অমসুং ঈথক-ঈপোমশিংগী ৱাখল অমসুং ৱাখল্লোনশিং) গী ওইবা মচৎ-মনাৎকী কলাগী পোত্থোকশিংনিনা "সূত্রধাব" হায়দুনা পীরিবা মিংফম অসিদা অদুম্মক লৈজরবনি। অদুবু মণিপুরদদি হায়রিবা কলাসিগী থবক-থৌদৌ, মথৌ-মঙম অমসুং মতীক-মগুণশিংসি পুরম্বা সূত্র শকপা সূত্রধারশিং অসিদগী সূত্র শকপী সূত্রধারী হায়বশিংসি খৃষ্টকী ১৯শুবা কুমশিং চাম্মগী অরোয়বা মশুঙদা থোক্লকখি অমসুং মখোয়না/সূত্রধারীশিংনা মণ্ডলী রাসক/রাসশিংদদি সূত্রধারশিংগী মহুৎ পুম্নমক পুমশিন শিনখি। অদুগা সূত্রধারীশিংনা সূত্রধারশিংগী মহুৎ শিন্দবা নংত্রগা শিনবা য়াদবগুম থল্লিবা/লৈরিবসি দণ্ডরাসককী কাঙলুপ্তা লৈরিবা গোপ রাস (ষণশেনবা/গোষ্ট অমসুং কৃষ্ণবাল্যলীলা উদুখল) অসিখক্তা মঙায়রে, হায়বা য়াই, অতৈশিংদি সূত্রধারীশিংনা থবক/মথৌ-মঙম পুম্নমক পুখ্রে।

মণিপুরগী ওইনা হৌজিক ফাওবা চৎনরিবা মণ্ডলী রাসশিংগী মথেলসি মঙানি (মহারাস, কুঞ্জরাস, বসন্তরাস, নিত্যরাস অমসুং দিবারাস), হায়বসি মণিপুরী খ্বাইনা খঙনদুনা লৈরবা ৱাফমনি। অদুগা হায়রিবা রাসশিংসিদা মৈদিংঙু নাউজীঙলেন নোংদ্রেন খোম্বা [সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ, কে:সি:এস:আই:, ঈশ্বর সিংহ মহারাজ, নিংথেমপীশক (খৃঃ ১৮৩৪-৪৪ অমসুং খৃঃ ১৮৫০-৮৬)] গী সনাহাক্তক্তগী ম্নাকোনুংদা শান্নবা রাস(শিং) অমসুং শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দজীগীদা অমসুং খুল্লক্তা শান্নবা রাস(শিং) হায়দুনা খায়দোক্তুনা লাকখি। হায়রিবা রাসকী মখল অনীসিদা

ম্লাকোনুংদা/শ্রীগোবিন্দজীগীদা শান্নবা রাসশিংদা মীনা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীমতি রাধিকা শাবা য়াওদে অমসুং শ্রীগোবিন্দজী অমদি শ্রীমতি রাসেশ্বরী লেঙথোক্কুনা দোলচক্রদা লেঙশিল্লগা রাস বিহার ওইবী। অদুগা শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দজীগী অমসুং খুল্লক্কী রাসশিংদদি মীনা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীমতি রাধিকা শাদুনা রাসলীলা শান্নে। হায়রিবা রাসশিং অসিগী থৌরম পরেংশিংদা খুরক হাঙদনা থৌদাং লৌবা অমসুং থবক পুবা হায়বসিনা সূত্রধারীগী মথৌনি অমসুং রাসশিংগী থৌরম পরেংশিংসিনা সূত্রধারীগী কলাক্ষেত্রনি। অদুগা হায়রিবসিদা মখোয়গী কলাগী মহৈ-মশীংদুগী খুদোল তম্ফম্নি।

মণিপুরগী (মণ্ডলী) রাসশিং অসি শান্নদ্রিঙৈদা অধিবাস তৌদবা/পাঙথোক্তবা য়াদে, হায়বদি পূর্ব্বরঙ্গ য়াওই/পাঙথোকই। হায়রিবা পূর্ব্বরঙ্গসি মণিপুরী নুপা-পালা (নট সঙ্কীর্ত্তন) না ওই, মরমদি "সঙ্কীর্ত্তন" হায়বসিনা কৃত/সত্য যুগকী তপস্য, ত্রেতা যুগকী যজ্ঞ, অমসুং দ্বাপর যুগ অর্য্যা-পূজা অমসুং সেবা হায়বশিংসিদগী মগুণ থাক থাংবা অমসুং মহৈ চাউবা হেল্লি। মরম অদুনা সঙ্কীর্ত্তনসিবু মহাতপস্যা, মহাযজ্ঞ নৎত্রগা মহাপূজা ওইনা শীঙথানৈ। মণিপুরী রাস/জগোই কৎচবা মীশক, হায়রিবা রাসলীলাসি শান্নবা য়াওজবা (পাঙথোকপদা শরুক য়াজবা), হায়বদি শান্নজদুনা খুরুজবা অমসুং শ্রীহরিগী প্রেমভক্তিগা লোয়ননা ভাবোক ওইজদুনা য়েংজ-তাজদুনা খুরুম-খাজঙবা হায়বশিংসি অরান-খুবম/মুক্তি (নির্ব্বাণ) ফংননবগী কর্ম্ম (থবক নৎত্রগা লাইথৌ-থৌরম) তৌজবনি/পাঙথোকচবনি। মরম অসিনা কর্ম্মসিগীদমক্তা অধিবাস ওইবা যজ্ঞ/পূজা মমাঙদা তৌদবা/পাঙথোক্তবা য়াদে, হায়রিবসিনা মরম ওইদুনা মণিপুরী রাসলীলাসিগী নুপা-পালা/সঙ্কীর্ত্তননা পূর্ব্বরঙ্গ ওইরিবনি।

## হৌজিক্কী সূত্রধারীগী কলাক্ষেত্রদা

মণিপুরী/মৈতৈ হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং ধর্ম্মনিতিগী (লাইনীঙ অমসুং লাইনীঙলোনগী) তেংবানবা মপু ঈশ্বর (ঈশা-ববন)/ভগবান (বিষ্ণু/কৃষ্ণ) ফংননবগী অথোইবা কর্ম্ম/লাইথৌ অমসুং লম্বী/মার্গ/পথ ওইরিবা রাস অমসুং রাসলীলাশিংসি কৎচবা, য়াওজবা, য়েংজবা অমসুং খুরুমজবদা খ্বাইদগী মরুওইনা চঙলিবা পোৎচঙশিংসি ভক্তি, বিস্বাস, প্রেম অমসুং সাধনা হায়বশিংসিনি। হায়রিবশিংসিগা লোইননা মতম খরদং জগৎ-মপু, তাইবংপানবগী মবুংঙো মহাক্কী মফমদা পুক্রীঙ ব্রাখল কখোক্কুনা থম্বগী যুম্বাল্লিবা, মীচম-মীওই (সধারন মানুষ) শিংনা তৌজবা ঈশ্বরিক কর্ম্ম অদুনি, রাসলীলাদা শরুক য়াওজবা, ভাবোক ওইজবা হায়বসি। হায়রিবা রাসলীলাশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না মরুওইবা ওইনা বৈষ্ণব ভক্তশিংনা

লৌনরিবসি ''মহারাস'' হায়বসিনি। ভারতবর্ষদদি ''রাস/রাসলীলা'' হায়রগা লোয়রবগুম তৌই, অদুবু মণিপুরদদি মাগী মাগী ভাব, রস, কাল/সময়নচিংবগী মতুংইন্না অতৈ রাসশিংগী মখল অমসুং মথেলগী মতুংইন্না মখোয়দু না মহারাসকা ওইনা থাক খেন্নন্না থম্বীরম্মী। রাসশিংসিদা শ্রীজিন্নরিবা ঈশৈশিংসি পদ্মশ্রী মৈস্নাম গুরু অমুবীগী ঈশৈশিং ওাক্তনি, মসিগী মথক্তা গুরুসিবু ঈকাই খুম্নবা উৎচরি।

## ৱাহৌদোক

রাসলীলা- মণিপুরী বৈষ্ণবশিংগী অথোইবা ভক্তিগা কোন্নবা জগোইগী কুমৈনি। ইতিহাসকী মতুংইন্না অসিগুম্বা তাওলবা শুক্ষৎনিংগুই ওইনা ফজরবা বৈষ্ণব লাইনীংগী শেংলবা জগোই অসি মণিপুরগী রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শকাব্দ ১৭০১ হায়বদি খৃষ্টগী চহী ১৭৭ (তাং ২১।১১।১৭৭৯ ইং, তাং ২৫।১১।১৭৭৯ হৌদোকপা) হিয়াঙ্গৈগী তরামাথোইনি পনবা একাদশী নুমিৎ শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি অভিষেক তৌবা নুমিত্তগী মঙানি চূপ্না পূর্ণিমা ফাওবা শানদুনা হৌদোকপীখি। অসুম্না মেরা ৱা ফৃকপা নুমিত্তা শানবা রাস অসিবু মহারাস হায়না খঙনৈ। মসি শ্রীমদভাগবত পুরানগী 'রাসপঞ্চধ্যায়' দা পীরিবা ৱারোলগী মতুংইন্না পাঙথোকপনি। অদুবু পুরান অসিদা পীরিবা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং ব্রজ গোপীশিংগী জগোই অসি অশ্বিন হায়বদি মেরাগী থানিলদা যমুনা মপান্দা শানখি। অদুবু মণিপুরদদি নোংগী ফিভম অসি মেরা থা ফাওবা চত্থরকপা মরম্না মপূং ফানা হাঙলবা মতম হায়বদি হিয়াঙ্গৈগী থানিলদা নিংথৌনা জগোই অসি পুথরকখি। অদুবু রাজর্ষি অসিনা সুম খম্বুরুবদা 'রাস পঞ্চাধ্যায়' দা পীরিবা থাবানগী মতুংইন্না অতোপ্পা রাস মখল অমা লিংখৎকে থৌরাং তৌখি মদুবু 'কুঞ্জরাস' হায়না মিংথোনখি। মসি মহারাসকা চাউরাকপা পরিং অমসুং কায়াত্তা খেন্নে। অসুম্না নিংথৌ অসিনা বসন্ত রাসসু লিংখৎপীরমই। 'মহারাস কুঞ্জরাস বসন্তরাস, অহুম অসি চহী খুদিংগী কায়দনা কৎচরো। ২৭॥ অসি হায়দুনা তাকপীরম্লগা ইবুংঙো লেঙখ্রে... ইবুংঙোগী কৃপানা মমাংদা উজবা পূম্নমক কাওবা লৈতনা অদুম উবা ফংলে'' বিজয় পঞ্চালি শ্রীভাগ্যচন্দ্র চরিৎ ১৯গী লাং ১৯৯ অহুমসিগী চাউরাকপা খেন্নবা মখাদা পঞ্জরকখিগনি।

অভিধানগী মতুংইন্না 'রাস' হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ অমসুং গোপীশিংগা পূন্না কোয়না শাবা জগোয়বু খঙনৈ। অদুবু বৈষ্ণবশিংগী মফমদদি মসি হৌরকপগী শাংলবা ৱারীশিং লৈরি। অখণ্ড অহৈশিংনা তাকপীবগী মতুংইন্না রাসলীলাদি গোলোক্তা হৌরকপনি অমসুং মদুদগী মালেমদা অনীশুবা গোলোক ওইরিবা ব্রজবৃন্দাবন্দা

পুথরকখি। ব্রাফম অসি হিন্দুশিংগী শেংলবা লাইরিক গর্গ সংহিতাদা থারি। ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা মালেমদা কৃমথবীদুনা পৃথিবীগী অব্রাবা কয়া কোকহনবীনবা হায়জরুই। লাইয়ামশিংনা হায়জবসি য়াবীরে অমসুং ইবুংঙোনালোয়নবী শ্রীমতি রাধিকাদা তম্নগা ইবুংঙো মানা মী ওইনা অবতার তৌরগা রধা মাদি গোলোক্তা লৈহৌনবা তাকপীখি। ব্রাফম অসি শ্রীমতি রাধিকানা য়ানীংদ্রবদা মহাকসু তাইবংদা কুম্নকপদা য়াবীরে। অদুবু শ্রীমতি রাধিকানা মালেমদা গিরিরাজ গোবর্ধন বৃন্দাবন অমসুং যমুনা তির্থ লৈত্রবদি গোলোক থাদোকপা ঙমজরোই হায়রকখি। হায়রিবা অহুম অসি রাধা অমসুং কৃষ্ণনা লেঙথরক্ত্রিঙৈদা হান্ননা মালেমদা থাদরকখি। অহুম অসিনা পূনবা মফমবু গোলোক কৌই হায়না লৌনৈ। মরম অদুননি ব্রজবৃন্দাবন্দা রাধা কৃষ্ণ অনীগী রাস শন্নফম ওইরিবসি।

হৌজিক ঐখোয়না উরিবা রাস লীলাগী জগোই অসিগী মরমদি শ্রীমদ ভাগবতকী তরাশুবা পন্দুপকী মঙাশুবা তাংকক্তা মরীক চুম্না থারি। ব্রারোল অসি ভক্তশিংনা কৃপ্না খঙনরবা মরম্না ঐনা অমুক শাংদোক্লা ইরুবদা কান্নবা লৈতে খঞ্জে। তৌবতবু পূম্নমকসি নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মঙলান্দা ইবুংঙো মানা হায়রম্বদগী মতুংইন্না পাঙথোকপনি হায়না লৌনরি। শ্রীমদভাগবতকী মতুংইন্না থা অমা চুপ্না কত্যায়নি (দেবী) পূজা তৌজরগা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা রাসলীলা শান্ননবা হায়জবদা য়াবীরদুনা শরদ মতমগী মেরাগী থানিলদা জগোই অসি পাঙথোক্নুনা মখোয়গী নীংজবা থুংহনগনি তাকপীখি।

রাসকী নুংগী ওইবা ঈচেলগীমরমদা সুরচান্দ শর্ম্মানা শ্রীশ্রীকৃষ্ণ লীলা মৃতদগী লৌথোক্নুনা ইরি "শ্রীরাস লীলাদা শ্রীকৃষ্ণদি ভাবকী মশক্তি অদুগা শ্রীরাধানা থব্রায় ওইবনি। তাইবং পূম্নমক্তা মসিনা মচি খুদিং থুংনা শান্নরি। ভাব পূম্নমকী অপূনবা মশক শ্রীকৃষ্ণগী ভাব মূর্ত্তিগা থব্রায় পূম্নমকী অপূনবা মশক ওইবী শ্রীরাধিকাগা অনীগী প্রেম মিলনবু রাসলীলা কৌই। ... মহাক্লা (শ্রীকৃষ্ণনা) থব্রায় পানবশিংবু মাগী মনাক্তা চিংশিনবীনবা খুৎলাইদি প্রেম হায়বসিনি। হায়রিবা 'প্রেম' অসিগী মশক্তি শ্রীরাধারনীমক্লি। থব্রায় পানবা জীবশিংগী মশানা লোয়নজরক্লবা মথ্বায়গী অপান্বশিং অদুনা শ্রীভগবান্দা মমায় ওনশিন্দুনা তশেং তশেংহল্লবা মতম অদুদা মদুনা 'প্রেম' হায়বসি ওল্লকই। অসুম্না জীবনা প্রেম মশক খঙলক্লবা মতম অদুদা ভগবান মশামক্লা প্রেম অদুবু লৌশিনবীদুনা মনাই ভক্ত অদুবু মহে য়ালহনবী হায়বদি তশেং তশেংলবা ভক্তগী থম্মোইনুংদা লৈবী শ্রীরাধারানী (প্রেমগা) লোয়ননা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা অমত্ত ওইনা তিন্নখি - জীবাত্মানা পরমাত্মাদা তিনখি।"

রাস হায়বসি শ্রীকৃষ্ণ অমসুং মাগী ভক্তশিংগতা লোয়নদুনা লাক্লি অমসুং মসিদা ৱাহং কয়া পীরি। ওঝাশিংনা তৈত্তিরীয় উপনিষদ পন্দুনা তাকপী। মদুদি "রাস কয়া মরুম পূল্লগা রাস শেমই" অমসুং মমৈদা রাস হায়বসি তাইবংগী অথোইবা মহাক অদুনি।

শ্রীকৃষ্ণ মশামক্না অর্জ্জুনদা তাকপখিঃ
হে কুন্তিনা পোকপা ঐ ঈশিংগী মহাওনি নুমিৎ থাগী
মঙান্নি বেদসস্ত্রশিংদা য়াবা ওঁ হায়বা ময়েক্লি ঐ
অতিয়াদা লৈবা খোঞ্জেন্নি অমসুং মীওইবগী নুপাথোক
হায়বদুনি (গীতা ৭,৮)

শ্রীকৃষ্ণদি মাধুরজ রাসকী (অথুম্বা নুংঙাইবা রসগী) সমুদ্রনি অমসুং বৈষ্ণবশিংগী ৱাখলদা কনাগুম্বা অমগী ইন্দ্রি পূম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী মশক্তা লৃপশিনবা ঙল্লবদি মদুবু 'মধুর' কৌই হায়না হন্না হন্না পল্লি। বৈষ্ণবশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা শৃঙ্গার রসকী মপূং ফারবা রসকী মপূং ফারবা মচি অদু ফংই হায়না অমসুং শ্রীমতি রাধাবু সখী পূম্নমক্তগী অথোইবীনি হায়না লৌই। মখোয়গী মিৎয়েংদা শক্তি পূম্নমক্তগী 'লাদিনি শক্তি' না খ্বাইদগী অথোইবনি। মসি শ্রীরূপা গোস্বামিগী উগজ্বল নিলমনিদা রাধাগী মতাং থাবদা য়াওরি। শ্রীকৃষ্ণদা 'লাদিনি শক্তি' অসিনা রসশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী ৱাংবনি। অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবদগী ফংলিবা নুংঙাইবসি কোতি কয়া চাউথোকহল্লগা রাধাগী নুংশিবদা ফংলিবা অথোইবা নুংঙাইবদু (পরম সুখ) অদু খঙবা ঙমগনি।

মরম অদুননি মণিপুরী বৈষ্ণবশিংনা য়াম্না লুনা লৌনরিবা অমসুং অসিগুম্বা রাসলীলাদা কামগী মফম লৈতে। কামগী ইথিল অসি হান্ননা নমথনবা হোৎনখিগদবনি নৎত্রবদি কনামত্তনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম অমসুং ভক্তিগী লমদা চঙলকপা য়ারোই। অসিনা মরম ওইদুনা মণিপুরগী রাসলীলা শান্নবা মতমদা গোপীশিংগী হকচাং কয়াৎ খুদিংমক মায়খুম ফি থবাক-য়েৎ অমসুং খুজেং য়ৌবা পোৎলোইনা কাম পোকহনগদবা হকচাংগী কয়াৎশিং কূপশিল্লি।

লৈকায় অমদা খুন অমদা রাসলীলা অমা কৎনবা হোৎনবদা মতম য়াম্না চঙই। লিংখৎলিবা মীওইশিংনা সংকল্প অমা য়াওনা পাঙথোকচৈ। য়াওগদৌরিবা কলাকারশিংবু তম্বীরিবা মীশক অদুবু ঐখোয়না 'রাসধারী' হায়না খঙনৈ। কৎপা য়ারগনি হায়বা নুমিৎ অদুগী নোংমা ৱাৎলিঙৈদা অনকপদা লৈবা রাধা গোবিন্দগী মফমদা ঙমজবা অথুম অহাউ লৈ অমসুং ধুব্ব থাউমৈ থাদুনা জগোই অদু মপূং ফানা

পাঙথোক্লবা থৌনিজে। মসিবু 'বার্তন হৌবা' কৌই। মদুদা রাসধারীনা কলাকারশিংদুবু মখোয় মখোয়না শাগদৌরিবা রাধা কৃষ্ণ অমসুং সখীশিং ওনখ্রবনি হায়না লৌদুনা মখোয়গী মফমদা খুরুমই অমসুং মখোয়বু হৈনবা তম্বীবদা করিগুম্বা অকায়বা য়াওখ্রবসু ওাকপীনবা হায়রজে। অমরোমদা কলাকারশিংনা লীলা য়ৌদ্রিফাওবা ফিশেং শেত্তুনা অতৈগা শোক্ল-শন্নদনা অমসুং মনা-মশীংদা চাদুনা লৈগনি। মখোয়না ফিজেৎ-লৈতেং তৌখ্রবদা মখোয়গী অহল লমনশিংনা লাইমক্লি খন্না মখোয়দা খুরুমগনি। রাসলীলা লোইখ্রগা মণ্ডলী অদুদা হাই শিত্তোক্লিফাওবা অমসুং ঈশিং চাইথোক্লিফাওবা চঙনদে। অসুম্না শিত্তোক্লবা উকুল ভক্তশিংনা কোক্তা হাপনৈ অমসুং য়ূম য়ূমদুদা পুখ্রগা অশিবনা খাঙেনফমদা য়াতাদুনা লৈরবা মতমদা মাগী য়ানুংদা হাপ্পী। মসিনি মণিপুরগী বৈষ্ণবশিংনা লৌনরিবা রাসলীলা।

## মহারাস লিংখৎখিবা

মসি অয়াম্বন্য খঙনরবা রাক্মনি। মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাওদগী খোরক্লবা মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা নিংথৌগী মঙদা তাকপীখিবা মতুংইন্না কাইনা চাংশাদগী য়ানবা খৈবোং পাম্বীগী মশাদগী শাবা ইবুংঙোগী মূর্ত্তি অদু অভিষেক তৌবদা ইবেম্মা বাসেশ্বরীগী মূর্ত্তি অঙ্গরা তৌবা (মচু তৈবা) কংদদুনা নিংথৌগী মজাইবেম্মা বিম্বাবতিনা মহুৎ শিন্দুনা রাসলীলা কৎখি। "রাজবংসকী ময়ূম পান্দ্রিবী কন্যানা গোপী ওই" (বিজয় পঞ্চালী শ্রীভাগ্যচন্দ্র চরিৎ ১৯৬৭, লা: ১৯৭ (গী) ৩) রাজকুমার সনাহল সিংহ বি-কমনা সম্পাদান তৌবা শামু ফাবা অমসুং শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ ১৯৭০ লা: ৩৫ দা অহানবা রাস লিংখৎখিবগী মরমদা থারি: "... কবো খুম্নোংবদা য়াব্রা পাউশিন্নরগা লৈতায় নোংদাই খোইয়ম খুহোক হরাউ খুৎলোন শাথেক্লা চুকোই মপুং শেম্না তইকল্লে। য়োইবু মশানৌ ঙাংবম চনু হরিমতীনা চুকোই মকোক চিংলে। তম্ফা ব্রাংঙমলোন বিম্বাবতীনা থৌরানী শাদুনা রাসলীলা মপৃং ফানবা তইল্লে... মতোল ইবুংঙো ভৌরাম শাইনা ঈশৈ হল্লে ধরশাইনা দুহার শ্রীযুৎনা পৃং খোল্লে হায়রগা রাধাভাব সংকীর্ত্তন হৌরে।" তেখাওদা লৈরিঙৈদা শ্রীগোবিন্দনা নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মঙদা তাকপীরম্মী" পৃং করতাল লেইননা রাসকী মাঙদা সঙ্কীর্ত্তন তৌগদবনি পূম্নমক অসি ঐগী কৃপানা নংগী থম্মোয়দা ফাওজরো। অসুম্না জগোই রাস মখল খৃদিংমক শান্নবগী অহানবদা নিপা পালানা গৌচন্দ্রিকা শক্তুনা পূর্ব্বরঙ্গ হায়বদি রাহৌদোক পাঙথোকই। মসিনা শান্নগদৌরিবা রাস অদুগী অকায় অতোই থোক্তনবা অমদি শান্নগদৌরিবা লীলা অদুগী মতাং ফোঙদোকপা থৌরম অসি চৎনরক্লি। মসিদা শক্লিবা ঈশৈগী মপৃং ওইবা

ঈচেলদি ঐখোয়না গৌরাঙ্গ ভাবি হায়না কৌনৈ। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুদা মতম পুম্নমক্তা রাধা কৃষ্ণগী শান্নখিবা লীলা পুম্নমকপু ফাওখিবা মতৌ অদুবু নিপা পালাদা মখাদা লাক্কদবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা মতাংবু পন্দুনা শ্রীগৌরাঙ্গদা ফাওরক্লে হায়না হৌদুনা গৌরাঙ্গ ভাবিদাগী হৌবা পূর্ব্বরঙ্গ তৌই। মতাং অসিদনি ভারতকী অতৈ মফমদা ফংলিবা 'রাস'কী মখলশিংগা মণিপুরদা শান্নরিবা রাসকা নুংদা খেন্নরিবা ফিজেৎ অমসুং পুং ঈশৈগী য়া তোঙানবা থমখ্রগা শ্রগৌরাঙ্গগী য়াখলনা উরিবা বৃন্দাবনগী ফজবা পুম্নমক শীংথাবা লোইশিল্লকুবদা রাসকী কুমৈ হৌগদৌরে হায়বা খঙহল্লম্লগা নিপা পালাগী অরোইবা ওই। অসুম্না কুঞ্জ অর্তি কৎলবা তুংদা কৃষ্ণ শাবা, অদুদগী গোপী ময়াম থোরক্কুনা জগোই হৌই। শ্রীশ্রী গোবিন্দগীদা কৎপা রাসকীদি ইবুংঙো ইবেম্মা অনী হান্ননা ভদ্র চক্রন্দা লেঙশিন্দুনা নৈরবা মরম্না কৃষ্ণশাবা অমসুং রাধাশাবী য়াওদে।

## রাস জগোই লাকপা

মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী য়াথং মতুংইন্না... ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা খন্নবা হৌরে। ...

শ্রীকৃষ্ণনা শাবা জগোইনা থেঙগৌরোন্দগী লৌখোক্তুনা শেম্লসি। নুপীনা শাবা জগোইনা লাইবৌদগী লৌরসি, ঈশৈ শৈশক মওংনা মৈতৈগী ওইবা শৈশক্তা শেম্লসি। রস ভাবনা ব্রজবৃন্দাবনগী বেদগী মওং মতুং ইন্না লৌরসি।

অসুম হায়না খন্নদুনা জগোই-ঈশৈ রস অয়াম্বা পুনবা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনীগী শান্নবা লীলাবু শেম্বা হায়না লেপ্পরে। [ফ:ই:শ: ১৯৯০, ১০১-০২]

...জগোইগী মিং থোনবা, রসকী মওং পুখোকপা লোইরদুনা জগোইদা চঙগদবা মচাক খন্নরক্লে। রাধা নিরুপন তৌদবনা রাধা শানবা মরম খন্নরক্লে। অহল ওইরবা মন্ত্রি পুন্সিবা আনন্ত শাইনা হায়রক্লে।

শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি লৈরবী, সেবাদ চঙখোল্লবী মজা ইবেম্মা শীজনা রাধা ভাব লৌদুনা গোপীশিংগী মকোক্তা লৈদুনা রাস জগোইগী মওং শেম্নশি।

মন্ত্রিগী য়া তাবদা ময়াম পৃম্বা হরাওনা য়ানরে। মন্ত্রিগী য়াফম ঙাক্লা রাস তম্নবা ওঝা খন্নবা হৌরে।

শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী রাস জগোইদা ঙসি ফাওবা মকোকচিংবীনা পোলোই অশংবা শেৎলিবা অসি শীজ লাইরোইবীনা রাধা ভাবদা শেৎপা মওং অদু লৌদুনা শেৎপনি। মতম অদুগী তাল ঈশৈগী মরমদা খঙবা মীয়ায় চল্লবা অখাম রসানন্দ অমদি

খুম্নোঙ চন্দ্র সিদ্ধান্ত অনীদা রাস জগোইদা শক্রবা ঈশৈ শেমলো তাকপীরে। ওঝা অনীনা তান্নরগা রাস জগোই ঈশৈ শেম্নবা থৌরাং তৌরে।

... ওঝা অনীনা শেন্নকপা ইশৈ তালগা কোন্ননা জগোই খুথেক তম্বীনবা শ্রীঙাংবম রুপচন্দ্রদা শিন্নখি। ওঝা (৩) অহুম্না তান্নরগা মথক্তা লেপ্নখিবগী মতুংইন্না থেঙগৌরোন্দগী জগোইগী মওংদি রস (১০) তরা শুনা য়াওবা মওংদা শেম্মী। রস (১০) তরা শুনা চংঙী হায়দুনা রাস জগোই থোনখিবনি।

ওঝা (৩) অহুমগী মমিং
১। শ্রীযুক্ত অখাম রসানন্দ সিং (ঈশৈ)
২। শ্রীযুক্ত খুম্নোং চন্দ্র সিদ্ধান্ত সিংহ (ঈশৈ)
৩। শ্রীযুক্ত ঙাংবম রুপচন্দ্র সিং (জগোই খুথেক)
(ওঝা (৩) অহুম্না রাস জগোই তম্বীখি) [মথক্কীসিদা, ১০৪]

৩) মণিপুর জগোই রাসকী মিংচৎ ওইহ্রিবা শ্রীশ্রী ১০৮ শ্রীগোবিন্দগী পাউতাকনি। ইবুংঙোগী কৃপাদগী অনুগত শ্রীযুক্ত ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ, অনুগত প্রেমানন্দ, স্বরূপানন্দ, কবো খুম্বোম্বা, মন্ত্রি আনন্ত শাই ওঝাশিংগী কৃপাদগী ভারতবর্ষদা নত্তনা পৃথিবী পুম্নমক্তা শক খঙলি ...। [ক:ধ:স:, ১৯৭৪, ১৪৩]

৪) ভক্তিব্যাস ঠাকুরনা শ্রীমদ্ভাগবত ব্যাখ্যা তৌদুনা ঋতু মাস তিঠী মশক পুথোক্লগা মদুবু মনিরাম সূর্য্যাসিদ্ধান্তগী মত মতুং ইন্না নুমিৎ অসিবু মেরা ৱাফৃকপা নুমিৎনি হায়না লেপ্পী।
... অসিগুম্বা ৱারেপ অসিবু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লৌদুনা শরদিয় মহারাসপু মেরা ৱাফৃকপা নুমিৎ (হিয়াঙ্গে পুর্ণিমা) নি হায়না লেপখি।
অসুম্না লেপ্পবা মতুংদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা সনা কোনুংগী ব্রহ্মসভাগী পুঙ ঈশৈ জগোয় হৈবা কৌখত্তুনা রাস সঙ্কীর্ত্তন লেংথোকখি।

লেংথোকখিবা ওঝা গুরুশিংদিঃ—
১) জগৎকী ঈশ্বর শ্রীশ্রীগোবিন্দ,
২ ) ভক্তরাজ ঋষি ভাগ্যচন্দ্র
৩) ঙাংবম শ্রীওঝা প্রেমানন্দ

৪) খুম্নোং শ্রীওঝা গঙ্গাদাস সিদ্ধান্ত

৫) ঠাকুর ওঝা শ্রীভাগ্যচন্দ্রপতি তর্কতীর্থ

৬) খোকচোম ওঝা সিদানদা

৭) য়েন্দ্রেম্বম ওঝা শ্রীমাধব রাম

৮) ঙাংবম ওঝা শ্রীদেবরাম

৯) তাইবংজাম্বা

১০) ওঝা শ্রীদাস, অসিনচিংবনি।

... মহারাজগী অনিংবা অপাম্বা অসি থুংহন্নবগীদমক্তা ঙৌব্রাম শাইনা গুরু পরমানন্দা ঠাকুরদা শাস্ত্রগী নিয়ম য়েংহল্লগা .... শিনখি।

মতমদুগী জগোইসু হৈবা খুম্নোংবনা মহারাজগী য়াথং মতুংইন্না জগোই রাসকী ফজরবা পরিং রস ভাবকা লোয়ননা শ্রীভাগবতকী মনুং চন্না ... শরদিয় মহারাস কৎখি।

মহারাসতা অহানবা য়াওখিবা মীওইশিং

১) রাধা শাখিবী — মচা ইবেম্মা বিম্বাবতী

২) মকোক চিংবী — ঙাংবম নিংঙোন হরিমতি

মহারানী দেবহুৎতি, ভাগ্যবতি, চন্দ্রমুখি, প্রিয়োশখী, ভানুমতি, অসিনচিংবী লৈমা শীজ ইবেম্মশিংনা থা কয়ামুক চঙনা তমজদুনা লাংথবান কোনুংদা মহারাস কৎপদা শরুক য়াখি। [ধ:(অ:), ১৯৯২, ৮-১০]

মণিপুরগী খ্বাইদগী ঈহান হানবা ওইনা খৃঃ ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ গী ১১ নি পানবা ঈরাই নুমিত্তা কাঞ্চিপুরগী রাসমণ্ডলদা শান্নখিবা মনিপুরী রাস অদুদা থৌদাং লৌখিবা মীওইশিং খরদিঃ-

১) রাসধারী ঃ- শ্রীযুক্ত ঙাংবম রূপচন্দ্র সিংহ, শ্রীওঝাসি, রাসসিগী জগোই শেম-শাবা, শাথেক-খুথেক, খোঙলোন-খুৎলোন, শাজৎ-খোঙথাং, ফিরেপ-ফিভম, খোঙজোং-খোঙকাপ, উপ্লে-লোংলৈ, লেপচোং-ফমচোংনচিংবা পুথোকপীবা, শেম্নীবা, মৈতৈগী থেঙ্গৌরোন মাপন, লৈশেম-নোংশেমলোন অমসুং লৈতাই-নোংতাই শাজৎ-শাথে-ক্রুচিংবদগী লৌথোক্তুনা রাস জগোই ওইনবা থৌরাংবীবদা নত্তনা রাসকী নুপা জগোই (উদ্বতনৃত্য) নুপী জগোই (কৈশিকী বৃত্তি বা মসৃন নৃত্য) শিংবুসু তম্বীখিবা ওঝানি অমসুং রাসলীলা/শান্নবা নুমিৎসিদা রাসধারী ওইনা অসনদা লেঙশিনবীরমগনি হায়না থাজজৈ। ওঝাসিগী নামসি প্রেমানন্দ হায়নসু লৈ।

২) সূত্রধার ঃ- শ্রীযুক্ত অখাম রসানন্দ সিংহ, ওঝা অসি মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা (খৃঃ ১৭৫৯-৬১ অমসুং খৃঃ ১৭৬৩-৯৮) গী সনাহাক্তক, মহাক মশাগী মতমদুদা ঈশৈ-নোংমাই অমসুং নাট্য শাস্ত্রগী তাল-লয়নচিংবা খঙবা, হৈবা অমসুং মৈতৈগী ওইনা ঈশৈ নোংমাইগী রাগ-রাগিনী, তাল, লয়নচিংবা পুথোকপা, তম্বীবদ মাঙজিন থংব, মীথোই-মীহেনবা ওঝানি। মহাক্কী মরমদা হিরমসিদা মমি তারিবা অমদি—

"নট পালাগী ঈশৈগী রাগ-রাগিনী পূম্নমক রাগ ১,১২৮ (লীশীং অমা চামা কুননিপাল) লোম হেন্না সিদ্ধগা লোইননা মৈতৈগী সুর/স্বর, ছন্দদা শাস্ত্রগী মতকা মান্নন সরস্বতী ইমা ইবেম্মগী কৃপাদগী গৌরনিত্যাই অনীনা ওইবিদুনা মৈতে লৈপাক্কী রাগ রাগিনী পূম্নমক শ্রীযুক্ত ওঝা অখামগী দীন রসানন্দনা পুথোকপীদুনা থম্বীরমই [ক:ধ:, ১৯৭৪, ১৪২]।

ওঝা অসিনা মণিপুরী রাসকী ঈশৈ পূম্নমক শ্রীযুক্ত কবো খুনবোংবা (খুনবোংময়ূম চন্দ্র সিং(হ)/চন্দ্রমনি সিং) সিদ্ধান্ত, পাঞ্জি শঙলাকপগা তান্নদুনা সুর/স্বর পানখি, তাল-লয় পূম্নমক শেম শাদুনা ঈশৈগী মথ্মাই হাপখি। অদুগা হায়রিবা ঈশৈশিং অসি মথক্কী ওঝা খুনবোংবসিগা লোইননা মণিপুরী রাসকী অহানবা লীলাদুদা শরুক য়াগদৌরিবশিং পূম্নমক্কী মফমদা মানা মানা শক্কদবা অমসুং খুমগদবা ঈশৈ পূম্নমক পদ নাইনা তম্বী। অদুগা অহানবা ওইনা মণিপুরী জগোই রাস শান্নখিবা খৃঃ ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ থাগীসি ওঝা অসিনা মকোক থোংবা সূত্রধার অমসুং ওঝা খুনবোংবনা তেংবাংবা, খোনবাংবা অমসুং শৈশিন-শৈশক, সূত্রধার ওইনা শরুক য়াবীরমগদবা অমসুং থৌদাং লৌবীরমগদবা মাল্লি। তশেংনক, মতমদুগী থৌওংশিংদুগী মতুং ইন্না সূত্রধার ওইখি হায়বসু য়ারবনি, ঈশৈগী ওঝানা ঈশৈগী অব্রাৎপা মেনখৎপীবা, ব্রাহৌদোক পীদুনা সেবক-শিষ্যদুবু ঈশৈ শকহনবা, শৈরৌফম, শৈখুমফম তাকপা (ঈঙ্গিংনা, ঈথিননা,অসিনচিংবনা), হায়বসি মশানা তাদুনা লৈজরবনি, অদুবু মাঙগী অহল লমনশিংনা পল্লমদবনা মরম ওইদুনা পাঙ্গল ফুদোকপা য়াদদুনা লৈজরবনি অমসুং ফংজরিবশিংসিদা মচাক (খুদম-চাংদম) খর লীকপসিনসু পাঙ্গল থোক্তবনি।

৩) সূত্রধার (শৈশিন-শৈশক্কী, তেংবাংবা খোনবাংবা) ঃ- শ্রীযুক্ত খুম্বোংময়ূম চন্দ্র সিং(হ) ওর্কে চন্দ্রমনি সিং সিদ্ধান্তঃ ওঝা অসি পাঞ্জিবিদ্যা চঙখোননা হৈবা, বাঙ্গালী, সংস্কৃত, পুরানা হিন্দুস্থানীনচিংবা লোনশিং খঙবা; হৈবা, কবিত্বগুণ হাংহ্রপ চেনবা মীওই ওইবতা নত্তনা নাট্য বিদ্যাগী রস ভাব নীঙথিনা নৈনবা মীশকসুনি। মঙোন্দা শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্রনা শিন্নদুনা মণিপুরী রাসকী ঈশৈশিং শৈশক অমগী ঈশৈ ময়েকশিং, ৱারী শৈশক-শৈরেংশিং, ৱারী-ৱাতাই-ৱারেংশিং অসিনচিংবা পূম্নমক শ্রীমদ্ভাগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায়গী লীলাগী থৌদোক-থৌরম পরীংশিংগা চানা-চূননা লেংহল্লিবনি। মহাক্না ইবা ৱারেং-শৈরেংশিং অদু ঈশৈ-জগোই অমসুং শৈরেং থীবগী খুৎ-থীদা ওহোক্নুনা মণিপুরী রাসকী মশক লেপ্পকলিবনি। অদুগা মহাক মশাদি ঈশৈগী তাল-লয়, সুর-ছন্দনচিংবসু খঙবা, মশানা ঈশৈ শকপা ঙম্বগী গুণসু লৈবা, জগোই খোঙলৈ মৈতৈগী খৌশারোন্নচিংবসু হৈবা মীশক ওইনা লাইরিক খরদদি মহাক মতোমতনা রাস তম্বীবগী মওংদা পীবীরম্মী। ওঝাসিনা অখামগী ওঝা রসানন্দগা পুন্দুনা রাসকী ঈশৈ তম্বীবা, রাসতা শরুক য়াগদৌরিবীশিংবু জগোইগা কোন্ননা ঈশৈ ফাহনবনচিংবদা শরুক য়ারম্মী। অদুগা মণিপুরগী ওইনা লাংথবান্দা খৃঃ ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ একাদশীদগীনা পূর্ণিমা ফাওবদা শান্নখিবা রাসদুগী অহৌবদগীনা অরোইবা নুমিৎ ফাওবদা সূত্রধারগী ফমফমদা অখাম ওঝা রসানন্দগী তেংবাংবা-খোনবাংবা অমসুং শৈশিল-শৈশক্তা শরুক য়াখিবা অমসুং থৌদাং লৌখিবা মীশক্নি, হায়জনিংই।

৪) শ্রীমতি রাধিকাগী ভাব লৌদুনা শক্তম লাংখিবী ঃ- তম্ফা ৱাংঙম্লোন (নিংথৌনা লুহোংদুনা লৌবা খ্বাইগী মকোক থোংবী মহারানীনা পোকপা মৈতৈ নিংথৌগী খ্বাইদগী ঈহান হানবী মজাইবেম্মা) বিম্বাবতি, (অনুপ্রীয়া, শীজ লাইরোইবী)ঃ ৱাংঙমলোনসি মতুংদা খৃঃ ১৭৮৪ দা কাইনদগী থৈবোং য়ান্দুনা [চৈ:কু:, ২০০৪, ১৪১] শ্রীমতি রাধিকাগী মুর্ত্তি নির্পন তৌরগা "রাসেশ্বরী" মিংথোঞ্জদুনা জীবন্যাস তৌরগা শ্রীগোবিন্দজীগা মিলন/যুগল ওইহনবা নুমিত্তুদা রাসেশ্বরী পালা মিংথোনবা মণিপুরী অহানবা নুপী পালা হান্না থৌরাং শেম-শাজরগা নুমিৎসিদা শাফোংদুনা মবুংঙো মবেম্মদা ঈশৈ কৎচখি। অদুগা খৃঃ ১৭৯৮ মপাইবুংঙোনা গঙ্গা

লেঙবদা শ্রীগোবিন্দজীগী থৈবোংগী অংশ অবতার অনুপ্রভূ পুদুনা তুং ইঙ্গরগা নবদ্বিপ ধামদা শ্রীঅনুপ্রভূগী দেবালয় লিংখত্তুনা বাস তৌবীখি। পুন্সি চুপ্পা গৃহস্থ আশ্রমদা চঙবীদনা (য়ুম পান্দনা) শ্রীগো-বিন্দগী ভক্তি প্রেমদা লেনখি।

মতাংসিদা শ্রীমতি রাধিকাগী ভাব লৌবসিবু থৌরানী শাবা/শাবী হায়না হেক হেক হায়বা থেংনজে। থৌরানী (ঠাকুরানী - ব্রাহ্মণ ঠাকুরগী রানী, ফিদম্নফম ওইরবা ব্রাহ্মণগী ব্রাহ্মনী) হায়বা ৱাহৈসি চৈথারোল কুম্বাবগী মতুংইন্না মৈদিংঙু জয়মান চৈতন্যসিং নরসিংহ (খৃঃ ১৮৪৪-৫০) না পানবা মতম, খৃঃ ১৮৪৫-৪৬ তা হৌদোকখিবনি। [মখল্লীসিদা, ২৭৩]। মরম অসিনা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বগী মতমদা হায়বসি খজিক্তং পকচদে। বিম্বাবতী ৱাংঙমলোননা রাধাভাব লৌদুনা অশংবা পোৎলোই শেভুনা (হৌজিক ফাওবদা শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দগী অমসুং খুল্লক্কী রাস লীলাগী/শান্নবগী রাধা শাবীশিংনা পোৎলোই অশংবসি শেৎনরি, অতৈ গোপীশিং অষ্টসখী, অষ্ট মঞ্জুরীনচিংবশিংদি পোৎলোই অঙাংবা লোইনমক শ্রীগোবিন্দগী, শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দগী অমসুং খুল্লক্কী রাসশিং পূম্নমক্কী ওইনা শেৎলি) রাস য়াওরগা কদায়দা লেপকন্দবগে/লৈগদবগে, করিগুম্বা জগোই মকোক চিংবী মীশক অমা য়াওরগদি? শ্রীগোবিন্দজীগী মহারাসতা মীনা রাধা শাবী য়াওবা, মহাকসু অশংবা পোৎলোই শেৎপরা? শ্রীগোবিন্দজী মহারাসতদি মীনা রাধা শাবী য়াওদে মকোক চিংবীনা পোৎলোই অশংবা শেৎলি। ৱারমশিং অসিনদি অহানবা খৃঃ ১৭৭৯ দা শান্নখিবা মহারাসতুদা বিম্বাবতীনা পোৎলোই অশংবা শেৎখি, রাধা ভাবতা লৈখি, অদুগা জগোই য়াওবগী ওইনা লৈরিবা/লেপ্লিবা নৎত্রগা জগোই শারিবা মফমদি কদায়দনো? শ্রীগোবিন্দগী ওয়দা লেপ্তুনা/লৈদুনা অদুম জগোই শাদুনা লৈরিব্রা? অদুগা মতুংগী শ্রীগোবিন্দগী মহারাসশিংদা মকোক চিংবীনা পোৎলোই অশংবা শেৎলগা শ্রীগো-বিন্দগী ওয়দা রাধিকা/রাসেশ্বরী লৈরে হায়দুনা ওয়দা লেপ্তুনা/লৈদুনা জগোই শাদুনা মকোক চিংলিবসি করিগীনো? পোৎলোই অশংবদুনা তাক্লিবদি রাধা ভাবতা লৈবী, রাধা ওইবীনি হায়বনি, মদু মশক হেক য়েংবদা খঙননবা মচুনা খুদম তৌবনি/পীবনি। রাধা ভাবতা লৈবদুদি ৱাখন্নি, জগোই মকোক চিংবা য়াই, রাধা শাবদুদি মশানি, রাধা ওইবা তাই, মকোক চিংবা হায়বসি রাধাগী থৌগল্লোই ওইবা হৌনদে। মথক্তা থমজরিবা ৱাফমশিংদা থিজিন-হুমজিনবগী মথৌ চঙলি, শ্রীমতি রাধিকা নির্পন তৌদ্রি হায়দুনসু (কনানো খরদি রং কংদ্রি হেক্তা হায়) বিগ্রহগী মনাক্তা লেপ্তুনা/লৈদুনা জগোইদি শানদে। ভারতবর্ষদা খ্বাইদগী মরু ওইনা শীঙথানরিবী ''মিরাবাই'' গী মতাংদসু অকৃপ্পা মীৎয়েং থম্বা মথৌ তারি।

৫) মকোকচিংবী ঃ- ঙাংবম চনু শ্রীমতি হরিমতিঃ লৈমসি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী লৈমা ৯৪গী মহারানী ৮গী মনুংদা অহুমশুবী মহারানীনি, মৈদিংঙু মধুচন্দ্র/তমলেনখোম্বা (খৃঃ ১৮০০-০৩), ওক্লা নীল্লগা হূইনা মনা থাববু পোকপীনি।

৬) গোপীশিং ঃ- (i) চীংঙাখম চনু দেবহুত্তি, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মহারানী ৮ গী মনুংদা মরিশুবী মহারানীনি। তম্ফম ব্রাংঙমলোন বিম্বাবতি অমসুং মৈদিংঙু চৌরজিৎ (খৃঃ ১৮০৩-১৩) পোকপী মমানি।

(ii) খুম্বোংময়ূম চনু ভাগ্যবতী: লৈমসি রাজার্য় ভাগ্যচন্দ্রগী লৈমা ৯৪ গী মনুংদগী মহারানী ৮ খনগৎপগী মনুংদা ৮শুবী মহারানী। মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহ [চীঙলেন নোংদ্রেনখোম্বা (খৃঃ ১৮২৫-৩৪)], মৈত্রবাকপু নৌনা লৈপাক লৈশেম-লৈশাববু পোকপী মমানি।

(iii) অখাম চনু চন্দ্রমুখী:- মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রগী লৈমা ৯৪গী মনুংদগী অপাম্বী (Superior queen) ১৫ খনগৎপগী মনুংদা ৮শুবী (অপুনবদা ১৬শুবী) অপাম্বীনি। মৈদিংঙু মারজিৎ (খৃঃ ১৮১৩-১৯) পোকপী মমানি।

(iv) প্রিয়োসখী

(v) ভানুমতি, মৈদিংঙুগী ৫শুবী মহারানীনি, তুলজিৎকী মমানি।

(vi) অতৈ শীজ, ব্রাংঙমলোন খর

অসিশিংসিনি। রাস অসিগী পুর্ব্বরঙ্গ/অধিবাস ওইনা মণিপুরগী নুপা পালা (নট সঙ্কীর্ত্তন) শকখি। হায়রিবা সঙ্কীর্ত্তন অসিদা মতোন ইবুংঙো ভৌত্রাম শাইনা সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ হনখি, মতোন ইবুংঙো হরি শাইনা দুহার/দোহার (শৈখুম্বা) চৎখি অমসুং শ্রীযুৎ মহারাজ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা পুঙ যৈখি। অদুগা কাউবীরোইদবদি নুমিৎসিগী অয়ুক্কী য়ুথক মতুং পৃং ১ (অয়ুক্কী পুং ৯ গী অদুব্রাই) দা শ্রীগোবিন্দ জীবন্যাস তৌবনি। সঙ্কীর্ত্তন পুং ৫ দগী হৌহল্লগা রাস লীলানা নুমিদাংগী পৃং ৭.৩০/৮ দা হৌগদবনি।

## রাসদা সূত্রধারদগী সূত্রধারীদা লাকপা

মৈত্রবাক মণিপুরগী অহানবা খৃঃ ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈ একাদশীদগী পুর্ণিমা ফাওবা শান্নখিবা মণিপুরী মহারাস, শ্রীগোবিন্দগী ওইনা শান্নবদুদা সূত্রধারগী মফম কল্লম্বা য়াবা নৎত্রগা কনখিবগী ব্রারম খর মথক্তা থমজখ্রে। মসিদা জগোই শেম-

শাখিবা, তন্নীখিবা অমসুং ঈশৈ ময়েক ইবা, ঈশৈ সুর পানবা, ঈশৈ শকপা/ঈশৈ তন্নীবা, আসনচিংবগী পরাং অমা লৈখ্রে। জগোই অমসুং ঈশৈশিংদু তন্নদা থা অমরোমগী মরম লৌখি, হায়না পীরি [খঃ(অ), ১৯৯২, ৮]। অদুগা ওঝাশিংদুনা রাসধারী অমসুং সূত্রধারীশিং ওইনা জগোই রাস শান্নখ্রে। হায়রিবসিগী মতুং তারকপদদি কোনুংগী লৈম-শীর্জাশিং, মরুওইনা শীজ/ঝাংঙমলোন মযুম পান্দ্রিবীশিং খরদি রাস ঈশৈ খর মাগী মাগী প্রার্থনা শকপা, অৱায়-অখুম শক্রুবা/শকপনচিংবদু ফাহৌরে। হায়রিবা ঝাফমসিগী মতুংদা রাসেশ্বরী (শ্রীমতি রাধিকা) গী মুর্ত্তি লীংখৎত্রিঙৈগী মতম (খৃঃ ১৭৭৯-১৭৮৪) সিদা পাঙথোকখিবা মরুওইবা শ্রীগোবিন্দগা মরী লৈনবা থৌরমশিংঃ-

১) তখেন রামচরনগী কুম শক ১৭০২ ...... ইংঙেন থা ..... নিনী যুমশকৈশ (খৃঃ ১৭৮০ গী জুলাইগী ৩শুবা চয়োল) দা লাই শ্রীগোবিন্দবু হি তোংহল্লে। [মথক্কীসিদা, ১৩৪]।

২) ঝাহেংবম ওকলাবগী কুম শক ১৭০৫ ..... পোইনু থা ..... ৫ নি থাংজ (খৃঃ ১৭৮৩ গী দিসেম্বরগী অহুমশুবা চয়োল) দা ঈবুংশী আনন্তশাই নোংথোনবনা পুত্রী হোঙবা (মন্ত্রী পুত্রি) হৌএ। অদু নুমিত্তা লাই শ্রীগোবিন্দজী, সনামহীনচিংনা লৈপাক্কী লাই পূম্নমক লমলোংগেগী পুত্রিদা ঈরুহল্লি। ... [মথক্কীসিদা, ১৪০]

৩) ঝাহেংবম ওকলাবগী কুম শক ১৭০৫ ... ঝাকচীং থা ... ৩নি ঈরাই (খৃঃ ১৭৮৪গী জনুৱারীগী ৩শুবা চয়োল) দা কাইনাদা থৈবোং য়ানবা চৎলে। .... লমদা থা ..... ১৪ নি থাংজ (খৃঃ ১৭৮৪ গী মার্চকী অরোয়বা চয়োল) দা ইবুংঙো তেখাওখোম্বনা কাইনদা থৈবোং য়াল্লে [মথক্কীসিদা, ১৪১]।

অসিশিংসিনি। য়াল্লিবা থৈবোং অসিনা শ্রীমতি রাধিকাগী মুর্ত্তি শাদুনা লিংখৎলগা "রাসেশ্বরী" হায়বা শ্রীনাম অসি কত্তুনা জীবন্যাস তৌরগা শ্রীগো-বিন্দজীগী ওয়দা থৌগল তৌখি।

শ্রীমতি রাধিকাগী মুর্ত্তি নির্পন তৌরগনি হায়না অহল-লমনশিংনা ঙাংন-শানবসি তারবদা খৃঃ ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গেগী রাসশিংদা রাধা ভাবতা লৈদুনা শ্রীমতি রাধিকাগী শক্লোন লৌদুনা রাসদা শ্রীগোবিন্দবু থৌগল তৌজহিবী তন্ফা ঝাংঙমলোন বিম্বাবতিনা মপাইবুংঙোগী মফমদা হঙ্গৎচদুনা শ্রীমতি রাধিকাগী মুর্ত্তিন' বাসেশ্বরী

মিংথোন্দুনা শ্রীগোবিন্দগা মিলন/যুগল ওইবা নুমিৎসিদা মজাইবেম্মসিনা লৃচিংজবা নুপীগী নট সঙ্কীর্ত্তন পালা অমনা মখোয়গী ঈশৈ কৎচবা অমসুং ইবুংঙো-ইবেম্মা অনীগী যুগল রূপ/মুর্ত্তিগী মমাঙদা ঙমজবা থৌগল মতেক অমত্তং ফংহনবীনবা হঙ্গৎচদুনা নীজরবদা শ্রীযুৎনা পীবিরবদগী নট সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ তম্নবা থৌরাং তৌজখি। অদুগা নুপী পালাসিগী মরমদা পীবীরম্বা ৱারোল অমদিঃ-

...শীজ লাইওইবীনা কর্ত্তা শাগৈগী নুপীশিংগী ওইবা নাম সঙ্কীর্ত্তন পালা লিংখৎলে। পালা অদুগী মমিং ইবেম্মা রাধাগী মিং লৌদুনা রাসেশ্বরী পালা থোল্লে। ঙসি ফাওবদা পালা অসি কর্ত্তা শাগৈগী নুপীগী ওইবা সঙ্কীর্ত্তননি হায়না পঙনরি। শীজনা করতাল অচৌবা পায়দুনা নাম সঙ্কীর্ত্তন কৎখি। মরম অসি লৈবদগী ঙসি ফাওবা করতাল অচৌবা য়ৈদুনা/পায়দুনা নাম শোল্লি [ফ:ই:শ: ১৯৯০, ১২২]।

অসিনি। হায়রিবা মতম খৃঃ ১৭৮৪ সিদগী মৈতৈ নুপীশিংগী সঙ্কীর্ত্তনগী পরম্পরা মণিপুরগী নট সঙ্কীর্ত্তনগী পরম্পরাদা চঙবা হৌখিরম্মী। অদুগা লমদাংসিদা খোঙথাংজিনবসিদা ঈশৈ ময়েক, ঈশৈ ময়েক্তা সুর পানবা, সুর পাল্লবা ঈশৈশিংদু তম্বীবা, অসিনচিংবগী মথৌ চঙলি।

মৈত্রবাক মণিপুরদা কীর্ত্তনগী ঈহৌ লাকপসি খৃঃ ১৭৭৬ কী মতমদনি। [ব:ক:শ:, ২০০১, ৫১], অদুগা খ্বাইদগী ঈহান হানবা সঙ্কীর্ত্তন (নট সঙ্কীর্ত্তন নৎত্রগা নুপা পালা) না পোকখিবসি খৃঃ ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গৈগী একাদশী ঈরাই নুমিৎ মণিপুরী রাস হৌদোকখিবা [চৈ:কু: ২০০৫, ১৩৩] সিগী পুর্ব্বরঙ্গ ওইননি। মথক্তসু পীজরে, হায়রিবা সঙ্কীর্ত্তনসিদা ঈশৈ হনখিবনা মৈদিংঙু ময়াম্বা/গরিবনৱাজ (খৃঃ ১৭০৯-৪৮) গী মজাইবুঙো, মাইবম চনু লোইবী চরোইঙম্বীনা পোকপা, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতোন ইবুংঙো ভৌরাম শাইনি, দোহার ওইখিবনা মৈদিংঙু গরিবনৱাজগী মজাইবুংঙো, য়াইখোম চনু হেরাঙম্বীনা পোকপা রাজর্ষিগী মতোন ইবুংঙো হরিশাইনি অদুগা পুঙ থোনখিবনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মশামক্রি। হায়রিবশিংসি মমিংখক্তা লৌবনি, সঙ্কীর্ত্তনগী থৌদাং পুরিবদি অখাম রসানন্দ সিংহ অমসুং খুম্বোংময়ুম চন্দ্রমনি সিংহ, সিদ্ধান্ত অনীসিনি। মখোয় অনীসি তীন্ন-তানদুনা রাসেশ্বরী পালাগী ঈশৈগী রাগ 'ধানসী রাগিনী' (রাগ অচৌবা) অমসুং পুঙগী রাগ 'নদিয়া রাগ' পুথোক্তুনা শেম-শারগা চৎনহল্লম্বি।

অমরোমদা রাসেশ্বরী পালা হৌদোকপা নুমিৎসিদা শ্রীগোবিন্দজিউগী অগ্রদা রাস লীলাসু কৎখি। হায়রিবা রাস লীলাসি মহারাসনি, খৃঃ ১৭৮৪ দনি হিয়াঙ্গেগী পুর্ণিমা ঈবাই নুমিৎনি অমসুং নুমিৎসিদা শ্রীমতি রাধিকাগী মুর্ত্তি নির্পন লোয়দুনা রাসেশ্বরী মিংথোল্দুনা জীবন্যাস তৌরগা অভিষেক তৌদুনা শ্রীগোবিন্দগা মিলন/যুগল ওইহনব্া নুমিৎসিগী আভিষেক মতমদা রাসেশ্বরী পালা শাফোঙদুনা বিম্বাবতীনচিংবী কোনুংগী শীজ/ঋাংঙমলোনশিংনা পালা ওইনা নুপী পালাগী সঙ্কীর্ত্তন কৎচরগা নুমিদাংৱাইরমদা রাসকী পুর্ব্বরঙ্গ নুপাপালাগী সঙ্কীর্ত্তন হৌরগা নুমিদাংদা মহারাস শান্নখি। মেরা ৱাফুকপা নুমিৎসিদদি শ্রীমতি রাসেশ্বরীনা শ্রীগো-বিন্দগী ওয়দা ঙাম্ভোইরবনিনা হায়রিবা মহারাসসিদদি তম্ফাৱাংঙমলোন বিম্বাবতীনা শ্রীমতি বাধিকাগী ভাব লৌদ্রে, রাধা শাদ্রে, জগোই মকোক চিংলে। অদুগা মসিগী মতুংদা খৃঃ ১৭৯৪, মেবাগী পুর্ণিমা য়ুমশকৈশ, ৱায়ুংবা নুমিত্তা কুঞ্জরাস হৌদোকখি, কুঞ্জরাস শান্নখি। অসুম্না চহীসিগী হিয়াঙ্গে পুর্ণিমা, মেরা ৱাফুকপা নুমিৎসিদসু শ্রীগোবিন্দগী অমসুং রাসেশ্বরীগী অগ্রদা বিম্বাবতী অমসুং কোনুংগী ময়ুম পান্দ্রীবী ৱাংঙমলোনশিংনা রাসেশ্বরী পালাগী ওইনা নুংথিলদা ঈশৈ থৌগল তৌজখি। অদুগা নুমিদাংৱাইরম রাসকী পুর্ব্বরঙ্গ নুপা পালাগী নট সঙ্কীর্ত্তন হৌদুনা শরুগা নুমিদাং পূং ৭/৮ দগী রাস হৌদুনা মহারাস শান্নখি। রাস অসিদসু বিম্বাবতী, মবেম্মা রাসেশ্বরীনা শ্রীগোবিন্দগী ওয়দা যুগল ওইনা ঙাম্ভোইবনা জগোই মকোক চিংবী ওইনা মবুংঙো-মবেম্মগী থৌগল ফংজখি। অসুম্না হায়রিবা পরম্পরা শ্রীগোবিন্দ-রাসেশ্বরী য়াওনা শান্নবা রাসশিংদা রাধাকৃষ্ণ শাবা য়াওদনা মকোকচিংবীনা লুচিংদুনা রাস শান্নবসি লৈখি।

তম্ফা ৱাংঙমলোন বিম্বাবতীনা নুপীগী পালা রাসেশ্বরী লিংখত্তুনা মৈতৈ নুপীশিংনা মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তনগী মনুংদা খোঙ থাংজিন্দুনা নুপীশিংনা সঙ্কীর্ত্তন শকপগী চৎনবা পরীং অমা থম্লকখি। অসুম্না কোনুংগী লৈমা-শীজশিংনা সঙ্কীর্ত্তনগী লমদা খুমাঙ চাওশিল্লকখি। অদুবু হায়রিবা সঙ্কীর্ত্তনসি কোনুংগী লৈমা শীজশিংগী ওইনা লৈরম্মী অমসুং মীচম মীয়াম, অরামচা চনু নিংঙোলশিংদি ভাবক/ভাবোক ওইদুনা অদুম্মক লৈরকখি। অসুম্না চথবক্লিবা নুপীশিংগী সঙ্কীর্ত্তনগী পরীং অসিনা মণিপুরী জগোই/রাসকী পবীংদা সূত্রধারী ওইবা য়াবা নুপী থোকহল্লক্রমগনি হায়বসিদি থাজবগী ৱাংমদা লৈরি। অদুবু কনাগুম্বী গোপীশিংনা অশোনবা অমসুং/নৎত্রগা অশোয়বা তাঞ্জা লাকপদা কনাগুম্বনা খোম্বাংবীবা ঙম্বগী থাক্তুদি লৈরমলোই হায়জবা ঙমজদে।

জগোই রাসকী মথং মথং চেহ্বরকপা খোঙজেনসিনা পুরক্কুনা মথং তারকপদা বসন্ত রাসকী ৱাফম লাকখিরম্মী। মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা খৃঃ ১৭৯৬ [শকাব্দ ১৭১৮] কী কালেনগী একাদশী নুমিৎ লৈপাকপোকপদা বসন্ত রাস খ্বাইদগী ইহান হান্না কোস্থৌজম য়ুম্ফম কোনুংগী রাসমণ্ডলদা কৎখি। হায়রিবা বসন্তরাসকী নুমিৎসিদসু রাসেশ্বরী পালানা অয়ুক/নুংথিলদা থৌগল তৌরমগনি। মসিদা ঙাংবম নিংঙোল হরিমতী মহারানীসু তম্ফাৱাংঙমলোন বিম্বাবতীসু মতেক মতেক মকোক চিংনখি। অদুগা হায়রিবা বসন্ত রাস লীলাসিদসু জগোইনা ঙাংবমগী ওঝা রূপচন্দ্র সিংহনা, ঈশৈ লেংবা কবো খুম্বোংবা চন্দ্রমনি সিংহ, চন্দ্রসিদ্ধান্ত, ঈশৈ সুর পানবা অখাম ওঝা রসানন্দ অমসুং ঈশৈ তম্বীবনা কবো খুম্বোংবা চন্দ্রমনি সিংহ অমসুং অখাম রসানন্দ অনীসিনি [ধ:(অ), ১৯৯২, ১৭]। মখোয় অহুমসিনা কুঞ্জরাসকীসু পূম্নমকসি থৌদাং লৌখি। হায়রিবা রাসকী মখল অনীসিগী ঃ-

অ) রাসধার — ঙাংবম রূপচন্দ্র সিংহ,

আ) সূত্রধারীশিং — ১) অখাম রসানন্দ সিংহ

২) খুম্বোংমযুম চন্দ্রমনি সিংহ, চন্দ্রসিদ্ধান্ত

ই) জগোই ঙাকপা - রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র

ওইখ্রিবনি। মরম অসিনা মণিপুরী নুপী পালা রাসেশ্বরীগী ঈশৈ লেংবীখিবা অমসুং তম্বীখিবা ওঝা অনীদু মথক্কী রাসকী সূত্রধার ওইবীখিবা অনীসিনি। অদুগা রাসেশ্বরী পালাদা মট(মোত) তৌবগী শরুক্কচিংবা য়াওরকপশিং অসি ঙাংবম ওঝা রূপচন্দ্র সিংহনা তাকপী তম্বীরমগনি হায়না থাজজৈ।

# রাসধারী অমসুং সূত্রধারী

মণিপুরগী রাসলীলাগী মখল মঙা হায়বদি– মহারাস, কুঞ্জরাস, বসন্তরাস, নিত্যরাস অমসুং দিবারাসশিংসিদা মপূং ওইবা শরুক লৌরিবা মীশক অনীনি। অহানবদা 'রাসধারী' - মহাক নুপা ঙাক্কুনা ওই নুপীনা ওইখিবগী ৱাবী থেংনদ্রি। মহাক্কা জগোইগী কলাকারশিংবু অহিং অমা শান্নবগীদমক্তা পূং পাযদুনা নুমিৎ কয়ানি চঙনা তম্বী। ৱাহৈ অসি তোঙান্না সংস্কৃত সংভিধান্দা য়াওদে নৎত্রগা ভারত মুনিগী নাট্য শাস্ত্রদসু। অদুবু হৌজিক ব্রজ বৃন্দাবন্দা শান্নবা রাসলীলা তম্বীরিবা নৎত্রগা মসিবু পুথোক্লিবা মীশক অদুবু রাসধারী হায়না খঙনৈ। মরম অদুদা অতোপ্পা মিং অমনা 'স্বামী' হায়নসু কৌনৈ। অমুকসু মণিপুবদা তৌবা সুম হায়না ব্রজদদি বাসলীলা তম্বীবা, পুথোকপা মীশক অদুতবু খঙনদে, কৃষ্ণগীলীলা ১০০ গী মথক্তা লৈবদু তম্বীববুনি। করিগুম্বদা অসিগুম্বা লীলাশিংদা যাওরিবা কলাকারশিংদুসু 'রাসধারী' হায়না কৌনৈ।

সুত্রধারী– অসিগুম্বা মিং ব্রজগী লীলাশিং অসিদা য়াওদে। অভিধান্দসু য়াওদে। অয়াম্বা মতমদা সংস্কৃত অমসুং হিন্দিগী ঈশৈ নৎত্রগা কবিতাশিং অদু ‘রাসধারী’ না শক্লগা নৎত্রগা হৌরগা গোপীশিংনা ঈশে ওইনা শকুনা খুম্নৈ। ‘নাট্য শাস্ত্র’ দা নাটক তম্বীরিবা অমসুং পুথোক্লিবা মীশকপু ‘সুত্রধার’ কৌই। ‘সুত্র’ হায়বদি লংলা ‘ধার’ হায়বদি পায়বা মানা য়াওরিবা শক্তমশিংগী লংলাশিং চিংদুনা লীলা অদু পুথোকই। মণিপুরগী রাস লীলাশিংদদি ‘রাসধারী’ না মাগী পৃংলোন্না জগোইগী মশক তাক্লগা সুত্রধারীগী ঈশৈশিংনা রাসলীলা অমগী পরীং চত্থরকপদু ময়েক শেংনা লমজিং পীরি। মহাক নাট্যগী সুত্রধার অমগী থৌদাং অদু থোইদোক্লা তাদনা পাঙথোক্লি হায়বা য়াই। মরম অসিনা ওইবা য়াবা মথক্তা পনখিবা ভাগ্যচন্দ্র চরিত্রদা অইবা গুনেন্দ্রনা মীশক অসিবু নাট্যশাস্ত্রদা পনবা ‘সুত্রধার’ হায়বদু কৌই। ‘‘ময়াইদা রাস চক্রদা গোবিন্দনা ঙাল্লে অকোয়বদা গোপিশিংনা থৌগনগদবগী ঙাইজে (সুত্রধার) সুত্র শকপনা শক্লক্লে...’’ (লা: ১৯৭ (গৌ)৩) রাসধারী হায়বা সুম হায়না ‘সুত্রধার’ দগী থৈধরক্তুনা ‘সুত্রধারী’ কৌখিরম্বা য়াই। কনাগুম্বনা হৌদোকই, মদুদি ব্রজদা শান্নরিবা লীলাদা তৌবা অদুম রাসধারীনা শ্লোক্লচিংবা থীরগা গোপীশিংনা খুল্লম্বা য়াই। কোন্না ঈশৈ হৈবী গোপীশিং য়াওরকপদগী জগোইগী মপৃং ফানবা ‘সুত্রধারী’ হাপ্লমগনি। সোমদনা অমুক ‘সুত্রধারী’ শিংদি নুপী ঙাক্তনা ওই অমসুং মখোয়না শক্লিবা ঈশৈবু ‘সুত্র’ হায়না কৌনৈ। মহারাস অমদা শক্লিবা ঈশৈশিং শ্রীমদভাগবতকী রস ‘পঞ্চাধ্যায়’ দগী লৌথোকপনা অয়াম্বনি, বসন্তা রাসকীনা গীত গোবিন্দগী মতাং খরদগী য়ওরি, অতৈ বাসশিংগীনা শ্রীগোবিন্দ লীলা মৃত, পদকল্পতরু অমসুং পদাবলী কয়াদগী য়াওরি।

মহারাসতা অচৌবা ‘ভঙ্গী পরেং’ গা ‘বৃন্দাবন পরেং’ গা শাগনি। মহারজ ভাগ্যচন্দ্রগী হাক্তক্তদি ‘বৃন্দাবন পরেং’ য়াওরমদে। ‘বৃন্দাবন পরেং’ গা ‘খুরুম্বা’ ভঙ্গী পরেংগদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারজ মতমদা শেমখিবনি ‘বৃন্দাবন পরেংনা বৃন্দাবন বর্নন অদুগা খুরুম্বা পরেংনা প্রার্থনানি।

মথক্তসু পঞ্জশ্খে রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা রাস মখল অহুম হায়বদি মহারাস কুঞ্জরাস, বসন্তরাস হৌদোকপীরম্মী। নিত্য রাস চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদা হৌদোকপীরম্বনি অদুগা দিবা রাসনা সার চুড়াচান্দ মহারাজকী মতমদনি। শ্রীবিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মনা তাকপীবা মতুংইন্না খৃঃ ১৭৮৪ গী হিয়াঙ্গৈ পূর্ণিমা নুমিত্তা ‘‘শ্রীমতি রাধিকানা মূর্ত্তি নির্পন লোয়দুনা রাসেশ্বরী মিংথোন্দুনা জীবন্যাস তৌদুনা

শ্রীগোবিন্দনা মিলয়্যুগনা নুমিৎসিদ্গী অভিষেক মতমদা রাসেশ্বরী পালা শাফোঙদুনা বিস্বাবতিনচিংবা কোনুংগী শীজ/ব্রাংঙমলোনসিনা পালা ওইনা নুপী পালাগী সঙ্কীর্ত্তন হৌরগা নুমিদাংদা মহারাস শান্নখি। মেরা ব্রাফৃকপা নুমিৎসিদদি শ্রীমতি রাসেশ্বরীনা শ্রীগোবিন্দগী ওয়দা ঙাহ্নোইরিবসিনা হায়রিবা 'মহারাসসিদদি' তম্ফা ব্রাংঙমলোন বিস্বাবতিনা শ্রীমতি রাধিকাগী ভাব লৌদ্রে, রাধা শাদ্রে, জগোই মকোক চিংলে। অদুগা মসিগী মতুং খৃঃ ১৭৯৪, মেরাগী পূর্ণিমা য়ুমশকৈশা ব্রায়ুংবা নুমিত্তা কুঞ্জরাস হেদোকখি, কুঞ্জরাস শান্নখি। অমুকসু শ্রীকুলচন্দ্রনা তাক্লি, "মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা খৃঃ ১৭৯৬ (শক ১৭১৮)গী কালেনগী একাদশী নুমিৎ লৈপাকপোকপদা কোনুংগী রাস মণ্ডলদা কংখি।"

মাণ্ডব মপু– পাঙথোক্লিবা রাসলীলা অমসুং থৌরম পূম্নমক্তা অকায় অতোয় থোক্তনবা রাসকী মণ্ডলী অদুবু ঙাকপী-শেনবীনবা থৌরাংদা 'মাণ্ডব মপু' রাস কর্ম্ম বক্ষক নৎত্রগা 'রাস রক্ষক' অমা বরিদুনা হাপকদবনি। রাসলীলাদুগী হীরম খুদিংমক নর্ত্ত সুত্রদা, সঙ্গীত সুত্রদা, বাদ্যসুত্রদা অমসুং অতৈ হীরমশিংদা ব্রাতেমগদবা অমসুং ব্রারোই ব্রারেপকদবা বিচারপতিনিনা য়ামদ্রবদা মগুণ লৈবা, খঙ-হৈরবা পণ্ডিত অমা ওইগদবনি। অয়াম্বা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিং হাপ্নে।

জগোই ঙাকপা– "মণিপুরগী জগৈই রাসতি উৎননবা মীয়ামগী লীলা পালা নত্তে অমসুং পরমস্বাবু থাজদবা মীশিংনা য়েংনবা হরাও-তয়ামগী কুম্মৈ নত্তে, পৃক্লিংদা শান্তি ফংনবা ব্রাখলগী লোয়নাইদ্রবা ময়াগী মৈচাক কোক্লবা ... প্রেম ভক্তিগী অপেনবা অমসুং নুংঙাইবা ফংনবা ... লাইনীঙ পৃক্লিংগীদমক্তা মহাউ পীবা কুম্মৈনি। অসুম্না লাইনিংগী অরোনবা ঈচেল অমগা পাঙথোক্লিবা কুম্মৈ অসি কনাগুম্না ভাবোক মরক্তগী অকায় অতোয় থোকহন্দনবা রাস পাঙথোক্লিকৈঙদা ঙাকপীনবা মীশক অমা নেক্লে। মহাক মতীক মগুণ অমসুং মিংচৎ লৈবা মী ওইগদবনি। শম্না হায়রবদা মহাকপু ব্যবহার তৌবা মী ওইগদবনি। মহাকপু 'জগোই ঙাকপা' কৌই।

## (ক) মহারাস

মহারাস, শ্রীকৃষ্ণ উপাষক বৈষ্ণব ভক্তশিং নৎত্রগা ব্রজগী খ্বাইগী অথোইবা ভক্তিগী লম্বীনি। হায়রিবা মহারাস অসি মণিপুরগী রাজ্য দেবতা শ্রীগোবিন্দজীগী ওইনদি চহী অমগী মনুংদা অকক্লবা নোংমখক্তং শান্নে। হায়রিবা নুমিৎসি শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণগী রাস পঞ্চাধ্যায়না পীরিবা ব্রজরাজ নন্দন শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দা শ্রীমতি রাধিকানচিংবীগী ব্রজগোপীশিংগা লোয়ননা রাস লীলা শান্নখি, হায়রিবা শরদিয় (হিয়াঙ্গৈ) পূর্ণিমা

(নাকেন পাম্বাগী থানিন-থাবুঙ) নুমিত্তনি হায়বদুনা মণিপুরদা মৈত্রবাক মণিপুরগী ওইনা মৈতৈগী থাচৎ-থাবান্দা হিয়াঙ্গে থাগী থানীন নুমিৎ, মৈতৈগী ''মেরা ৱাফুকপা নুমিৎ'' হায়বসিদা লৌদুনা পাঙথোক্লি। হায়রিবা নুমিৎসিদা খৃঃ ১৭৭৯ গী হিয়াঙ্গে ১১ নি পানবা একাদশী নুমিত্তগী পুর্ণিমা নুমিৎ ফাওবদা লাংথবান কোনুংগী ঙমখৈ মনুংদা রাসমণ্ডল শেমদুনা শ্রীমতি রাসেশ্বরীগী শ্রীমুর্ত্তি নিরুপন তৌদ্রিঙৈদা কুমারী বিম্বাবতী (শীজ লাইরোইবী) তস্ফা ৱাংঙমলোন্না শ্রীমতি রাধিকাগী শক্তম লাংলগা মহারানী ঙাংবম নিংঙোন হবিমতীনা মকোক চিংদুনা খ্বাইদগী ইহান হান্না শান্নখিবসিগী মতুং ইন্দুনা খৃঃ ১৭৮০ দগীনা খৃঃ ১৭৮৩ ফাওবদা জগোই বাস কৎখি। অদুগা হায়রিবা হিয়াঙ্গে পুর্নিমা, মেরা ৱাফুকপা নুমিৎসিদা শ্রীমতি রাসেশ্বরীগী শ্রীমুর্ত্তি মসিগী মমাঙদা নিরুপন তৌদুনা লৈরবদগীদি খৃঃ ১৭৮৪ দগী রাসমণ্ডল শেম্লগা ময়ায়দা রাসদোলচক্র পান্দুনা শেম শারগা শ্রীগোবিন্দজী অমসুং শ্রীমতি রাসেশ্বরী লেঙথোক্লুনা রাস শান্নবা য়াওরগা মকোকচিংবী (রাজকুমারী বিম্বাবতী) না মরুওইবা রাসলীলাগী সেবা, কর্ম্মনচিংবগী থৌদাং লৌদুনা মহারাস পরীংসি চত্থরকখি। হায়রিবা নুমিৎসিদদি শ্রীগোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা নত্তনা মহারাসসি শান্নহন্দে (অতৈ নুমিৎশিংদদি য়াই)।

মহাবাসকী ক্রমঃ হায়রিবা রাসলীলাসিগী থৌরম-পরেংগী মনুংদা লৈরিবা লীলাগী থৌদোক শিংগী পরীং অসিনা অতৈ মণিপুরী মণ্ডলীরাসশিংগী লময়ানবনি। মখোয়দুদিঃ-

(১) পূর্ব্বরঙ্গ = মণিপুরী নট সঙ্কীর্ত্তন (নুপা পালা) শক্কনি। সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ লোইরগা শ্রীগোবিন্দগী ব্রাহ্মনা শ্রীগোবিন্দ অমসুং শ্রীমতি রাসেশ্বরী অনীদা কুঞ্জারতি কৎকন্দবনি।

(২) আরম্ভ (থৌরাং) = কুঞ্জরাসতি কৎপা লোইরগা জগোই রাস হৌননবগীদমক্তা শেম শাগদর্বনি। রাসধারী, সূত্রধারী, মোইবুং-খোংবা, বাঁশী খোংবা, এসরাজ খোংববু রাস কম্মগী মশাগী হৌনবী মতুংইন্না লৈ-চন্দন তৌগনি, পানা-ক্বা অমসুং ফি অমময়া বরিগনি।

(আ) লৈ-চন্দন তৌবা লোইরগা রাসধারীনা নৎত্রগা মহাক্কী মহুৎ শিন্দুনা পূং য়ৈগদবা মকোক চৎপনা পূং য়ৈবা তুংইনবগা মখোয় অনী পূং য়ানশিল্লগা রাসপানগী ফম্ফমদা চঙশিনগনি অমসুং হায়রিবা রাসকী পূংয়ৈবসিদদি পূং য়ৈবা তুংইনবনা মকোক চংপগী যেক্তা ফমগনি। পূংগী তৌগদবা থৌরাং শেম-শাগনি।

(ই) সূত্রধারীসু চঙশিন্দুনা মহাক্কী ফম্ফমগী মমাঙদা মন্দিলা থম্লগা ফমগনি অমসুং মহাক্কী শৈশিন শক্কদবা অর্মাদ খোম্লাংবা ওইগদবশিংনা মহাক্কী মতুংদা ফমদুনা শেম-শাগদবনি।

(ঈ) মোইবুং খোংবনা রাসধারীগী য়েৎলোমদা ফমদুনা মোইবুং মাগী মশাগী মাঙদা ফিদা মথক্তা খিন্দুনা ফমগনি।

(উ) বাঁশী খোংবনা সূত্রধারী ওয়দা ফমগনি অমসুং মহাক্কী (বাঁশী খোংবগী) ওয়দা এসরাজ খোংবা ফমগনি।

(ঊ) রাসধারী, সূত্রধারী অমসুং বাদ্য কলাকারশিংনা মাগী মাগী ফম্ফমদা মফম চানা ফম্নরবা অমসুং তৌগদবা থৌরাং-ঈরাং পুম্নমক লোয়নদুনা য়ানরবদা মখোয় পুম্নমক মফমদি লেঙদনা, চপ মান্ননা শ্রীগোবিন্দজী অমসুং শ্রীমতি রাসেশ্বরীবু জগোই হৌজনবগীদমক্তা য়াথং লৌজবা ওইনা খুরুমজগদবনি।

(৩) শ্রীগোবিন্দ-রাসেশ্বরী খুরুমজবসি লোইরগা রাসধারী নৎত্রগা পূং য়েবা ওঝানা পূংগী রাগ "রাগ-মচা নুরা" হৌদুনা য়েরগা পূংনা ঈশৈগী শৈহৌ ওইনা হৌদোক্কদবনি।

(৪) পূংগী রাগসিগা ঈরোইননা সূত্রধারীনা ঈশৈগী রাগ, "মোরী রাগ [স:শ:, ১৯৬৫, ১৫৮]" নৎত্রগা "কানু রাগ [ফ:ই:স:, ২০০৫, ৯৯] হৌদুনা ঈশৈ হৌগদবনি। হায়রিবা শৈহৌগী রাগ অসিগী মতাঙদা পীবিরম্বা ৱাফম অমদিঃ-

পূংগী রাগ মচা হৌরগা ঈশৈ শকপীনা মানা মানা হৌনীংবা রাগ হৌবা য়াই [ম:অ:স:, ১৯৮২, ২২] অসিনি। মথক্কী ৱাফম অহুমসিদা অকোনবগী ৱাফম অসিদা থাজবা থমজে।

(৫) রাগসিদা মখা চথরক্তুনা সূত্রধারীনা বৃন্দাবন বর্নণ শক্কদবনি। হায়রিবা বৃন্দাবন বর্নণসিগী পীবিরম্লিবা ঈশৈ ময়েক (তুরি রাগগী ওইবা) অদুদিঃ-

লাইবক ফবী শ্রীবৃন্দাবন !
নঙনা করি পূন্য তৌখিবগে লাইবক ফৈদা ॥
মুনি ঋষিগী তৃংনফম,
ব্রহ্মা, শিবগী চঙনফম, রাধা কৃষ্ণগী শান্নফম ॥
অহিং নুংথিল মতম পূম্বা
রাধা কৃষ্ণগী চরণ ফংজরি ॥

মতাং অসিদা ঈশৈগী রাগ ওনগনি, ওল্লিবা রাগদু হান্নগী রাগদু নত্তবা ওইনীংবা রাগ অমদা ওইবা য়াই। মদুগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

পূক্লিং হূরি, বৃন্দাবন নীংথিজরে ॥
লৈগী লৈচন শুনা শাৎলে
করিগা পান্দমশিগে ॥
বৃন্দাবনসে ইনৌ নৌরে, যাতি যুতি শাৎকায়রক্লে ॥

(৬) বৃন্দাবন বর্নণসি লোইরগা সূত্রধারীনা বৈষ্ণব বর্নণ শক্কদবনি। হায়রিবা ঈশৈসিগী ঈশৈ ময়েক্তি মখাগীসিনিঃ

জীব পুম্নবু চানবী হৈবা শ্রীরাধা গোবিন্দনা মতম পুম্নদা
হৃদিদা ঙাহ্বোইরিবা তাইবং ঈপাক লানবীরিবা
শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মধুর রস চুপ্লীরিবা
বৈষ্ণবকী খূয়াদা চঙজরি তোল্লবা ননাইনা
মমাঙঙৈদা শান্নগ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী মহারাস লীলাগী
শরূক খর শকচ-শোঞ্জবা তাল, রাগ, শৈশক শৈরেং
অকায়বা খিবিকপু য়েংবীদনা
হংস শ্রুতা ওইবা ভক্তশিংগী থম্মোইনা চুপ্লীয়ু রস অথোইবা

(৭) বৈষ্ণব বর্নণ তৌবা লোইরগা রাসলীলাগী মপুং-ময়োন ওইরিবা থৌরম পরেংগী পরীংদা চঙশিন্নবগীদমক্তা সূত্রধারীনা শ্রীমদ্ভাগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায়গী অহৌবগী শ্লোক অহুমদু মথং-মনাউ নাইনা শৈরেং ওইনা খীগদবনি, শ্লোকশিংদুদিঃ-

শ্রীশুকঃ উবাচঃ

ভগবানপি তা রাত্রীঃ শারদোৎফুল্লমল্লিকাঃ
বীক্ষ্য রন্তুং মণশ্চক্রে যোগমায়ামুপাশ্রিত ঃ ॥১॥
তদোড়ু রাজঃককুভঃ করৈমুখং প্রাচ্যা বিলিম্পন্নরুণেন শন্তমৈঃ
স চর্ষণীনামুদগাচ্ছুচো মৃজনপ্রিয়া প্রিয়া ইব দীর্ঘদর্শনঃ ॥২॥
দৃষ্টকুমুদ্বন্তমখণ্ডমণ্ডলং রমাননাভং নবকুঙ্কুমারুণম্।
বনং চ তৎকোমলগোভিরঞ্জিতংজগো কলং বামদৃশাং মনোহরম ॥৩॥

অসিনি। মখোয়সি হৌজিক্কী মতমদদি মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা শীজিন্নরে। মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবা শৈরেংগী মশক্তুদিঃ-

শ্রীশুকদেবনা হায়খিঃ

ভগবানসু শরদ ঋতু ওইরদুনা
মাল্লিকানচিংবা লৈ পূম্নমক্লা শাৎপা অহিং ময়াম উরদুনা
যোগ মায়াদা পূক্লীং চঙদুনা নীঙখরে রাস শান্নগে হায়না ॥
মতম কুইনা উনরুদ্রবা চান্নবীগী মায়খোংদা তৈবীবগুম্না
পূর্ণিমাগী থাজনা ঙাংঙ্গানবা মচুনা নোংপোক মায়কৈদা থোক্লদুনা
জীবশিংগী মৈচাক কোকহল্লি।

অসিনি। মৈতৈলোনগীসিদা অহানবগী পরেং অহুমসি শৈরেং ওইনা খীবা অমসুং অকোনবগী পরেং অহুমসিনা ঈশৈ ওইনা শকপগী মওং মতৌ অদুসু চৎনৈ।

শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দজীগী মাগুবতা কৎপা অমসুং খুল্লক-ঈরক্তা শান্নবা মহারাস(শিং) দদি মথক্কী সংস্কৃতকী নৎত্রগা মৈতৈলোনগী শৈরেং অসি শ্লোক ওইনা থীবগী মহত্তা সূত্রধারীনা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা পাওথোক্লে। সংস্কৃতকী শ্লোকশিংসি মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা শীজিন্নরকখিবসিদি খৃঃ ১৯৩১ গী মতুংদগী ওইগনি [চৈ:কু:,২০০৫,৬১১]।

(৮) মথক্কী অসুম্না রাসলীলাগী ঋাহৌদোক পীরবসিগী মথংগী থৌরমদা শ্রীকৃষ্ণ অভিসার (নুংশি-নুংওনগী শক্তম পুরবী/পুরিববু শকউননবা চৎপ)গী মতাংনি। মতাঙ অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা তৌরিবা থৌদৌসি সূত্রধারীনা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা শৈথারগা অভিসার চৎলি হায়বসি তাক্কদবনি। মহাক্লা শক্কদৌরিবা ঈশৈদুগী ময়েক্তিঃ

মেন তানচপ, মাত্রা ৮ (দৃষ্টা কুমুদকী সন্দ)

বনগী মায়কৈ তমদুনা শ্রীগোবিন্দনা লেঙলি
অরোনবা নাকোই য়েংনা বনগী মনুংদা
শ্রীরাধানচিংলবী গোপী পূম্বগা রাসলীলা শান্নরুগে খল্লদুনা।।

(৯) অসিনি। ঈশৈ অসি লোয়রগা পুংয়ৈবগী পুংগী পুংলোন্না শ্রীকৃষ্ণ নর্ত্তনগী পুংলোন্দা তারক্কনি অমসুং পুংলোন্দুদনা শ্রীকৃষ্ণনা জগোই শাবগী মতৌ ফোঙদোক্কনি।

মতাং অসি শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দজীগী অমসুং খুল্লকী মাগুবতা শান্নবা মহারাসতি কৃষ্ণ শাবা মশামক থোক্তুনা অভিসার অমসুং কৃষ্ণ নর্ত্তন উৎকনি।

(১০) শ্রীকৃষ্ণ অভিসারগী পুংলোন জগোই নৎত্রগা শ্রীকৃষ্ণগী জগোইসিদা শ্রীকৃষ্ণনা কুঞ্জদা লাকপা, থুংলবগী মওং-মতৌশিং শাজৎ-শাথেক্লা উৎকনি। মসিদা সূত্রধারীনা শ্রীকৃষ্ণ কুঞ্জদুদা থুংলবগী ওইবা থৌদৌদুগী লংলা-লংজীন ভাবোক্তা পীননবগীদমক্তা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা তাক্কনি। সূত্রসিগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ

বংশীবটকী লম্বীদা ময়াই কারবা শামুনা চৎপা শাজৎ ঙমজনা লেঙলক্লে।।
বংশীবটতা য়ৌদুনা বাঁশীনা নুংশিনা খোংদুনা
গোপী পূম্বা তোয়না কৌরক্লে ।।

মসিগা লোয়ননা সূত্রধারীগী মায়কৈদা ফম্লিবা বাদ্যকারশিংদগী বাঁশী খোংবনা বাঁশী খোংদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ‘মুরুলী-নাদ’ তৌবগী মশক উত্তুনা বাঁশীগী মখোল তাহনগনি। বাঁশী খোংদুনা মুরুলী-নাদ তৌবগী মতৌসি হেক লোইবগা সূত্রধারীনা রাস পঞ্চাধ্যায়গী মরিশুবা শ্লোকতগীনা তরামাথোই শুবা শ্লোক ফাওবদু শৈরেং ওইনা থীদুনা লংলা-লংজীন পীগনি। হায়রিবা শ্লোকশিং অদুদিঃ

নিশম্য গীতং তদনঙ্গবর্দ্ধনং ব্রজস্ত্রিয়ঃ কৃষ্ণ গৃহীতমানসাঃ ।
আজগ্মুরনোহণ্যমল ক্ষিতোদ্যমাঃ স যত্র কান্তো জবলোলকুণ্ডলাঃ ॥৪॥
দুহন্ত্যোহভিষযুঃ কাশ্চিদ্দোহং হিত্বা সমুৎসুকাঃ
পয়োহধিশ্রিত্য সংযাবমনুদ্বা স্যাপরা ষমুঃ ॥৫॥
পরিবেষয়ন্ত্যস্তদ্ধিত্বা পায়য়ন্ত্যঃ শিশূণ পয়ঃ।
শুশ্রুষন্ত্যা পতীন্‌কশ্চিদশ্নন্ত্যোহপাস্য বোজনম্ ॥৬॥
লিম্পান্ত্যঃ প্রমৃজন্ত্যোহন্যা অঞ্জন্ত্যঃ কাশ্চলোচনে
ব্যত্যস্তবস্ত্রা ভরণাঃ কাশ্চিৎ কৃষ্ণান্তিকং যযুঃ ॥৭॥
তা বার্যমাণাঃ পতিভিঃ পিতৃভির্ভ্রা তৃবন্ধুভিঃ ।
গোবিন্দা পহৃতাত্মানো ন ন্যকর্ত্তন্ত মোহিতাঃ ॥৮॥
অন্তর্গৃহগতাঃ কাশ্চিদগোপ্যোহলব্ধবিনির্গমাঃ ।
কৃষ্ণং তদ্ভাবনাযুক্তা দধ্যুর্মীলিতলোচনাঃ ॥৯॥
দুঃ সহপ্রেষ্ঠবিরহতীব্রতাপধুতাশুভাঃ ।
ধ্যাণপ্রাপ্তচ্যুতশ্লেষ নির্বৃত্যা ক্ষীণমঙ্গলা ॥১০॥
তমেব পবমাত্মানং জারবুদ্ধ্যাহপি সঙ্গতাঃ ।
জহুর্গুণময়ং দেহংসদ্যঃ প্রক্ষীনবদ্ধনাঃ ॥১১॥

অসিশিংসিনি। মসি মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনসু শৈবেং ওইনা থীনৈ। মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুবা শৈরেং অদুদি ঃ

বেনুগী খোঞ্জেল তাবদা গোপীশিং
কৃষ্ণতবু ফংজনীগুবনা ঙাওরবী
মাগী মাগী থবক হন্দোক্লু না শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা যৌখরে॥
য়ুমগী অফা অপূন্না পুল্লবী
অহল লমনগী চৈরাক কিজবী
কনাগুম্বী গোপী অমদি ইমুংদগী থোকপা ঙমদ্রদুনা
শ্রীকৃষ্ণগী থৌজাল ফংজখবে॥

অসিনি। হায়বিবা শৈরেংসি সূত্রধারীনা থীবা লোয়রগা মহাক্লা রাস পঞ্চাধ্যাযগী ১৭শুবা শ্লোক অদু ছন্দ পান্দুনা সুরগা লোয়ননা ঈশৈ ওইনা শক্কদবনি। শ্লোক অদুদিঃ

তা দৃষ্ট্বান্তিকমায়াতা ভগবান্ ব্রজয়োযিতঃ ।
অবদদ্বতাং শ্রেষ্ঠা বাচঃ পেশৈর্বিমোহয়ন্ ॥১৭॥

অসিনি। মসি মৈতৈলোন্দা হন্দোক্কুনা ঈশৈ ওইনা সূত্রধারীনা অদুম শক্লে।
শক্লরিবা মৈতৈলোন ঈশৈ ময়েক্কুদিঃ

শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্কুনা থুংলরবী গোপীশিংবু উরগা
ৱাঙাঙ হৈবশিংগী অথোইবা ওইরবা শ্রীকৃষ্ণনা
নুংশিরবা ৱাহৈনা গোপীশিংদা হায়খি।

হায়রিবা ঈশৈসিগা ঈরোয়ননা গোপী অভিসার হায়বদি ব্রজগোপীশিংসু চান্নবা কৃষ্ণবু উননবা অচীকপা প্রেমিক-প্রেমিকাশিংগী উন্নফম হৈকোন-লৈকোন্দুদা লাক্কনি, হায়বদি লাকপগী লীলাগী থৌওং-থৌদৌদু উৎকনি। গোপী অভিসারগী মমাঙদা সূত্রধারীনা শ্লোক/শৈরেং থীবগী মতৌ অসি অহানবদা শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দজীগী অমসুং খুল্লক্কী ওইনা শান্নবা/কৎপা মহারাস(শিং) দা তৌনদে। ঈশৈ ওইনা শক্লরম্মী। অদুগা অদুম মখাগী ঈশৈগী শরুক্কুগা শমজিন্নরম্মী। হৌজিক্কী মতমদদি মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবা ঈশৈ ময়েকশিং— ''বেনুগী খোঞ্জেল তাবদা গোপীশিং'' না হৌবসিগা, ''শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্কুনা'' হায়বসিনা হৌবা ঈশৈ ময়েকসিগা অনীমকসি সূত্রধারীনা ঈশৈ ওইনা শক্লগা গোপী অভিসার তৌনরে।

(১১) মথংদা শ্রীকৃষ্ণ উক্তি, হায়বদি শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী মনাক্তা থুংলরবী গোপীশিংগী মফমদা ৱা ঙাঙবগী মতৌ উৎকনি। মসিসু সূত্রধারীনা ৱা ঙাংবগী থবকসি তৌই অমসুং মসি রাস পঞ্চাধ্যায়গী ১৮শুবা শ্লোকদগী ২৭শুবা শ্লোক অসি ফাওবনি। হায়রিবা কৃষ্ণ উক্তিসি রাস পঞ্চাধ্যায়গী শ্লোকশিং ওইনা খৃঃ ১৭৭৯ দগী খৃঃ ১৭৮৪ ফাওবদা শান্নখিবা মহারাস, শ্রীমতি রাসেশ্বরীগী শ্রীমুর্ত্তি নির্পন তৌদ্রিঙৈ, তম্ফা ৱাংঙমলোন বিশ্বাবতীনা শ্রীমতি রাধিকা শারিঙৈগী মতমসিদা সূত্রধারনা শ্লোক থীরগা য়াওরম্বা য়াই অদুবু মদুগী অরেপ্পদি হায়জবা ঙমজদে। নৎত্রগা মতুংদা মতেক অসি (শ্রীকৃষ্ণ উক্তিসি) ককথৎলগা শান্নরম্বগী খুদমসু স্বর্গীয় সুরচান্দ শর্ম্মনা পীরি [স:শ:, ১৯৬৫, ১৫৯]। অদুগা হৌজিক্কী মতমদা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্কুনা শীজিন্নবা (শ্রীকৃষ্ণ উক্তিসি হাপ্লা) সি চৎনৈ, অদুবু মসি কবম্বা মতমদগী চৎনবা অমসুং শীজিন্নবা হৌখিবগে হায়বদুদি হৌজিক ফাওবগী ওইনদি খঙদবগী লৈরোন্নুংদা লৈরি। অদুবু থৌওং-থৌদৌসি শ্রীকৃষ্ণ অমসুং শ্রীমতি রাধিকা মীনা শাদুনা বাস কৎপশিংগী ওইননি। শ্রীগোবিন্দজীগীদদি শ্রীগোবিন্দজী অমসুং শ্রীমতি রাসেশ্বরী য়াওনা রাস লীলা শান্নবনা শ্রীকৃষ্ণ উক্তিসি ককথৎলগা ললিতা বিশাখানচিংবী সখীশিংনা রাস পঞ্চাধ্যায়গী শ্লোক

২৮ দগী হৌদুনা শ্লোক অমমম থীনরগা মখা চথখিবসি চৎনৈ। মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লবা শ্রীকৃষ্ণ উক্তি (ভগবানুবাচ) অদুগী মরোন্দিঃ-

লাইবক ফবগী অথোইবী ওইবীশা ! লেঙশিনবীরকউ !
ঐনা করি তৌরগা পেনবীগবা !
ব্রজগী করিগুম্বা অৱা-অনা তাবগী, নুংঙাইতবা থোক্কেদনা ?
করি মরমগী লেঙবীরকপনো তাকপীয়ু !
অহিং হায়বসিদি য়াম্নদি ফজৈ হায়ববু
মহাক্তি অকিবগী মশকনি।

অকিবগী মশক ওইবা লিন, শা-কৈনচিংবা থোক্নুনা মতম অসিদা কোয়চৎ চত্নুনা লৈ।

নুপীনা বন্দা লাকপা মতম নত্তে, নয়ুম নয়ুমদা হল্লো।
নুপী হায়বা অসিনা তৌগবদি মপুরোইববু সেবা তৌগদবনি,
মপুরোইবনা মরমচৎ ফৎত্রবসু, মরায়বক ফৎত্রবসু
মশা শোল্লবসু, অনাবা ওইরবসু হন্দোকফদে।
মাগী শাগৈ পাল্লিবী মৌনা
অরোনবা নুপা থল্লবদি স্বর্গ ফংদে,
মিংচৎ থি, অতোনবা ওই, মী পূম্নমক্না নীন্দা তৌনৈ,
হল্লো, নুপীনা বন্দা লৈবা হৌনদে।

(১২) হায়রিবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংদা অফবা শাদুনা লংনবগী তাৎ তৌবগী ওইবা ৱাহৈসিংসি তারবদা গোপীশিংগী মফমদা ফাওরকপা ঈকাইবা, অৱাবনচিংবগী ফিভমশিংদু তাক্নুনা সূত্রধারীনা ঈশৈ ওইনা শক্নুনা ভাবোক্তা পাউদমগদবনি। হায়রিবসিসু রাস পঞ্চাধ্যায়গী ২৮শুবা শোক্তগী ৩০শুবা শ্লোক ফাওবদুনি। মৈতৈলোন্দা হন্দোক্নুনা শক্ল-শোন্নরিবা ঈশৈদুগী ঈশৈ ময়েক্কুদিঃ-

শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিতদা হায়—
'গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণনা হায়বা অসি তারগা য়াম্না ৱাখি।
নীঙলকপা পুম্না কায়রদুনা শ্রীকৃষ্ণগী থৌজাল নত্তনা
কোক্লরোয়দবা চিন্তা তৌখি।
মায় লুকথদুনা কায়নগনি হায়বগী
অৱাবনা মৈ ওইনা চাক্লবী,
পূক্লিংগী মৈচাক্লা চীনবান কংশিল্লবী

গোপীশিংগী মিত্তগী শিছ্খিবা পি ময়াম্না
মিত্তা তৈবা কাজলগী অমুবনে
থবাক্তা তৈবা কুমকুম চন্দনগী অঙাংবনে
মচু অনিনা মখোয়গী হকচাংদা লৈবা অদুগী অৱাকগী অরুম্বা অদু পুবা ওমমদুনা
ইবেম্মশিংগী হকচাং অদু কায়রগে হায়দুনা
লৈই অমা চিংবগুম খোকখরে,
করিগুম্বা ৱা অমত্তা ঙাংখিদরে, খোঙবীনা লৈপাক্তা
চিংল-চিংলদুনা লৈখি।
মিৎকী পি তারিবা অদু তৈথোক্লুনা
শাওতক্লা গোপীশিংনা তনীক তনীক্লা হায়জখি।

(১৩) অসুম্না সূত্রধারীনা গোপীশিংগী ফিভমসি শৈথারুরগা গোপী উক্তি (গোপীশিংনা মখোয়-মখোয়গী অনীঙবা-অশাওবনচিংবগী ৱাঙাংদা ঙাং-শকপগী মওং-মতৌ) দা চত্থগনি। মসি রাস পঞ্চাধ্যায়গী শ্লোক ৩১ দগী ৪১ ফাওবসিনি। হায়রিবা শ্লোকশিংসি অমমম ললিতা, বিশাখা, চিত্রা, চম্পকলতা, তুঙ্গবিদ্যা, ইন্দুরেখা, রঙ্গদেবী, শুদেবীনচিংবী সখীশিং শাবীশিংনা শ্লোক ওইনা খীগদবনি।

গোপ্য উচুঃ—

ললিতাঃ— মৈবংবিভোর্হতি ভগবান্‌গদিতুং নৃশংসং সংত্যজ্য সর্ব্ববিষয়াং স্তব পাদমূলং।
ভক্তা ভজস্ব দুরবগ্রহ মা ত্যজাস্মান্দেবো যথদিপুরুষো ভজতে মুমুক্ষুন ॥৩১॥

বিশাখাঃ- যৎপত্যপত্যসুহৃদামনুবৃত্তিরঙ্গ স্ত্রীণাং স্বধর্ম্ম ইতি ধর্ম্মবিদা ত্বযোক্তম।
অস্ত্বেবমেতদুপদেশপদে ত্বয়ীশে প্রেষ্ঠো ভবাংস্তনুভৃতাংকিল বন্ধুরাত্ম ॥৩২॥

কুর্ব্বন্তি হি ত্বয়ি রতিং কুশলাঃ স্ব আত্মান্নিত্যপ্রিয়ে পতিসুতাদিভি— বার্ত্তিদৈঃ কিম। — চিত্রা

তন্নঃ প্রসীদ পরমেশ্বর মা স্ম ছিন্দ্যা আশাং ভৃতাং ত্বায়ি চিরাদরবিন্দনেত্র ॥৩৩॥ — চম্পকলতা

চিতংসুখেন ভবতাহপহৃতং গৃহেষু যন্নির্বিশত্যুত করৌবপি গৃহকৃত্যে
পদৌ পদং ন চলতস্তব পাদমূলায়ামঃ কথং ব্রজমথো করবাম কিংবা ॥৩৪॥
— তুঙ্গবিদ্যা

সিঞ্চাঙ্গ নস্ত্বদধরামৃতপূরকেণ হাসাবলোককলগীতজহৃচ্চয়াগ্নিম্।

নো চেদ্বয়ং বিরহজাগ্ন্যপযুক্তদেহা ধ্যানেন যাম পদয়ো পদবীংসখে তে ॥৩৫॥
— ইন্দুলেখা

যর্হ্যম্বুজাক্ষ তব পাদতলং রমায়া দত্তক্ষণং কচিচ্চদবন্যাজনপ্রিয়স্য।
অস্প্রাক্ষ্ম তৎ প্রভৃতি নান্যসমক্ষমঙ্গ স্থাতুং ত্বয়াঽভিরমিতা বত পারয়ামঃ
॥৩৬॥ — রঙ্গদেবী

শ্রীর্যৎপদাম্বুজরজশ্চকমে তুলস্যা লব্ধাঽসি বক্ষসি পদং কিল ভৃত্যজুষ্টম।
যস্যাঃ স্ববীক্ষণকৃতেঽণ্যসুরপ্রয়াসস্তদ্বদ্বয়ং চতব পাদরজ প্রপন্নাঃ ॥৩৭॥ —
সুদেবী

তন্নঃ প্রসীদ বৃজিনার্দন তেঽঙ্ঘ্রিমুলং প্রাপ্তা বিসৃজ্য রসতীস্ত্বদুপা নাশাঃ ॥
ত্বৎসুন্দবস্মিতনিরীক্ষণ তীব্রকামতপ্তাত্মনাং পুরুষভুষণ দেহি দাস্যম ॥৩৮॥
— সুমধ্য/কমলা/মাধুরী/মাধবী

বীক্ষ্যালকাবৃতমুখং তব কুণ্ডল শ্রীর্গণ্ডস্থলাধবাসুধং হসিতাবলোকম।
দত্তাভয়ং চ ভুজগণ্ডযুগং বিলোক্য বক্ষঃ শ্রী য়ৈকরমণং চ ভবাম দাস্যঃ
॥৩৯॥ — মালতী/মঞ্জুকেশী/কমলতা

কাস্ত্র্যঙ্গ তে কলপদায়তবেনুগীতসং মোহিতাঽর্যচরিতান্ন চলেন্দ্রিলোক্য।
ত্রৈলোক্যসৌভগমিদং চ নিরীক্ষ্য রূপং যদ্ গোদ্বিজদ্রুমমৃগাঃ পুলকান্যবিভ্রন
॥৪০॥ — কন্দর্পসুন্দরী/শশিকলা

ব্যক্তং ভবানব্রজভয়ার্ত্তিহরোভিযাতো দেবো মথাঽদিপুরুষঃ সুরলোকগোপ্তা।
তন্নো নিধেহি কবপঙ্কজমার্ত্তবন্দো তপ্তস্তনেষু চ শিবসু চ কিঙ্করীণাম ॥৪১॥

অসিশিংসিনি। অদুবু মসিশিংসি মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা গোপী অমনা, মরু ওইনা মকোকচিংবীনা শৈরেং ওইনা থীরগা শীজিন্নে। শৈবেংদুদিঃ-

হে তৌঙমদবা (লৈত্রবা) ঈবুংঙো নহাক্লা অসুম তৌদুনা
জীবা হাৎপা ৱাহে অসি হায়বীফম থোক্তে,
জীব পুম্বনা নংবু পেন্নবগীদমক্তা সেবা তৌনরিবা আদিপুরুষ
ভগবানমক্লসু মোক্ষ ফংনীঙবা জীববু
অপাম্বা থুংহন্দুনা পেলহন্দুনা পীবী
মদুগুমনা বিষয় পূম্বা থাদোক্লুনা
নহাক্কী শ্রীচরনগী খুয়াবু সেবা তৌজবিবী
ঐখোয়বুসু ঐখোয়না পামজবা অদু পীবিদুনা
ঐখোয়বু পেলহনবীয়ু হুন্দোকপীগনু॥

অসিনি। মসি গোপী ময়ামগী উক্তি ওইনা গোপীশিংনা সূত্রধারী

য়াওদনা প্রার্থনা ওইনা শক্কদবনি। প্রার্থনা ওইনা শক্লবসিনা হেন্না চৎননা লৈ [মথক্কীসিদা, ১৫৯]।

(১৪) গোপীশিংগী প্রার্থনা অসি লোয়রবদা সূত্রধারীনা মণ্ডলী সাজন (মণ্ডলী শেম-শাব)গী ঈশৈ শক্কনি। ঈশৈ ময়েক্কুদিঃ-

শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিত্তা হায়খি —
ব্রহ্মানচিংবা যোগেশ্বরশিংগী মপু ওইবা
শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মহাক্কী মহৌশানা
মথন্তনা নুংঙাইজবনা থন্ন-লৈবা ওইদুনসু
গোপীশিংগী হায়জবগী অৱাবা অদু উরগা নোক্লদুনা
গোপীশিংবু থৌজানগা লোইননা শান্নখি॥

(১৫) অসিনি। সূত্রধারীনা ঈশৈসি শক্লিঙৈ মনুংসিদা রাস মণ্ডলদা লৈরিবী গোপীশিংনা চকুন ওইনা লেপ্লম্বদুদগী পরেং লেংদুনা কোয়না শ্রীগোবিন্দগী নৎত্রগা শ্রীকৃষ্ণ শাকগী অকোয়বদা লেপ্পগী খোঙফম-লেপফমগী মওং-মতৌ অসি শেম-শাগদবনি। মসিবু মৈতৈনা রাসলীলাগী থৌরম-পরেংদা গোপী লেংথোক্লকপা হায়না কৌই।

(১৬) গোপী লেংথোকপগী মকোয় অসি তারকপদা পুংগী তালগী মশক হোংলগনি। "তিনতাল অচৌবা" মাত্রা ৮গী পুঙলোন য়ৈদুনা সূত্রধারীনা গোপীয় বিষম দশাগী ছঞ্জদা ঈশৈ শক্কদবনি অমসুং গোপীশিংনা চালি জগোই শাগদবনি। মতাংসিদা সূত্রধারীনা শক্লিবা ঈশৈগী ঈশৈ ময়েক্কিঃ-

গোপীগী অৱাবা পুক্লীঙ শ্রীকৃষ্ণনা উদুনা,
রাসলীলা হৌরবদা ভাগ্যচন্দ্রনা নুংঙাইজরে॥

(১৭)মথক্কী মখা তারকপদা গোপী রাগ (গোপীশিংনা পুক্লীঙদা শাগৎচবা ৱাখলগী অপাম্বা ৱাখল্লোন)গী মশক্কী লীলা পরীংদা তাগদবনি। পরীংসিদা তারকপদা সূত্রধারীনা কেদার রাগ (রাগিনী) দা ঈশৈ শক্লনবগী রাগ হৌদুনা গোপীশিংগী পুক্লীঙগী ঈথক-ঈপোমশিংগী মশক উৎকদবনি।

(১৮) গোপী রাগসিদগী চত্থরকপসিদা গোপীশিংনা জগোই মপোপ শাগদবনি। হায়রিবসিদা য়ৈগদবা পুংলোননা তিনতাল-মচাদা মাত্রা (তাম্বা ঈহুন)

১৪ গী য়েগদবনি। অদুগা-সূত্রধারীনা ঈশৈ শক্কনি, ঈশৈসি কেদার রাগ (রাগিনী) দা শরদ পুর্ণিমাগী ছঞ্জদা শক্কদবনি অমসুং ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

শরদকী পুর্ণিমা, ঈংনা লুবা অহিং,
ঙাল্লকলে নীঙথিনা বন পুষ্পা॥
মাল্লিকা মালতী লৈ খিবিকনা শাৎলি,
খোইমুগী মপৈসু পাইরি॥
মলয়া নুংশিংনা হৈনম লৈনম য়েল্লি,
নীঙথিহল্লে বন পুষ্পা॥
বনগী ফজবা উবদা মী পুষ্পনা পাম্মী,
মাধবনা খোইনা পেল্লি॥

(১৯) শারিবা জগোই অমসুং শক্লিবা ঈশৈসিগী পুক্লীঙগী ঈথক-ঈপোমনা থাক ব্রাংখৎনা কাকৎলকপগী খোঙজঙ [মেন/মেল] দা চঙশিল্লক্কদবনি। হায়রিবা মেলসিদা তারকপসিদা হান্নগী তাল, লয় হোংলোই, মাত্রা ১৪ গী তিনতাল-মচাদু অদু য়ৈগনি/চৎকনি, ঈশৈগী রাগসু হোংলোয় অদুবু ছঞ্জদি ''নাচেরে নাগর'' গী ছঞ্জদা শক্কদবনি। অদুগা শক্কদৌরিবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

জগোই শারি শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী ময়ায়দা
কাংলুপ কাংলুপ খায়দুনা নীঙথিবী গোপীশিং॥
খোয়-খোয়বা চীন্‌বান্‌না মোমোন মোমোন নোক্কুনা
চিংনা চিংনা য়েংদুনা নীঙলিবা ফোংদোকলি॥
থেন-তা তা থেন্-তা তা গোপীশিংনা য়ৈরি।
কৃষ্ণগী নোপুরনা কিঙ্কিনী হায়রি॥

(২০) অসিনি। হায়রিবা মেলগী খোঙজঙসিদা তালগী ফিভমসি লয় খর হাইগৎপা তানচপ, মাত্রা ৮ না শাবসিদা চঙশিনগনি। মসিগী মতাংসি মৈতৈলোন্না ''তানচপ'' তাবা হায়বগী ওইনা অদুম খঙনরে। অদুগা সূত্রধারীনা ঈশৈগী ছঞ্জসি ''নৃততি সহ রাধিকা'' হায়বা অসিদা হোংদুনা রাসকী সূত্র/লংলা-লংজীন পীদুনা শৈশক্কদবনি। শক্কদৌরিবসিগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

শারক্লে জগোই শ্রীকৃষ্ণ, রাধিকাগা লোইননা,
রাস মণ্ডলী ময়ায়দা॥
জগোইগী শাথেককা তীন্নরবা নুংশিবা সুর

করিগবু পান্দম্লসিগে॥
থৌৱানমিচাক্কী মপু থানা
উজবদা ঈকাইদুনা লোৎলি, থানা ঈকাইদুনা লোৎলি॥

(২২) অসিনি। চালি শাবসি লোয়রগা ভঙ্গি শাগনি। পুঙগী পুঙলোন হোংগনি, মাত্রা ১৪ গী চারতাল মখল অমা য়েগনি। সূত্রধারীনা "নাচত নাগরী নাগর সঙ্গ" হায়বা ছঞ্জসি শৈশক্কনি অমসুং শকদৌরিবা ঈশৈগী ময়েক্তিঃ-

জগোই শারি কৃষ্ণনা গোপীশিংগা
জগোই শারি গোপীশিংগা কৃষ্ণগা লোইনদুনা
নুংঙাইবগী মখে লৈতে নুংঙাইনরি॥
যন্ত্র ময়াম য়েরক্লে, তাল থারি, খুবাক খুরি।
ইতাশা ! নীঙথিজরে যমুনানা কোয়রিবা বননি।
শান্নরিনে, ইতাশা !
কুঞ্জবনগী যুবরাজগা লোইননা জগোই শারি,
শ্রীরাধানা ইতাশা !
রাস মণ্ডলীগী ময়ায়দা জগোই শারি রাধা শ্যামনা
গোপীগী ময়ায়দা ঙানথোইরি শৃঙ্গার রাসরাজ মুর্ত্তিনা
খুৎকী খোঙগী জগোই শারি, জগোই খোঙলৈ লৈরকপদা
বেনী চুড়া য়েৎশিন্নরে।
বেনীনা চিংলকপদা মোহন চুড়া চেপ্পা চেপ্পা খাঙলে,
লৈনা লৈনা থেকনা থেকনা শারকপদা

(২৩) অসিনি। মসিগী মখা চত্থরকপদা তালগী মশক হোংদুনা মাত্রা ৬ কী মেনকুপ য়েগনি। অদুগা সূত্রধারী তালদুগী লয়দা হান্নগী ছঞ্জদুদা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

কিংকিনীনা ঙংনা ঙংনা 'কিনী' হায়রি
কিংকিনীনা নীল্লি।
নোপুরসু রুনু ঋনু ঋনুরু, ঋনুরু হায়না ঙংলি।
থৱানমীচাক ময়াম্না থাবু কোয়বগুম্না
রাধা শ্যামবু গোপীশিংনা কোয়রি।
পুর্ণিমা থাজসে থোকপা ঈকাইজরে

লোংখরে অমুবা থাবু উরুবদা॥
রাধা শ্যামগী জগোই কনানা হেল্লি, হায়য়ু হায়য়ু ইতাশা !
অনৌবা নোংগী মরক্তা শান্নরি থানা, কয়াদা ফজরিবনো?
হায়নীঙঙাই লৈতে ঈতাশা, শ্রীরাধাকৃষ্ণসে
ফজবা মান্নেনে, মান্নেনে॥
হায়বা ঙমলোয়, ঐদি ঙমজরোয়, অমনা অমবু করিসু হেন্দেনে॥
অশংবা মণিবু ঙমজৈ পদ্মরাগ মণিবু ঙমজৈ
তোমান্দা সনাগী উরিনা য়েৎপগুমলে।

(২৪) মতাংসিদা সূত্রধারীনা রাসলীলাগী লৈতেং ওইননবা ভাবোক লৈতেং ওইনা শৈরোল মতেক অমা থেৎকদবনি। হায়রিবসিগী ময়েক্তিঃ-
অলঙ্কার— বিমান্দা তোংদুনা কুন্দে য়েংবা লাইশিংনা লৈগী নোংবু চুহল্লি,
ওহ্নোক্র নীঙথিজরে, ওহ্নোক্রা নীঙথিজরে, নীঙথিজরে।

(২৫) মথং তারকপদদি পুঙয়েবনা তালগী লয় হোংগনি মাত্রা ৮ গী তানচপ য়েগনি। অদুগা সূত্রধারীনা মেল চাননা হান্নগী রাগ সুর অমসুং ছন্দদা শৈশক্কনি। শক্কদৌরিবা ঈশৈগী ময়েক্তিঃ-

গোপীগা লোইননা ঈবেম্মা রাধানা
নুংঙাইরবা অহিংদা শান্নে।
নীঙথিরবী বৃন্দাবন্দা লৈরাং ময়াম শাংলী
রাস মণ্ডলগী ময়ায়দা জগোই শারি নটরাজনা॥

(২৬) ঈশৈসি লোয়রগা মথা তারকপদা পুঙয়েবনা তাল অমসুং লয় হোংদুনা মমাঙদা চৎখিবা মাত্র ৬ কী মেনকুপতুদা অমুক পুরক্কনি। অদুগা সূত্রধারীনা তাল, লয়শিংদুগা চান্নবা মেলদা ঈশৈগী শৈশক পায়খৎকদবনি। শৈশক্তুগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

চামরনা ঈকায়দুনা লোংখরে বনদা
শমগী নীঙথিবা উবদা চেনখরে লাপনা॥
নীঙথিজৈ, ফজৈদা শ্রীশ্রীগোবিন্দসে।
নীঙথিরে, ফজরে, ঙানথোইরে কুঞ্জদা॥

(২৭) অসিনি। মতাং অসিদা "অচৌবা ভঙ্গি পরেং" লোয়শিল্লকপগী ৱারোয়সিন উত্তুনা কবিনা কৃষ্ণগী অথোইবী মঞ্জুরী অমগী মিংদা ভঙ্গিগী শৈরোয় শকহল্লি। হায়রবিসি সূত্রধারীনা পুঙয়েবদা হোংলিবা তালগী খোঙজেনগা ঈঙ্গিৎ উত্তুনা মাত্রা ৮ গী তানচপতা ঈশৈ শক্কনি। অদুগা গোপীশিংনা চালিগী জগোই খুখেক শাথেক লৌদুনা জগোই শাগনি। সূত্রধারীনা শক্কদবা ঈশৈগী ময়েক্তুদিঃ-

অনঙ্গমঞ্জুরীনা শক্লি, জগোই ঈশৈ॥
রাসলীলা হায়বসে রসনা তীললি॥
থাগৎচরি, থাগৎচরি নরহরি কবিনা॥

(২৮) "অচৌবা ভঙ্গি পরেং" শাবগী মৌরমসি লোয়ত্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা শাবা জগোই, 'কৃষ্ণ নর্ত্তক' তা মখা শমথরক্কদবনি। পুঙয়েবনা তাল অসি মাত্রা ২৮ শাবা তাঙ্খা ১১ থাবা 'রুদ্রতাল' হায়রিবা তালসি য়েগনি। অদুগা সূত্রধারনা "নৃততি তাণ্ডব" হায়বা ছঞ্জসিদা শৈশক্কদবনি। শক্কদৌরিবা ঈশৈসিগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

গোপীগী ময়ায়দা তালগী মথক্তা
লৈনা চোংনা জগোই শারি ॥
অনঙ্গবু ঙমজনা নীঙথিনবনা তীনবা
গোপীশিংগী পুক্রীঙ শুমহৎলি ॥

(২৯) অসিনি। মসিগী মতুং তারকপদা তাল অমসুং লয় হোংলগনি, মাত্রা ৬ না শাবা মেনকুপ য়েগনি। অদুগা সূত্রধারীনা "প্রানের সজনী" হায়বসিগী ছঞ্জদুদা শৈশক্কনি অমসুং ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

শ্রীরাস মণ্ডলগী ময়ায়দা তালগী ঈপোমগা লোয়ননা
শ্রীগোবিন্দনা জগোই শারি ॥
ললিতানা বীনা খোংলি, বিশাখানা পুঙ য়েরি
রঙ্গদেবীনা তাম্বুরা খোংলি, সুদেবীনা মণ্ডিলা থারি।
চিত্রানচিংলবী সখিশিংনা শ্রীগোবিন্দগী নীঙথিবা ফজবা থাদুনা
ঈশৈ শক্লি ॥ .....
চিত্রানচিংলবী শখিশিংনা ..... ॥

(৩০) মথং অসিদা "রাধাকৃষ্ণ" মীনা শারগা শান্নবা মহারাসলীলা ওইরবদি পুঙলোন জগোই য়েরগা কৃষ্ণগী অথুবা তাণ্ডবগী জগোই মতেক অমা হাপ্লে নৎত্রগা পুঙলোন জগোইদমক ওইরবসু হাপ্লে।

(৩১) মখা চত্থরকপা থৌরমদা কৃষ্ণ নর্ত্তকগী লাক্লিবা পরিংদুদা শ্রীকৃষ্ণগী জগোইদু চালি জগোইদা তারক্কনি অমসুং তালনা মাত্রা ৮ গী মেনকুপতা লাক্কনি। অদুগা সূত্রধারীনা হান্নগী ছঞ্জদুনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

ইন্দ্রনীলমনিবু ঙমজবা কুচুদা
খ্বাঙচেৎ সনা ফিগেনা নোংথাঙগুম্না নীঙথিরে॥
মণি পরেংগী ময়ায়দা কৌস্তুভ মণিনা
শ্রীগোবিন্দগী থবাক্তা পুর্ণিমাবু হেন্না ঙাল্লে।
ব্রজ যুবতীশিংগী ধর্ম্মবু মাঙহনগে
শেমলকপরা বিধাতানা॥

(৩২) শ্রীকৃষ্ণগী জগোই লোয়শিল্লগা "রাধা নর্ত্তক" শ্রীমতি রাধিকানা জগোই শাবগী থৌরমদা তাগনি। পুঙয়েবনা পুঙগী তাল মেন তানচপকী মাত্রা ৮ না শাবা পুঙলোন য়ৈগদবনি। অদুগা সূত্রধারীনা "নাচত রাধা বিধুমুখী" গী ছন্দদা শৈশক্কদবনি, ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

বিনোদিনী রাধা জগোই শারি
নোয়না থেকনা হাইনা কৃষ্ণগী পেন্নবা।
মুরুলী নুংশিনা খোংলি শ্রীকৃষ্ণনা
জগৎপু শুমহৎপা সুরদা।
অথুবা খোঙথাংদা শিত্তুনা চৎপদা,
নোপুরগী খোঞ্জেন্না নীঙথিরে,
যন্ত্রগী খোল্লোকনে, পুংলোনগী পুংখোন্নে
তীনশিন্দুনা ওল্লোক্লা নুংশিবা
খোল্লোক ওইরে॥

কৃষ্ণগী পেন্ননবা॥

মনিগী কুণ্ডলনা নাপদা ঙাল্লি
তুংয়ান্দা বেনীনা হাইবি।

("শ্রীরাসমণ্ডল মঝে" হায়বসিগী ছঞ্জদা হোংদুনা)

শ্রীরাস মণ্ডলগী ময়ায়দা রাধানা লৈদুনা জগোই শারি,
কৃষ্ণগী পুক্নীঙ হুরি,
ঈবেম্মগী জগোইগী পুংলোন বিশাখানা য়ৈরি॥
থাজবু ঙমজবী মিৎতা ফজবী, শাথেক শাবান নীঙথিবী,

থেকনা থেকনা কেনা খোঙগী জগোই শাবদা
খোঙদা থাংলিবা নোপুর রুনু ঝনু ঙংলকলে
লৈনা লৈনা শাবা জগোইগী তালদা
খোঙদা নোপুরনা, ঝন ঝন, থৌগল্লি
খোঙথাং খুদিং নোপুরনা,
রুনু ঝনু রুনু ঝনু হায়রি।
ফিজোল অশংবা থোল্লিবী কৃষ্ণগী পুক্নীঙ শুমহৎলি।
জগৎপুসু শুমহৎপী থেক্লা নৌনা শারিবী॥

(৩৩) মতাং অসি য়ৌরকপদা তাল হোংদুনা "পুঙলোন জগোই" মতেক অমা থমগনি। মদুদগী অমুক মাত্রা ৮ গী তানচপ তারগা তালদুগা চাননা চালি তাদুনা জগোই শাগনি। অদুগা সূত্রধারীনা তালদুগা চাননা "জয় রাধে সুবদনী" হায়বসিগী ছঙ্গদা শৈশক্কনি, ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

শরদকী থাজগুম্বী, কৃষ্ণগী পূক্লিং ঈংহনবী
শ্যামগীদমক্তা খল্লিবী, নুমিৎ চুপ্পা কাউদ্রবী
রসগী তুংনফম ওইবী রাধে
গোবিন্দদাসনা থাগৎচরি॥ রসগী তুংনফম ...॥

(৩৪) মখা চথরকপা থৌরমদা গোপী ময়াম্না শ্রীকৃষ্ণগী রূপপু শৈথাদুনা শৈশকচবগী থৌরম্লি। মসিদা তাল অসি মাত্রা ১৪ না শাবা, তাম্বা ৪ থাবা চারতাল ওনগনি অমসুং ঈশৈগী ছঙ্গনা "উপগীয়" শৈশক্তা শক্কনি। ঈশৈসি গোপী ময়াম্না শকপা নৎত্রগা সূত্রধারীনা শকপা নৎত্রগা সূত্রধারীনা শকপদা গোপীশিংসু য়াওবা য়াই। শক্কদৌরিবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

শ্রীগোবিন্দগী নীঙথিবা রূপপু
গোপী ময়ামনা শকই গুণবু
লৈয়ান ৫ (মঙা) না তীনবা পরেং
থোন্দুনা বন্দা কোয়না লেঙঙি॥
মায়থোংনা থোইনা নীঙথিরি,
থাংলকপা খোঙথাংনা শামুনা চৎপবু ঙমজবা
মোমোন নোকপা মীনোক্লা গোপীগী পুক্নীঙ শুমহৎলি
করিগা পান্দম'সিগে?
থাবু হেন্না ঙমজবী মায়থোংনি

রস পুম্বগী মশক ওইবা মূর্ত্তিনি।
যোগেশ্বরশিংগী থব্বাই ওইবীদুনা
রাধাগী কান্নবতা খনবীরিবা
গোপী ময়ামবু যমুনা মপান্দা মপুক্রীঙ পেলহল্লি
ঈংলবা থরোগী লৈনমনা থম্মোই মৈচাক ঈংহল্লি॥

(৩৫) মথংদা অমুক তাল হোংদুনা মাত্রা ৮ গী তানচপত্তুদা অমুক হঞ্জিন্দুনা গোপীশিংনা চালি জগোই শাগনি। অদুগা সূত্রধারীনা নংত্রগা গোপীশিংনা নংত্রগা অনিমক্রা পুন্না ''বহু প্রসার'' গী ছন্দদা শৈশক্কদবনি। শক্কদবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ-
পাম্বোম তিংথোক্কুনা থৌজানবীবদা
অথোইবী রতি লৈরবী গোপীশিংদা প্রেমগী ঈথক হৌরক্লে॥
হরাউ নুংঙাইনা শান্নরি, ব্রজগী গোপীশিং
প্রেমগী ময়াই কাহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরি॥

(৩৬) অসিনি। মসিগী মতুঙদা সূত্রধারীনা ''শ্রীকৃষ্ণ অন্তর্দ্ধান'' ওইরগনি হায়বগী লংলা-লংজীন পীবা ঈশৈগী শৈরোল্দা ফোঙদোক্কদবনি। শক্কদৌরিবা ঈশৈদুগী ছন্দনা ''এবং ভগবন্ত'' হায়বা ছন্দদুনি অমসুং ঈশৈ-ময়েক্লা মখাগীসিনিঃ-
কৃষ্ণদগী শম্মান পুন্না ফংলবী গোপীশিংনা
ঐখোয়দগী হেনবী কনা মালেমসিদা লৈতে নীঙলি,
গোপীশিংগী ময়াই কাবা, মরম চাদনা ওইনবা,
কোকহনবীগে হায়দুনা মফম অদুমক্তদা মাঙখ্রে শ্রীকৃষ্ণ॥
কৃষ্ণদগী শম্মান পুন্না .....॥

* শ্রীকৃষ্ণ অন্তর্দ্ধান ওইবসি কৃষ্ণ শাবদুনা খংমাঙ মাঙবা/মাঙহনবা ঙমদবনিনা কৃষ্ণ শাবদুনা মণ্ডলীগী মপান্দা থোক্ত্রিবা ফাওবগী মতমদুদি মৈ মমহন্দুনা থমগদবনি অমসুং অন্তর্দ্ধানগী মতমদু হেক লাকপগা মৈ খংমুৎ মুখত্তুনা অন্তর্দ্ধাননি হায়বসিদগী হৌনা মমহন্দুনা থমগদবনি। মম্মিঙৈগী মরক্তুদা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু থিবগী লীলাদু অদুম চত্থগনি, মসিদা শ্রীমতি রাধিকাবু শ্রীকৃষ্ণনা হন্দোক্লম্বা, শ্রীমতি রাধিকানা তেংথাদুনা অৱাবা ফোঙদোকপা অমসুং কৃষ্ণবু থিরিবী গোপীশিংগা শ্রীমতি রাধিকা থেংনবগী থৌরমশিংসি মথং মথং চত্থগনি।

(৩৭) মথংগী থৌরমদা অমম্বা মরক্তদা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু থিবগী মওং-মতৌ, শাজৎ লীচৎনচিংবা উৎকনি। অদুগা সূত্রধারীনা হায়রিবা থৌরমসিগী লংলা লংজীন শীননবা ঈশৈ শক্তু না তাক্কনি। মদুগী ঈশৈময়েক্তিঃ-

শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎতা হায়খিঃ-

ঈখঙ খঙহৌদনা শ্রীকৃষ্ণনা অন্তর্দ্ধান ওইশ্রবদা,
গোপী পূম্নমকনা শ্রীকৃষ্ণবু উদ্রদুনা
শামু অমোম ময়ামনা শল্লুপ পুবদবু উদ্রবগা
তৌবগুম য়াম্না ৱাখি।।
গোপীকা পূম্নমক অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা চৎলম্বা,
অনু-রাগগা লোইননা মোমোন নোক্লম্বা,
নুংশিনা য়েংলম্বা, পুক্লিঙ হুননবা ওইবা ৱাঙাং
বিহার পূম্নমক অদুতা খনখিবদগী
হাকমনখিদুনা শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম্বা অদুতা
মখোয়গী পুক্লিঙদা খন্দুনতা লৈখিদুনা
মদুদতা চেৎনা নপখরে, অতোপ্পা করিগুম্বা অমত্তা খনখিদ্রে,
মদুনা হাকমনখিদুনা মশাসু শ্রীকৃষ্ণনা তৌরম্বা অদুডাক্তা তৌখি।
গোপী পূম্নমক অদু চান্নবা শ্রীকৃষ্ণনা,
চৎপা, নোকপা, য়েংবা, ৱা-ঙাংবনচিংবনা
মখোয়গী পুক্লিঙ হকচাংদা চঙলকই।
মথংদনা গোপীশিংনা চান্নবগী খোঙচৎনচিংবদা চৎথরে,
অদুগুম্বী শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী অবলা ওইবী গোপীশিং অদুনা
শ্রীকৃষ্ণগুম্না শান্নবনচিংবা অদু তৌরদুনা
ঐ কৃষ্ণনি, ঐ কৃষ্ণনি
অসুম্না মহৈ মহৈ হায়নখি।
মদুগী মথংদা গোপীশিংনা মহৈ মহৈ পুল্লপ্না তীন্নরে,
অদুগা শ্রীকৃষ্ণমক্তবু থারদুনা খোঞ্জেন ৱাংনা ঈশৈ শকখি,
বন অমদগী বন অমা তাননা কোয়না কোয়না চত্তুনা
শ্রীকৃষ্ণবু থিখি, উ পুম্নমক্তা
অতিয়াগুম্না মনুংদসু মপান্দসু লৈবা
শ্রীকৃষ্ণবু গোপীশিংনা হংখি।।

(৩৮) মখা তারকপা থৌরমদা গোপীনা শ্রীকৃষ্ণবু থিবগী ৱাহং-পাউহংনবগী থৌরমদ গোপী অমনা, মরুওইনা মকোকচিংবীনা নংত্রগা রাধানা মখাগী ৱারোলসি জ্ঞাংদুনা শ্রীকৃষ্ণবু থিবগী ৱাফমদু ফোঙদোক্লনিঃ-

হে সনা খোংনাং, হে বট !
নখোয়না করিগুম্বদা প্রেমগা লোয়নবা মীনোক মিংয়েংনা মরম ওইদুনা
ঐখোয়গী পুক্লিঙ হুদুনা নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা পুদুনা চংখরে
নখোয়না করিগুম্বা উহৌবরা ?

হে বোকুল ! হে অশোক ! হে চম্পক-লৈহাও !

নখোয়দি সতিনি হায়দুনা নাপন তৌবী নুপীশিংগী নাপন
মাঙহন্নবা মীনোক নোকপা রাযগী মনাউ শ্রীকৃষ্ণনা
চংখিবা উহৌবরা ?

হে তুলসী, হে মঙ্গল ওইবী !
হে গোবিন্দগী চরণগী চান্নবী !

খোইমু ময়ামগা লোইননা
নঙবু পুবা শ্রীকৃষ্ণবু করিগুম্বা উবরা ?
হে মালতী, হে মাল্লিকে, হে যাতি, হে যুতিকে
শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী শ্রীহস্তনা নখোয়বু শোকপীদুনা
নুংঙাইহন্দুনা লেঙখিবা শ্রীকৃষ্ণবু করিগুম্বা উহৌবরা ?
হে মঙ্গল ওইবী তুলসী ! শ্রীকৃষ্ণগী লৈকম তাকপীয়ু।
হে পৃথিবী !, হে শক্তী অমোম !
নখোয়না শ্রীকৃষ্ণনা লেঙখিবা মফম খঙহৌব্রা তাকপীয়ুগবা।

কনাগুম্বী গোপীশিংনা গোপী ময়ামদা হায়রকই -

ঈতাশা ! উ পাম্বীশিং অসিদা শ্রীকৃষ্ণ উবরা হায়না হংঙু !
মখোয় অসিনা মখোয়গী মপুরোইবা উপানগী
পাম্বোম ওইবা মশাদা চেৎনা কোন্দুনা
মতু চুংনা খাঙলিবা অসি
শ্রীকৃষ্ণগী খুজিন্না শোকলম্বগী মতু চুংহৌবা ওইগনি।

(৩৯) অসুম্না গোপীশিংনা পুক্রীঙগী ৱাফম ফোঙদোকপগী মতৌসি লোয়রবদা সূত্রধারীনা ঈশৈ শক্নুনা গোপীশিংগী ওইরিবা ফিভমগী মরমদা লংলা-লংজীন পীগদবনি। মদুদা শক্কদবা ঈশৈগী ময়েক্তিঃ-

অসুম তৌদুনা অঙাওবনা ঙাংবগুম ঙাংলদুনা
শ্রীকৃষ্ণবু থিবমক্তনা ৱাজরবী গোপীশিংনা
শ্রীকৃষ্ণমক্তবু নীংবনা মশা অদু লৈবা কাউত্ত্রদুনা
মখোয়সু কৃষ্ণনি হায়না নীংখরে॥
অদুদগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তৌবা অদুগুম্বা লীলাবু
শ্রীকৃষ্ণনা তৌবগুম্না গোপীশিংনা তৌজখি।

(৪০) মথংদা "রাধাকৃষ্ণ লেঙখোক্লকপ" গী থৌরমদা মখা চত্থরক্কদবনি। থৌরমসিগী লংলা লংজীনসি সূত্রধারীনা "সচ মনে" হায়বা ছন্দদুদা ঈশৈ শক্তু না তাক্কদবনি। মদুগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

গোপী পুম্বা থাদোক্তুনা কৃষ্ণনা ঐতবু পুরি,
ঐনা গোপী পুম্বদগী মহেল্লে হায়না নীঙদুনা
বনগী মনুং য়ৌরকপদা রাইনা কৃষ্ণদা হায়জরক্লে॥

(৪১) মথংদা রাধানা পূক্লীংদা কারিবা নাপনগী ঈথক্তুগী মপাল তাংদুনা কৃষ্ণগী মফমদা হায়রকখি (রাধা উক্তি)ঃ-

ইবুংঙো ঐ চৎপা ঙমদরে,
নহাক্লা চৎনীঙবা মফমদা ঐবু পুবীয়ু॥

(৪২) মথক্কী রাধাগী পূক্লীংদা কারিবা নাপনগী ঈথক-ঈপোমদুগী মশক উরবা শ্রীকৃষ্ণনা নাপন্দুবু মাঙহন্নবগীদমক্তা অনৌবা থৌশীল অমা থৌরাংলক্তুনা হায়রকখি (কৃষ্ণ উক্তি)ঃ-

লাও ইবেম্মা ! ঐগী লেংবান্দা তোংলো, লাও !

(৪৩) মখা তারকপদা সূত্রনা শ্রীকৃষ্ণনা লৌখৎলক্লিবা থৌরাংগী লংলা-লংজীন তাক্তুনা ঈশৈ শক্কদবনি, ঈশৈ-ময়েক্তিঃ-

কৃষ্ণনা ৱাহৈ অসি হায়রম্লগা মাঙখরে।
রাধানা কৃষ্ণবু য়েংলকপদা লৈরমদ্রদুনা
কোয়না কোয়না লৈনা লৈনা
য়েংলকপদা উদ্রদুনা কপ্লদুনা হায়রকই।

(৪৪) মসিগী মখা চত্থরকপদা রাধা মশানা মশাগী ফিভমদু ফোংদোকচদুনা ৱা ঙাংলক্কনি, ৱাঙাংদুদি (রাধা উক্তি)ঃ-

হা ইবুংঙো ! ঐগী থব্রাইগী মপু ওইবা !
তোল্লবী ননাইবু শুক্লবা বন অসিদা হন্দোকপীগনু,
ইবুংঙোগী নাক্তা থুনা লৌশিনবীয়ু।

(৪৫) মথং তারকপদা সূত্রধারীনা শ্রীকৃষ্ণবু থিরিবী ব্রজগোপীশিংগা শ্রীমতি রাধিকাগা উনবগী লমদাং লংলা-লংজীন পীদুনা ঈশৈ শৈথাদুনা তাক্কদবনি। ঈশৈগী শৈরোল ময়েক্তিঃ-

শ্রীকৃষ্ণবু কোয়না থিরিবী গোপী ময়াম্না
চান্নথোইরবা শ্রীকৃষ্ণগা কায়নদুনা ব্রাম্বরবী, রাধাবু উরে।
গোপীশিংনা চঙলক্লুনা
কপ্লদুনা হ্মায়নচিংবা হ্মদুনা
ব্রাম্বদুনা লৈরিবী রাধাবু সেবা তৌজরে
অদুদগী বাধানা জ্ঞান তারক্লবদা
গোপীশিংনা রাধাদা হায়জরকই।

(৪৬) মখা চত্থরকপদা গোপী ময়ামগী মরক্তগী অমনা, মরু ওইনা মকোক চিংবী, ললিতা, বিশাখা, চিত্রানচিংবগী শাবী অমনা মখাগী ব্রারোলসি ব্রাহৈনা ফোঙদোক্লুনা হায়গনি (গোপী উক্তি)ঃ-

হে ঈবেম্মা চান্নথোইরবী !
নহাক্লা করি করম তৌরুদুনা
ফংলিবা দশানো হায়য়ু !

(৪৭) মখা তারকপদা সখিশিংগী ব্রাহংদু অবদা শ্রীমতি রাধিকানা মশাগী অঞ্জাদুগী মরাইবক্তুদা মশাবু কঞ্জনবা ব্রাহৈনা গোপীশিংগী মফমদা হায়রকখি (রাধা উক্তি)ঃ-

ঈতা চান্নবীশা !
ঐনা ঈতা ময়ামগা কায়নরুবা অসি
ঐদি অপঙবীনিনা করিমত্তা খঙদরে।
শ্রীকৃষ্ণগী সনমানসু ফংলুই,
অসুম্না থীনা তৌবসু ফংলিবসিনি॥

(৪৮) মথংদা, রাধিকাগী পুক্লীঙ নুংশিবগী মতৌসিদা মপুক্লীঙ থৌগৎনবগী ওইবা ৱাহৈনা মখাগী ৱারোল অসি হায়দুনা মহাকপু নুংঙাইহন্নবা হায়রকখি (সখী উক্তি)ঃ-

হে ঈবেম্মা চান্নথোইরবী !
নঙগী সৌভাগ্য ফংবা মতীক চপ চাই।
অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী তৌঙমদবা অসিদি
ওহ্থোক্লা অৱাবগী মশক্নি।।

(৪৯) থৌরমসিগী মখা চত্থরকপদা সূত্রধারীনা শ্রীমতি রাধিকা অমসুং গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ থিবগী থৌরমদুগী লংলা লংজীন পীদুনা ঈশৈনা মখা তারক্কদবনি, ঈশৈগী ময়েক্তু দিঃ-

অদুদগী মতুংদা থাবন্না ঙাল্লিবা মখৈ
শ্রীরাধাগা লোইননা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু থিরম্মী।
অদুদগী থাবলগী মঙাল ফংদ্রবা
বনগী অমম্বা মফম থাদোক্লম্লগা গোপীশিংগা লোইনদুনা
যমুনা মপান্দা শ্রীকৃষ্ণগী গুণবু তেংথাজরকই।

(৫০) মখা চত্থরকপদা শ্রীকৃষ্ণগী মগুণ শৈথাবগী ৱাহৈনা ৱাঙাং ওইনা ব্রজ গোপীশিংনা হায়খি (গোপী উক্তি)ঃ-

হে ঈবুংঙো চান্নথোইরবা
ঈবুংঙো নহাক্লা পোকপীবা অসিমক্তনা মরম ওইদুনা
ব্রজ বৃন্দাবন অসিনা পুন্নমক্তগী ঈহেন হেনবা ওইরি।
ব্রজ বৃন্দাবন অসিদা নহাক্কী ননাই ওইবী গোপী ঐখোয়দি
নহাকপু সেবা তৌদুনা নহাকপু নুংঙাইহন্নীঙদুনা
নহাক্কীদমক্তনি হায়দুনা লৈজবী ঐখোয়না
নহাক্কা কায়নবদগী থৱাই অসি মপাল থোকখিগদৌরে
মসিবু ফাদুনা য়াম্না ৱানা লৈজরি
অদুনা ঈবুংঙো নঙবু মায়কৈ পুন্নমক্তা কোয়না থিজরি
মরম অসিদগী ঈবুংঙো নহাক্লা য়েংবীয়ু,
ঐখোয়না ঈবুংঙো নহাকপু উজগে।।
শরদ ঋতুদা নীঙথিবা পুখ্রিদা ফজনা শাৎলবা থমবালগী

মবুক মনুংবু হেন্না ফজবা
নহাক্কী মিংনা মরম ওইদুনা
মমল পীদনা লেমনা ননাই ওইবী
গোপী ঐখোয়বু নহাক্না হাৎলে,
মসিদা করিনা ঐখোয়বু হাত্তবা হায়গদগে
খুৎলাইনা হাৎপদবু হাৎপা কৌবরা ?
ননাই ঐখোয় পুন্নমকপু চানবীদুনা
নুংঙাইহনবীরগা বনগী অশুক অশুকপদা
অহিংদা তোল্লবী নুপী ঐখোয়বু হন্দোকপীবা অসি তৌবীগনু।
হে ঈবুংঙো ! নহাক্কী নৌরবা নখোঙ থম্মাল
অদুবু থবাক্তা হাপ্পদা নাম্বিগনি হায়না কিজদুনা
কাইদা কাইদা হাপচৈ॥
অদুগুম্বা নখোঙ থম্মাল অদুনা বন মনুংদা
নহাক্না লেঙলিবা অদু নুঙকুপ, ভুস্নৌনা মুদুনা নারিগনি
হায়না খল্লুবা হেন্না অমুক অৱাবগী মশক ওইরে।
থুনা লেঙলক্নুনা তোল্লবী ননাই ঐখোয়বু
অমুক্তং কনবীয়ু নৎত্রবদি ননাই ঐখোয় পুন্নমক
যমুনাদা চোংথদুনা প্রাণ থারগনি।

(৫১) মখা তারকপদা সূত্রধারীনা গোপীশিংগী অৱা'-তেংথা'-নাউওইবগী খোঞ্জেল মরক্তা শ্রীকৃষ্ণনা মমি-শামি ওইনা উহল্লকপা, গোপীশিংনা হৱাউজবা অসিনচিংবা থৌরমশিংগী লংলা-লংজীন উত্তুনা ঈশৈনা দৃশ্যশিংদু শৈথাদুনা শরুক্কনি। হায়রিবা ঈশৈসিগী ময়েক্তিঃ-

গোপীশিংনা অসুম্না মখল মখা য়াম্না
খোঞ্জেল থাংনা তেংথাদুনা কপ্পি।
কপ্লিবা গোপী পুন্নমকী মনাক্তা শ্রীকৃষ্ণনা
মোমোন মোমোন নোকপনা শাৎকায়রবা থম্মালগী
মায়খোং মানবা শ্রীকৃষ্ণনা সনা ফিগে থোন্দুনা
সনা ফিগে অমা ঙক্তা য়াল্লদুনা বনমালা থোল্লদুনা
তাইবংপানবা পুন্নমকপু শুমহৎপা কামদেববু
শুমহত্তুনা লেঙখোক্লক্লে।
চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণনা লেঙলক্লে হায়বা উদুনা

নুংঙাইবমক্তনা মিং লাওনা পাংজরবী গোপী পুম্নমক্না
খোঙ-খুৎনচিংবা ইন্দ্রি পুম্নমক্না প্রাণবু অমুক ফংবগুম্না
গোপী পুম্নমক চপ মান্ননা হৌগৎখি।

মতং অসি য়ৌরকপদা মমদুনা লৈরম্না মৈ অদু খজীক খজীক ওইনা তপ্না তপ্না গুনখংলক্কদবনি। অদুগা সূত্রধরিনা মখাগী ঈশেংগী শরুকসি লৌখদুনা শক্কদবনি, ময়েক্তিঃ-

কনাগুম্বী গোপী অমনা হরাউনা মহাক্কী খুৎ অনিনা
খুজোক শারগা শ্রীকৃষ্ণ খুৎপু লৌশিনখি,
কনাগুম্বী গোপী অমনা চন্দনা লৈতেংলবা শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোমবু
মহাক্কী লেংবান্দা হাপচখি।
কনাগুম্বী গোপী অমনা খুৎনা খুজোক শারগা
শ্রীকৃষ্ণনা চারিবা পানাবু নীজখি।
কনাগুম্বী গোপী অমনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ পদ্মবু
লৌখত্তুনা মহাক্কী থবাক অনিদা হাপচখি॥
কনাগুম্বী গোপী অমা পীগুম খেক্তুনা
প্রেমগী অশাউবনা খা চীক্তুনা মিৎচীনা কৃষ্ণদা
তেন ওইনা থাদুনা য়েংজখি।
অতোপ্পা গোপী অমনা মিৎ অনি ঈকুপ কুপ্তুনা
শ্রীকৃষ্ণগী মায়খোংবু য়েংনা য়েংনা
পেনবা লৈতনা য়েংজখি।
কনাগুম্বী সখী অমনা মহাক্কী মিৎনা খোং ওইদুনা
শ্রীকৃষ্ণবু হৃদিদা থম্লগা চেৎনা কোঞ্জখি।
শ্রীকৃষ্ণবু ফংজবদগী অহাবা মৈচাক পুম্নমক
ব্রজ গোপীশিংনা কোক চখরে।

অদুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণনা গোপী পুম্নমক পুদুনা
যমুনা মপান্দা হৈনম-লৈনম পুদুনা নুংশিংনা শীৎলিবা
যমুনাগী মোল্লবা লৈঙোইনা তীনবা
যমুনা মপান্দা কুমদুনা খোইদোক্না নীঙথিরবা গোপীশিংগী
কুম-কুম চন্দননা চুরবা ইন্নফিনা
মখোয়গী চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণগীদমক আসন থাখি।
শ্রীকৃষ্ণনা গোপীনা থাবা আসন্দা ফম্লে।
গোপী ময়াম্না সেবা তৌরে॥

(৫২) মখা চপ্পরকপা থৌরমদা গোপীশিংনা খন্ন-নীঙনবগী গুণ অমসুং দোষকী মতাংদা লীলাগী পরীংগী য়াঙাং ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা য়াহং-পাউহংজরকখি (গোপী উক্তি)ঃ-

হে কৃষ্ণ! কনাগুম্বীশিংনা মাবু নীঙববু মানা নীঙঙি,
কনাগুম্বনা মসিগী ওন্ন-তৈননা মাবু নীঙববু নীঙদে
মসিগী মরমদা মসিনা ফৈ-ফত্তে হায়বা
নীঙবগী গুণ দোষপু ঐখোয়দা য়াম্না নীঙথিনা তাকপীয়ু॥

(৫৩) ব্রজ গোপীশিংগী য়াহংসিগী পাউখুম ওইনা ভাগবত ধর্ম্মগী অকুপ্পা লাইনীঙ লম্বীদা য়ুম্ফম ওইবা পাউখুমশিং য়াহৈনা ঙাংদুনা ফোংদোকখি (কৃষ্ণ উক্তি)ঃ-

হে সখিশা ! মাবু নীঙববু নীঙবদি
মখোয়গী মহৈ-মহৈ মশাগী কান্নবা নীঙবনি
মদুদি চান্নবা নত্তে, ধর্ম্মসু ওইদে।
মরম অদুদগী মা-মাগী কান্নবা তৌবা নত্তনা
করি অমত্তা ওইদে।
হে খ্বাঙজেংবী গোপীশা !
মাবু নীঙদববু নীঙবদি মমা-মপানা মচাবু নীঙগুম্বনি
মদুদি চান্নবনি, মদুনা চান্নবদা নত্তনা
নুংশিবসু ওই, ধর্ম্মসু ওই।
কনাগুম্বশিংনা মাবু নীঙদববু নীঙদে,
মখোয় অদু মী মখল মরিনি—

১। আত্মারাম ব্রহ্মানন্দ ফংলবা আত্মারামশিংনা তৌই ,
২। নীঙবা থুংলবা মী অমনা তৌই,
৩। তৌবীমল খঙদবা মীনা তৌই,
৪। মাবু উপকার তৌবা মীদি গুরুগুম্বনি,
অদুবু হিংসা তৌবা মীনি।

হে সখিশা ! ঐদি ঐবু নীঙবশিংবু
ঈতৎ তত্তনা ঐবু নীঙহনগে হায়দুনা
ঐনা মাবু নীঙদবা ওইনা লৈ !
হে চান্নবী, সখিশা ! নখোয়না
ঐতবু ফংগে হায়দুনা মীওইবা-লোক্কী চৎনবী থাদোকখ্রে,

বেদগী ধর্ম্মসু থাদোকখ্রে, নখোয়গী জাতি কুল হন্দোক্লে
অসিগুম্বী নখোয়না নীঙলিবা সেবা অদুবু
ঐনা তত্তনা তৌহনগে হায়দুনা
উহন্দনা নখোয়বু নীঙদুনা লৈবনি।
ঐবু তাৎ য়াওদনা নীঙবী নখোয়গী
লমন শিংবা ঐনা ঙম্লরোই
থদৎপা য়াদবা অফা অপুন পৃম্নমকপু থাদোক্কুনা
ঐবু নীঙবনি, অদুগী মহৈ অদুনা
গোপী নখোয়না তৌবগী লমন শিংবা ওইসনু॥

(৫৪) মসিগী মতুংদা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবা পাউতাকসি ফংলবদা থাগৎ-ব্রাহে শৈথাদুনা মাত্রা ১২ না শাবা দুইতালগী পুঙলোন্দা "জয় জয় কৃষ্ণ" গী ছন্দদা পূন্না ঈশৈ শক্কদবনি।

ঈশৈগী ময়েক্তিঃ-

জয় ওইরে কৃষ্ণ, জীবগী কায়না মৈচাক কোকপীবা,
তাঙলবা মণি ফংবগুমলে,করম্না পুন্দুনা থম্লসিগে॥

(৫৫) মখা তারকপদা হরাউরিব গোপীশিংনা রাসলীলা শান্নবগীদমক্তা মখোয়না পরেং লেংথোকপগী থৌওংদা তারক্লিবদু সূত্রধারীনা ঈশৈ ওইনা শক্কুনা লংলা-লংজীন পীগদবনি, মাত্রা ৮ না শাবা তানচপকী তালদা "রাসো সব" হায়বসিগী ছন্দদা ঈশৈ শক্কনি। শক্কদবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ

গোপীশিংনা কোয়শিন্দুনা রাস লীলা হৌখরে
গোপী অনী-নীগী মরক্তা কৃষ্ণনা লেঙশিনখরে
মাগী মাগী মনাকমক্তদা শ্রীকৃষ্ণবু লৈরে নীংলে॥

(৫৬) মথংগী থৌরমদা পূংলোন জগোই মতেক অমা শাগনি। পূং অমসুং গোপীশিংগী জগোইনা রাসলীলা হৌগৎলকপগী মশক্তু উৎকনি।

(৫৭) মখা চত্থরকপদা পূংগী পূংলোন্দু মাত্রা ১২ না শাবা রূপক তালদা ওনগনি। সূত্রধারীনা 'বলয়ানা' হায়বা ছন্দদা ঈশৈ শক্কুনা শান্নরিবা জগোইবু শৈথাগনি, ঈশৈ ময়েক্তিঃ

খুজী খোঙজী মখোলনা কিংকিনি হায়না ঙংলি।
রাস মণ্ডল ময়ায়দা শ্রীগোবিন্দনা ঙাষ্থোইরে।
সনাগী লীক্লাং মরক্তা অশংবা মনিনা ঙাল্লি।
শ্রীকৃষ্ণগা গোপীশিংগা নুংঙাইনা রাস শান্নরি।

(৫৮) মখা শমথরকপদা পুংগী পুংলোনগী তাল মাত্রা ৮ না শাবা তানচপতা ওন্থদুনা সূত্রধারীনা "ভাক্তি যুক্ত" হায়বসিগী ছন্দদা চত্থরক্লিবা রাস লীলাগী থৌরম্বু শৈথাগনি, শক্কদবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ

গোপীশিংনা কৃষ্ণগী হকচাংদা চন্দন থৌগল তৌখরে।
যমুনাগী ঈশিংদা লেঙথরক্রে, গোপীগী নীঙজবা থুংহনবীগে,
হায়রদুনা।
শামু মপৈনা কোয়বগুম শ্রীকৃষ্ণবু কোয়শিল্লক্রে।

(৫৯) মতুং তারকপদা গোপীশিং অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা "পুংলোন জগোই" লৌদুনা শারগনি, তালদি হোংলোয়।

(৬০) মখা চত্থরকপদা চালি শাগনি, তালদি হান্নগী মাত্রা ৮ গী তানচপতুদা অদুম লৈখিগনি। অদুগা সূত্রধারীনা "সৈলগী-সহস্ত" হায়বসিগী ছন্দদা শমথরক্লিবা রাস মশক শৈথাদুনা জলখেলীগী লংলা-লংজীন উত্তুনা শৈশক্কদবনি, শক্কদবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ

যমুনাগী ঈংলবা ঈশিং শ্রীকৃষ্ণদা চাইরি
থৌগনজরে প্রেমগা লোয়ননা ঈশিংনা শ্রীঅঙ্গদা
লাইরৈপাক্তগী লাইনা চাইথরক্রে লৈগী মপৈ মপৈ॥
শামু অথোইবগুম গোপী ময়ামগা শান্নরি।

(৬১) মথং তারকপদা 'পুংলোন জগোই' শাদুনা রাস লীলাগী জগোইগী মশক উৎকনি।

(৬২) মখা তারকপা থৌরমদা গোপীশিংগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণ জগোই চালি শাগনি, পুংলোন্না মাত্রা ৮ না শাবা তানচপতা য়ৈগনি। অদুগা সূত্রধারীনা গোপীশিংনা মযূম মযূম হনখিবগী গৃহগমনগী লংলা লংজীন পীদুনা শৈশক্কনি। ঈশৈ ময়েক্তিঃ

ব্রহ্মাগী অহিং চুপ্পা শ্রীকৃষ্ণগা শান্নরগা
শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংদা হায়খি
"নোংঙানগদৌরে চৎলো'
হায়না তাকপীদুনা গোপীশিং ময়ূমদা হনখ্রে।।

গোপীশিংগী গৃহগমনগী মতাংসিনা মহারাস লীলাগী অরোয়বা থৌরমনি। শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দজী অমসুং খুল্লক্কী ওইনা শান্নবা মহারাস লীলা (শিং) দদি গৃহগমনসিগী মমাঙদা থৌরম পরেং অনী- পুস্পাঞ্জলি অমসুং আরতি অসি য়াওনৈ।

মমাঙদা শান্নরম্বা শ্রীগোবিন্দগী 'মহারাসকী ক্রম' গা হৌজিক চৎনরিবা (মথক্তা ইজরিবা) অসিগী খর মথৈ খেন্নবা উজে অমসুং মমাঙদা চৎনরম্বশিংদুদি শীজিন্নরম্বা লোন অসি 'সংস্কৃত' লোননা নমনা শ্রীমদ্ভাগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায়গী শ্লোকশিংদু হেক্তা হকথেংনা (মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তনা) শীজিন্নরম্বগী মওং-মতৌদা লৈ। হান্নগী ওইনা পীবিরম্বদু মখাদা থমজরিঃ-

* পূর্ব্বরঙ্গ- নুপা পালা (নট সঙ্কীর্ত্তন) গী ঈশৈ।

* আরম্ভ- মথক্তা পীখিবদুগা মান্নে।

* পূংয়েবনা পুংগী রাগ মচা (নুরা) হৌবা অমসুং পূংগী তালসিদা সূত্রধারীনা ঈশৈগী রাগ (মোরী) হৌগনি।

* মথংদা "বৈষ্ণব বর্ণন" তাগনি।

* মথংদা "বৃন্দাবন বর্ণন শক্কনি

* মথংদা রাস পঞ্চাধ্যাগী অহৌবগী শ্লোক ১ দগী ৩শুবা ফাওবসি সূত্রধারীনা থিগনি (মথক্কী থৌরম পরেংগী ৭শুবা থৌরমদা য়েংবীয়ু)। খুল্লক্কীদি মসি ছন্দ পান্দুনা শরুগা কৃষ্ণ অভিসার তৌনৈ।

* মথংদা মুরুলী নাদা তৌবা (বাঁশী খোংবা)।

* মথংদা রাস পঞ্চাধ্যায়গী শ্লোক ৪শুবদগীনা ১১শুবা [মথক্কী থৌরম পরেংগী থৌরম ১০শুবদা য়েংবীয়ু] ফাওবসি সূত্রধারীনা শ্লোক ওইনা থীগদবনি।

* মথংদা রাস পঞ্চাধ্যায়গী ১৭শুবা শ্লোক [মথক্কী থৌরম পরেংগী ১০শুবা মশীঙগী অরোয়বা শরুক্তা য়েংবীয়ু] অসি সূত্রধারনা ঈশৈ ওইনা শরুগা গোপী অভিসার তৌগদবনি।

* মথংদা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা য়ৌরগা ললিতা, বিশাখানচিংবী সখিশিংনা রাস পঞ্চাধ্যায়গী শ্লোক ২৮ (২৯) শুবদগী হৌদুনা শ্লোক অমমম গোপী অমমমনা থীনগনি। শ্লোকশিংদুদিঃ

(ক) কৃত্বা মুখান্যকশুচঃ শ্বসনেন শুষ্যদ্বিম্বাধরাণি চরণেণ ভুবং লিখন্ত্যঃ।

অশ্রৈরুপাত্তিমাসিভিঃ কুচকুঙ্কমানি তস্থুর্মৃজন্ত্য উরুদুঃ খভরাঃ স্ম তূষ্ণীম্।।২৯।।

(খ) প্রেষ্ঠংপ্রিয়েতরমিব প্রতিভাষমাণং কৃষ্ণং তদর্থবিনিবর্তিত সর্ব্বকামাঃ ।।

নেত্রোবিমৃজ্য রুদিতোপহতেস্মকিঞ্চিৎসংরম্ভগদগদ-গিরোহব্রুতানুরক্তাঃ ।।৩০।।

(গ) মৈবং বিভোর্হতি ভগবানগদিতুং নৃশংসং সংত্যজ্য সর্ব্বাবিষয়াংস্তব পাদমূলং।

ভক্তা ভজস্ব দুরবগ্রহ মা ত্যজাস্মান্দেবো যথাদিপুরুষো ভজতে মুমুক্ষুণ্ ।।৩১।।

অসিনচিংবা ৪১শুবা শ্লোক ফাওবা থীনগনি।

* মথংদা সূত্রধারী য়াওদনা গোপীশিংদনা অপূনবা খোঞ্জেনদা শ্রীকৃষ্ণদা চঙবগী প্রার্থনা অমা শক্লদবনি।

* মথংদা সূত্রধারীনা মণ্ডলী সাজন শত্তুনা গোপী ময়াম পরেং লেঙথোক্লদবনি।

* মথংদা তিনতাল অচৌবা য়ৈদুনা জগোই শাগনি।

* মথংদা মেল তাদুনা জগোই শাগনি।

* মথংদা তানচপ পুংলোন তাদুনা জগোই শাগনি।

* মথংদা চালি পূংলোন তাদুনা চালি জগোই শাগনি।

* মখা চথরকপদা "অচৌবা ভঙ্গী পরেং" গী জগোই শাগনি।

* মথংদা দুইতাল তারগা জগোই শাগনি।

* মথংদা তানচপ তালদা জগোই শাগনি।

* মথংদা চালি জগোইগী তালদা পূং য়ৈরগা চালি জগোই শাগনি।

* মসি লোইরগা কৃষ্ণ অন্তর্দ্ধাণ তৌগনি।

অন্তর্দ্ধানগী মতমদা থাউমৈ মুখৎকনি।

* মম্না মম্না গোপীনা কৃষ্ণ থিগনি।

* মন্নিথৈসিদা শ্রীমতি রাধাবু গোবিন্দনা হন্দোক্লম্বা,

* মন্নিথৈসিদা শ্রীমতি রাধানা তেংথাবা,

* মন্নিথৈদা গোপীগা রাধাগনা থেংনবা,

পূম্নমক অসি তৌগনি (শ্রীকৃষ্ণবু খংমাঙ মাঙহনবা ঙমদবদগী কৃষ্ণনা আবির্ভাব ওইদ্রিবা ফাওবা মমহনবসি চৎনখিবনি)।

* মথংদা সূত্রনা উক্তি অমা শীরগনি।

* অদুগা গোপীনা রাসকী ''গোপীগীত'' শীগনি।

* মথংদা সূত্রধারীনা রাস পঞ্চাধ্যায়গী মরিশুবা অধ্যায়দগী শ্লোক খর শীগনি। শ্লোকশিংদুদিঃ

শ্রীশুক উবাচঃ ।ইতি গোপ্যঃ প্রগায়ন্ত্যঃ প্রলপন্ত্যশ্চ চিত্রধা।
রুরুদুঃ সুস্বরং রাজন কৃষ্ণদর্শনলালসা ॥১॥
তাসামাবিরুভুচ্চৌরিঃ স্ময়মানমুখাম্বুজঃ ।
পীতাম্বরধরঃ স্রগ্বী সাক্ষান্মন্মথমন্মথঃ ॥২॥
তংবিলোক্যাগতং প্রেষ্ঠং প্রীত্যুৎফুল্লদ্রশোহবলাঃ
উত্তস্থূর্যুগপৎসর্ব্বাস্তন্বঃ প্রাণমিবাগতম্ ॥৩॥
কাচিৎকরাম্বুজং শৌরেজগৃহেহঞ্জিলিনা মুদা।
কাচিদ্দধার তদ্বাহুমংসে চন্দনভূষিতম্ ॥৪॥
কাচিদঞ্জলিনাহগৃহ্নাত্তম্বী তাম্বুলচবিতম্।
একা তদঙ্ঘ্রি কমলং সন্তপ্তা স্তনরোরধাৎ ॥৫॥
একা ভ্রূকুটিমাবধ্য প্রেমসরম্ভবিহ্বলা।
ঘ্নন্তীকেক্ষৎকটাক্ষেপৈঃ সংদস্টদশনচ্ছদা ॥৬॥
তপ্রোপাবষ্টো ভগবান্ ঈশ্বরগী যোগেশ্বরান্তহৃদিল্পিতাসনঃ ।
চকাস গোপী পরিষদগতোর্চিতস্ত্রৈলোক্যলক্ষ্ম্যকপদং
বপুর্দধৎ ॥১৪॥

অসিশিংসিনি। মসিদা শ্রীকৃষ্ণ 'আবির্ভাব' তৌবগা লোয়ননা থাউমৈসু থাঙ্গৎকদবনি।

* মথংদা সূত্রধারীনা ঈশৈ অমা শক্লগা গোপীশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণসু জগোই শারগনি।

* মথংদা ''যুগল নর্ত্তন'' গী ঈশৈ অমা শক্লগা বৃন্দাবন পরেংগী জগোই শাগনি।

* মথংদা লৈ চাইগনি

* মথংদা শ্রীরাধাগোবিন্দ অনীদা আরতি কৎপগা লোয়ননা গোপীশিংনা প্রার্থনা অমা শক্কদবনি।

মসিদা মহারাস লীলাগী থৌরম পরেং লোয়শিল্লি।

শ্রীগোবিন্দজীগীদা কৎপা মহারাসতদি গোপীশিং ''গৃহগমন'' তৌদে। খুল্লক্কী ওইনা কৎপা মহারাসতদি গৃহগমন য়াওগনি।

[স:শ:, ১৯৬৫, ১৫৮-৫৯]।

# (খ) কুঞ্জরাস

কুঞ্জরাস হায়বসি মণিপুরদা হৌদোকপা মণিপুরী হিন্দু বৈষ্ণব সমাজগী অমসুং ধর্ম্মগী প্রেমভক্তি মাগগী মহারাসগী মথংদা হৌদোকখিবা অনীশুবা রাসকী মথেলনি। রাস মথেলসি "শ্রীগোবিন্দ লীলামৃত" অমসুং "সরার্থ সন্দর্শীনী" হায়বা ধর্ম্মগী লাইরিকপু বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা অরায়বা লোন্দা হন্দোকপা লাইরিক অনীসিগী পরীংদা য়ুম্ফম ওইনা শাগত্তুনা শেম্বা রাসকী শক্তমদা শান্নবা রাসলীলানি। "মহারাস" হায়রিবা মণিপুরগী রাসলীলা অসিদি শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণগী দশমস্কন্দগী রাস পঞ্চধ্যায়গী য়ায়েন কায়দনা শান্নবা রাসলীলাগী মথেলনি। কুঞ্জরাস অসি মণিপুরদা শ্রীমতি রাসেশ্বরীগী শ্রীমূর্ত্তি নির্পণ তৌরবা মতুংদা খৃঃ ১৭৯৪ গী মেরাগী পূর্ণিমা নুমিত্তা শান্নখি। হায়রিবা নুমিৎসি মৈতৈগী মেরা য়ায়ুংবা নুমিৎনি অমসুং লাংথবান কোনুংগী মনুংদা কুঞ্জবন শেমদুনা রাসমণ্ডল শেম-শারগা কুঞ্জরাস লীলাসি শান্নখিবনি। কুঞ্জ শেমখিবা মফমসি হৌজিক্কী "লাংথবান কুঞ্জ" হায়রিবা মফমসিনি, হায়না থাজজে। অহানবা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা কৎখিবা অদুগী খুদুং ইন্দুনা কুঞ্জরাসসি মেরা য়ায়ুংবা নুমিৎ মেরা (অশ্বিন) গী পুর্ণিমা নুমিৎসিদা কৎনৈ। কুঞ্জরাস হায়রিবা মণ্ডলী রাসকী মথেল অসি শ্রীগোবিন্দজিগীদদি চহীগী ওইনা শোয়দনা কৎলি অমসুং শ্রীগোবিন্দ অমসুং শ্রীমতি রাসেশ্বরী লেঙথোক্তুনা রাস শান্নবা য়াওই অমদি মীনা রাধা-কৃষ্ণ শাবা য়াওদে।

শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দ, শ্রীমদনমোহনজী, শ্রীঅরাম্বম নিত্যাইনন্দ, শ্রীঅনুপ্রভু, শ্রীগোপীনাথ, শ্রীঅদ্বৈত, শ্রীৰংশিবদনচিংবা লৈবাক-নিংথৌগী ওইবা লাইশিংগীদা নত্তনা অতৈ খুল্লক্কী লাইশিংগী মফমদা কুঞ্জরাসসি ঈকৎ কৎনদে। শ্রীগোবিন্দজীগীদা নত্তনা নিংথৌ-লাইশিংগী মফমদা কৎপা কুঞ্জরাস লীলাশিংদদি মীনা রাধা-কৃষ্ণ শাবশিং য়াওই। "মসিগী রাস মখল অসি পদ্মপুরানগী পাতাল খণ্ডদা য়াওবগা হাইফেৎ মান্নে, মসিসু নিত্যরাস (নুমিৎ খুদিংগী ওইনা পাঙথোক্লিবা রাস) মখল অমগুম লৌনবা য়াই।

**কুঞ্জরাসকী রাস ক্রমঃ**- কুঞ্জরাস অসি নিত্যকুঞ্জদা শান্নবা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী লীলা ওইদুনসু মণিপুরদদি মসি ধর্ম্মগী লম্বীদা মোক্ষা ফংননবা হিন্দু বৈষ্ণব ভক্তগী ভক্তি-মাগগী কর্ম্ম অমা ওইবনিনা অধিবাস পূর্ব্বরঙ্গ য়াওদবা য়াদে। মরম অসিনা হায়রিবা কুঞ্জরাস অসি শান্ননবগী থৌরম পরেংগী পরীংদিঃ

১) পূর্ব্বরঙ্গঃ নট সঙ্কীর্ত্তণ মহারাসকীগা চপ মান্নে।

২) আরম্ভঃ- নট সঙ্কীর্ত্তণ (নুপা পালাগী ঈশৈ) লোয়দুনা কুঞ্জারতি কৎলবা মতুংদা কুঞ্জরাস লীলা হৌননবগী থৌশীল-থৌরাং লৌথৎকদবনি।

আরম্ভগী থৌরাং মগুা (অ), (আ), (ই), (ঈ) অমসুং (উ) লৈরিবদু মহারাসকী ওইনা মথক্তা পীজিন্নিবশিংদুগা মান্নে। মথক্তা য়েংবীয়ু।

৩) রাসধারীনা পূংগী রাগ-মচা য়ৈদুনা হৌগনি।

৪) সূত্রধারীনা মোরী (ময়ূরী রাগিনী ?) রাগ হৌদুনা রাগিনীসিগী হৌনবী মূর্ত্তি, ধ্যান তৌদুনা শক্কদবনি।

৫) সূত্রধারীনা রাগ ধ্যান তৌরবগী মতুংদা বৃন্দাবন বর্ণন অমা তিনতাল মচাদা শক্কদবনি। শক্কদৌরিবা ঈশৈ ময়েকসি-

(অ) "মরিকিয়ে অপরূপ মধুর ..." [স:শ:, ১৯৬৫, ১৮১]।

(আ) রাগ পঞ্চম (পঞ্চমী রাগিনী)

শ্রীবৃন্দাবনগী গুণবু শক্করি মুনি ঋষিনা।

পূন্য চেল্লবী বৃন্দাবন্দা চঙজরি ধ্রুব নারদনা।

রাধা শ্যামনা তত্তনা শান্নরি গোপীশিংগা লোয়ননা॥

[ম:অ:স:, ১৯৮২, ৩]

(৬) মতাং অসিদা অমুক ছঞ্জ হোংবগী সূত্রধারীনা "কি মাধুরী" হায়বা ছঞ্জসিদা মখা তানা বৃন্দাবন বর্ণন শকথগদবনি। মসিদা শক্কদবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ

শ্রীবৃন্দাবনগী গুণবু কনানা থাদুনা লোয়গনি,

বৃন্দা দেবীনা অরেপ্পা লৈতনা শেমজরিবনি।

লৈ-শু খিবিকপু থাজিল্লি মফম চানা চানা

মাল্লিকা মালতীনচিংবা লৈচন শুনা শাৎলি

(৭) মসিগী মতুংদা সূত্রধারীনা ঈশৈগী শৈহেক শৈরোন্দা বৈষ্ণব বন্দনা (বৈষ্ণব খুরুমজবা) শক্কদবনি। ঈশৈ ময়েক্তিঃ

ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবকী চরণ অনিদা খুরুমজরি হন্না হন্না

বৈষ্ণবকী মহিমা গুণবু বেদ পুরাণনচিংবদা হায়রি,

বৈষ্ণবপু সেবা তৌজবা মী অদু যমরাজনা মনাইশিংদা হায়খি,
ঐখোয়গী অধিকার লৈতে, খণ্ডু দূতশা !
বৈষ্ণবকী গুণবু কনানা শক্কুনা লোইগনি।
ননাইনা ঙসি শ্রীরাধা গোবিন্দগী গুণবু
শক-শোঞ্জবা অসিদা,
অশোয়বা অরানবা পূম্বা ঙাকপীগনি, হায়না
ননাইনা হন্না হন্না বৈষ্ণবশিংগী চরন্দা খুরুমজৈ ॥

(৮) ঈশৈসি লোয়বগা সূত্রধারীনা মখাদা থমজরিবা য়ারোল অসি ঙাওগনিঃ শ্রীগোবিন্দনা শরদ ঋতু অশ্বিন পূর্ণিমাদা শ্রীরাধানচিংবগী গোপীশিংগা লোয়ননা শান্নখিবা কুঞ্জরাস লীলাবু ঙসি ননাইনা শকচ-শোঞ্জবদা রস কায়বা, অরাং-অপা চিখবা খিবিক মেনশিনবীদুনা বৈষ্ণব পূম্বনা দোষ পুম্বা ঙাকপীয়ু শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী লীলানি খনবীদুনা বৈষ্ণব পূম্বনা পেনবীয়ু ॥

(৯) শ্রীগোবিন্দনা শয্যাদগী লেঙখৎলগা শিঙ্গার মন্দির (ফি শেৎফম) দা লেঙশিন্দুনা রাসকী ফিজোল থোল্লগা অরোনবা লম্বীদা সখীনা সঙ্কেট (ঈঙ্গিৎ) তৌরম্লবা কুঞ্জ তম্না লেঙলকপগী থৌওং-থৌদৌসি সূত্রধারীনা লংলা-লংজীন পীবা ওইনা শৈথাদুনা শক্কদবনি। মসিগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ
থাবলনা মপূং ফানা ঙাল্লবা, মাল্লিকা-মালতীগী মনম্না শীল্লবা,
নুংঙাইরবা মতম অসিদা রাসলীলা শান্নগে নীংদুনা,
মন্দির মনুংদগী তপ্না তপ্না,
লোননা বনগী লম্বীদা পাংলক্লে শ্রীকৃষ্ণনা ॥

(১০) মথংদা শ্রীকৃষ্ণ অভিসার (শাবী-শানৌশিংগী উন্নফমদা চৎপা খোঙচৎ) থৌওংবু সূত্রধারীনা শৈথাদুনা মাত্র ৮ না শাবা তানচপকী তালদা অমসুং ''তবহি গমন করু'' হায়বসিগী ছন্দদা শক্কনি। শ্রীকৃষ্ণসু তপ্না তপ্না চত্তুনা অভিসারগী অভিনয় তৌগনি। সূত্রধারীনা শক্কদবা ঈশৈগী ময়েক্তিঃ
লেঙলক্লে কুঞ্জদা কৃষ্ণনা পূক্নীং হরাউনা
গোপীগী পূক্নীং হূবা মুরুলী পায়দুনা ॥
তপ্না তপ্না চৎপনা শামুনা তমজরবা
যুবতীশিংগী পূক্নীং হূবনি ॥

নেম্মা নেম্মা শাৎলিবা লৈ খিবিক উরুরগা
রাস শান্নরুগে হায়না পুক্লীংদা খল্লদুনা॥
মণিনা থাম্বা লৈতেংনা ঈরং ঈরং লংলিবা
মালতী যুতীগী পরেং ঙক্তা থোনবা
খোঙথাং খুদিং নোপুরনা রুনু ঝনু ঙংলীবা
খ্বাঙগোয়দগী কিংকিনীনা নীল্লি।

(১১) মখা চত্থরকপদা সূত্রধারীনা কৃষ্ণনা লেঙলক্লিবদু উনফম কুঞ্জদু য়ৌরে হায়বগী লংলা লংজীন পীদুনা ঈশৈনা ফোঙদোক্কনি, মদুদা শক্তদবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ

অসুম্না লেঙলকপনা থুংলরে কুঞ্জদা
হায়রিবা মতমসিদা কৃষ্ণনা চালি জগোই শাগনি অমসুং
[পুংয়েবনা মাত্র ৮ শাবা চালিগী পুংলোন য়ৈগনি।]

(১২) মখা তারকপদা সূত্রধারীনা শ্রীকৃষ্ণ মুরুলী খোংদুনা ব্রজ গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ য়ৌরক্লে খঙহন্নবগী বাঁশী খোংগদবা অমসুং খোংবগী লংলা-লংজীন পীদুনা ঈশৈনা ফোঙদোক্কনি, ময়েক্তিঃ

চীনবান্দা মুরুলী থাঙ্গত্তুনা
মিরবা খোম্থাংগী সূরনা, খোংলি।

(১৩) মথংদা শ্রীকৃষ্ণনা মুরুলী খোংবা (নাদ তৌবা)। সূত্রধারীগী মায়কৈদগী বাদ্যকলাকারশিংগী মরক্তগী বাঁশী খোংবনা হায়রিবসিদা বাঁশী খোংদুনা মুরুলী নাদগী মতৌ উৎকনি।

(১৪) মুরুলী নাদ লোইখিবগা সূত্রধারীনা শ্রীকৃষ্ণগী মুরুলীগী মখোল তাবদা গোপীশিংনা তৌরিবা মতৌশিংদুগী লংলা-লংজীন পীদুনা ঈশৈনা ফোঙদোক্কনি। ঈশৈ ময়েক্তিঃ

শক্কেট কুঞ্জ য়ৌরগা কৃষ্ণনা পঞ্চম সুরদা বাঁশী খোংলকপা
ইবেম্মা রাধানচিংবী সখীশিংনা তারদুনা
ইবেম্মদা হায়খিঃ-

(১৫) মতমসিদা সখী অম (মরু ওইনা মকোক-চিংবী, বিশাখা, চিত্রা, অসিনচিংবা শাবী) না ৱা ঙাঙবগী ৱাঙাঙদা হায়খি (সখী উক্তি)ঃ

ইবেম্মা ! তাবীরবরা প্রাণনাথগী বাঁশী খোংলক্নে,
খ্বাঙচেৎ নমখাঙ থোল্লসি, লেঙবা মতম ওইরক্নে।

(১৬) মসিগী ৱাফমসিগী পাউখুম পীদুনা শ্রীমতি রাধিকানা সখীদা ৱাহৈনা হায়রকখি (রাধা উক্তি)ঃ

গুরুজন পূম্বা তূল্লবরা য়েংঙু !
প্রাণনাথদা কৎনবা লৈ পানা পূম্বা পুজেম্মো !
[নোপুর মখোন হৌহন্দনা তপ্না চৎখি॥]

(১৭) মখা তারকপদা সূত্রধারীনা শ্রীমতি রাধিকানা লেঙথোক্লকপগী মতৌদু শৈথাদুনা ঈশৈনা লংজীন পীগনি, ঈশৈ ময়েক্তিঃ

মতম অফবদা, ওয়গী স্বরদা
মাধব মাধব শোল্লদুনা
খোঙ তপ্না তপ্না থাংদুনা
সখীশিংগা লোইননা
বনগী লম্বীদা লেঙলক্নে॥

(১৮) মখা চত্থরকপদা রাধা অভিসারগী মওং-মতৌ শৈথাদুনা সূত্রধারীনা "চন্দ্রবদনী ধনী" হায়বসিগী ছন্দদা শৈশক্লুনা লীলা পরীংগী লংলা-লংজীন পীগনি। শক্লদবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ

থাজবু ঙমজবী রাধে লেঙলক্নে অভিসার,
অনৌ অনৌবা রসগী তূংনফম ওইরিবী।
কর্পূর চন্দণনা নীঙথিনা লৈতেংলিবী,
মালতী পরেংনা ঙক্তা থৌগল্লিবী॥
থানীনগী থাবলনা বনসু নীঙথিজরে
কুণ্ডল কুসুম ফুগায়না শাৎকায়রক্নে
ঙক্তা মোতি খৃত্তা খৃজি থোন্দুনা
ঈবুংঙোগী প্রেমদা লূপচবী রাধে
নিকুঞ্জ য়ৌদুনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংজরে
গোবিন্দদাসগী নীঙজবা থুংজরে॥

(১৯) মথংদা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগোপীশিংবু ওঙ্কুনা ৱাহৈনা ফোংদোকপা নুংঙাইবগী ৱারোল্লা হায়খি (কৃষ্ণ উক্তি)ঃ

ব্রজবৃন্দাবনগী লৈতেং ওইবী ঈবেম্মশিং লাকপীয়ু
কালেন নুংশাগী য়াম্না শাবা মৈচাকপু
থানা থোকপদা মৈশা পুম্না কোকপগুম্না
ঐগী থম্মোইদা চাক্লুম্না কোকচরে
করিনা লমন শীংগনি?

(২০) শ্রীকৃষ্ণগী ৱাফমসিগী পাউখুম ওইনা গোপীশিং (মকোক চিংবী, বিশাখা শাবী নৎত্রগা সখী অম) না খুমগনিঃ

ইবুংঙো ! ঈবুংঙোগী শ্রীমুখদগী
অমৃতবু হেনবা য়াথং তাজবদা
ননাই ঐখোয়গী চাক্লুম্না মৈচাক পুম্না কোকচরে।
শ্রীচরণ সেবাবু পামজবীনি
ননাই ঐখোয়না নীঙজবা থুংহনবীয়ু॥

শ্রীগোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা শান্নবদদি শ্রীগোবিন্দজী লেঙথোক্লুনা শান্নবা, শ্রীকৃষ্ণ শাবা অমসুং শ্রীমতি রাধিকা শাবী য়াওদবনা শ্রীকৃষ্ণ অভিসারসি শক্তে, য়াওদে। রাধা অভিসারসিগী মহুত্তা গোপী অভিসার ওইনা শক্কনি অমসুং য়াওগনি। মসি সূত্রধারীনা মাত্রা ৭ না শাবা দুইতালগী বিলম্বিত লয়দগী হৌরগা মধ্যলয়দা তারক্কনি।

ঈশৈ ময়েক্লা ঃ-

"বরজ কমিনী নবীন বালা ..." [স:শ:, ১৯৬৫, ১৬০, ১৮২]

(২১) মখা চথরকপদা সূত্রধারীনা কুঞ্জগী ময়ায়দা শ্রীরাধাকৃষ্ণ উন্নদুনা ফম্মিন্নবগী মওং-মতৌদুগী লংলা লংজীন পীদুনা ঈশৈ শক্কনি, শক্কদৌরিবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ

শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনীনা কুঞ্জ মনুংদা
সনাগী সিংহাসন্দা লেঙশিন্দুনা ফমগ্রবদা
বৃন্দাসখীনচিংবনা লৈ পরেং পাননচিংবা কৎলদুনা
সেবা তৌজখি।
[গোপীশিংনা ইবেম্মা ইবুংঙোগী রূপ থাগৎচবা
মতাংসিদা ঈশৈগী রাগ (অপাম্বা অমা হেক্তা ওইবা য়াই)]

হোংদনা সূত্রধারীনা শক্কদবনি, ঈশৈ ময়েক্তিঃ

কুঞ্জবন অসিদা
থম্বাল অশংবগা সনাগী থম্বালগা
অনীনা ফজনা শাৎলে, য়েংঙু ইতাশা !
গোপী ঐখোয়না করম্বা পূন্য তৌজরক্লুনা
উজরিবনো? ঐখোয়গী মিৎ অসি মহৈ য়াল্লে।
অদুবু বিধিনা মিৎ অনী-দা পানবীরম্মি,
অমুকসু মিৎকুপপা অমুক পীবীরম্মি
ফত্তেদকো বিধাতা।।
পুক্লীংনা নীংবা থুংদরে, পেননা য়েংবা ফংদরে
মিৎ লীলীং অমা পাল্লবদি পেননা য়েংজবা ফংগদবনি।।

(২২) মথংদা গোপীশিংনা চালি শানা শানা মাত্রা ৮ শাবা চালিগী পূংলোন্দা ''প্রাণসখী'' হায়বসিগী ছন্দদা প্রার্থনা শক্কনি, ঈশৈময়েক্তিঃ
ননাইনা হায়জবা তাবীয়ু !
শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনীগী সেবা-দা পামজৈ,
চরণ অনীবু হামদোকচবা,
কর্পূর হাপ্লা পানা কৎপা
মালতী পরেং কৎচবা,
অঙৌবা চামর থৌগল তৌজবা
ননাই ঐনা সেবা অসিদা পামজৈ, পীনবীয়ু ইবেম্মা।
অতৈ অতোপ্পা সেবাদি ননাইনা ফংজবা ইতিক নত্তে।
ইবেম্মা ইবুংঙো অনীগী অথুপ্পা লীলা(দা)
তত্তনা ননাইনা সেবা অসি ফংহনবীয়ু,
ভিক্ষা অসি হাপ্পীয়ু, অসিগুম্বা সেবা অসি আশা তৌজরি
গোবিন্দদাসনা।।

(২৩) মথংদা সূত্রধারীনা ''শ্রীকৃষ্ণগী ঈঙ্গিৎ খঙবী বৃন্দাদেবীনা ঈশৈ-নোংমাইগী/জগোইগী ঈশৈগী যন্ত্রশিং পুথোক্তুনা রাসমণ্ডল শেম-শাবা, শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতি রাধিকাগী খুৎ পায়দুনা গোপীশিংগা লোইননা রাসমণ্ডলদা চঙশিল্লকপা অমসুং গোপীশিংনা পরেং চনা লেংথোক্তুনা লৈরগা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিনা গোপীশিংগী ময়ায়দা ভানথোক্লিদুনা লৈবগী পরীংদু তাক্তুনা গোপী লেংথোকপগী ঈশৈনা শৈথাগনি, মসিগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

গোপীবু থৌজানখীদুনা শ্রীগোবিন্দনা
রাস হৌগে নীঙলদুনা
মণ্ডলী শেল্লক্লে॥

(২৪) মখা চখরকপদা সূত্রধারীনা 'কেদার রাগ' (কেদারিকা রাগিনী) দা গোপীশিংগী থম্মোইদা শাগৎলিবা খ্রাখলবু ফোংদোক্লুনা 'গোপী রাগ' শক্লুনা লংলা-লংজীন পীগনি।

(২৫) মথংদা হায়রিবা রাস লীলাসি কৎচবগী কৎচরিবা কর্ম্ম-কর্ত্তাগী পুক্নীঙগী ভক্তিবু ফোঙদোক্লুনা 'জগোই মপোপ' শাগনি, পুংনা মাত্রা ১৪ না শাবা তিনতাল য়ৈগনি অমসুং সূত্রধারীনা 'শুশীতল' গী ছন্দদা মখাগী ঈশৈ-ময়েকসি শক্কনিঃ-

ঈংলবা বৃন্দাবননি, নুংঙাইরবা কুঞ্জনি,
লবঙ্গ, মালতী, যূতী শাংলিবা মফমনি।
রাধা গোবিন্দ অনি রাসলীলা শান্নরি,
তোল্লবা ভাগ্যচন্দ্রনা নিতিগী আশা তৌজরি॥

(২৬) মথংদা ব্রজ গোপীশিং শ্রীমতি রাধিকা অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা পুননা জগোই শামিন্নরিবদুগী শক্তমশিংদুগী ফজববু শৈথাদুনা সূত্রধারীনা মাত্রা ১৪ না শাবা রাজমেল তালদা 'মরকত মনি' হায়বসিগী ছন্দদা ঈশৈ শক্কদবনি, মসিগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

ফজরবা মণি মরকতা শুমজ্জে থরো অশংবা কুচু
চোয়না তারকপা ফজ্জে শমজোইনা থোইমুগুব্বা মচু
মরোল অহম্বু শুমহৎলি।
কোক্তা খ্রাহোং চূড়া, মালতী পরেং থোনবা
থবাক্তা কৌস্তুভ মণি, লাইবক্তা চন্দণ বিন্দু
গোপীশিংগী পুক্নীঙ হুবা ॥

(২৭) মখা চখরকপদা মথক্কী শৈথারোলসিদা মাত্রা ৮ না শাবা তানচপকী তালদা হোংদুনা সূত্রধারীনা 'রাসমণ্ডল মাঝে' হায়বা ছন্দসিদা মখা শকথখিগনি। মসিগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

রাসমণ্ডলগী ময়াম্রদা শান্নরি লোইননা গোপী মশৈ মশৈগা
হে-শীঙবা কৃষ্ণনা জগোই শারিনে থোঙদা নোপুর থোল্লগা

ঈবুংঙোগী খোঙথাং তালদা নেত্তুনা জগোই শারি থেক্লা-নৌনা,
খুদাংগী খুজিসু তগুপ তগুপ্লি, কুণ্ডলসু নীক্লা হাইরি॥
মুরুলী, বীনা খোংলি, য়েরি হৌনা- মুরুজ থৈ থৈ, হায়দুনা,
থম্মোইদা হৌরকপা প্রেম অনিমকপু রাই বসন্তনা পেঞ্জে।

(২৮) মথং তারকপদা জগোই শারিবা-শারিবীশিংদুনা চালি জগোইগী খুথেক্তা তারক্কনি, তালসু মাত্রা ৮গী চালি জগোইগী তানচপতুদা লৈগনি। অদুগা সূত্রধারীনা 'রমনি রমন'' হায়বসিগী ছঞ্জদা জগোই ফজবদু শৈথাদুনা শক্কনি, মদুগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

গোপীশিংগী পুক্লীঙ হুবা খোয় খোয়রবা মিৎয়েংনি।
সনাগী লীক্লাংতনা নোংথাঙগুম্না ঙাল্লিনে,
শ্রীঅঙ্গদা মণি থামবা লৈতেংনা ঙাল্লিনে,
নৌরবা শ্রীচরণদা মণি' নোপুরনা ঙাল্লিনে,
রাই বসন্তনা পামজৈ খুজীন তরাদা ঙাল্লিবা॥

(২৯) মখা চত্থরকপদা জগোইগী ঈচেলদু সুর ভক্তদা তারগনি, তালসু হোংদুনা মাত্রা ১০ দা য়েরগনি। সূত্রধারীনা হায়রিবা সুর ভক্তসিগী লংলা লংজীন উত্তুনা শৈশক্কনি, ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

শান্নরী কুঞ্জদা শ্রীরাধা কৃষ্ণনা
জগোই ঈশৈগী ঈথক ঈপোমদা
শংবান্ননা পুংলবা উশাদা তোংদুনা
ব্লাহোং, চোংঙা, কোকিলসু খোংলি নুংশিনা
শক্লিবা য়েরিবা ঈরোয়নবা তালদা
গোবিন্দদাসনা প্রেমগী ঈরা চেল্লে॥

(৩০) মথংদা গোপীশিং অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী জগোইদু ভঙ্গি পরেংদা চত্থরক্কদবনি, তালসু হোংগনি মাত্রা ১৪ গী মেলভুষনা (চারতাল মখল অমা) দা য়েগনি। সূত্রধারীনা ''নাচত নাগরী নাগর সঙ্গে'' হায়বসিগী ছঞ্জদা রাধাকৃষ্ণগী জগোইবু শৈথাদুনা লংলা-লংজীন পীগদবনি, মদুগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

জগোই শারি কৃষ্ণনা ব্রজগোপীশিংগা
জগোই শারি গোপীশিংগা কৃষ্ণগা লোইনদুনা
নুংঙাইবগী মখৈ লৈতে নুংঙাইরি॥
যন্ত্র ময়াম য়েরক্লে, তাল থারি, খুবাক খুরি।
ঈতাশা নীঙথিজরে, যুমুনানা কোয়রিবা বননি।
শান্নরিনে ঈতাশা !
কুঞ্জবনগী যুবরাজগা লোইননা জগোই শারি শ্রীরাধানা, ঈতাশা !
রাসমণ্ডলীগী ময়ায়দা জগোই শারি রাধা শ্যামনা।
গোপীগী ময়ায়দা ঙাল্লোইরি শৃঙ্গার রসরাজ মূর্ত্তিনা
খুৎকী খোঙগী জগোই শারি
জগোই খোঙলৈ লৈরকপদা বেনীচুড়া য়েৎশিন্নরে॥

মতাংসিদা ঈশৈ ছন্দ হাইফেৎ থুজিন্না—
বেনীনা চিংলকপদা মোহন' চুড়া
চেপ্পা চেপ্পা খাঙলে,
লৈনা লৈনা থেক্লা থেক্লা শারকপদা॥

(৩১) মখা তারকপদা ভঙ্গিগী জগোইগী মশক্তি হোংদনা তালদা মাত্রা ৬ কী মেনকুপ য়ৈদুনা সূত্রধারীনা জগোইগী ফজবা শৈথাদুনা শৈশক্লি। শৈশকসিগী শৈরোল-ময়েক্তিঃ-

কিংকিনীনা ঙংনা ঙংনা কিনি, হায়রি
কিংকিনীনা নীল্লি।
নোপুরসু রুনু ঝনু ঝনুরু ঝনুরু
হায়না ঙংলি।
থব্রানমিচাক ময়াম্না থাবু কোয়বগুম্না
রাধা শ্যামবু গোপীশিংনা কোয়রি॥
পূর্ণিমা থাজসে থোকপা ঈকাইজরে,
লোৎখরে অমুবা থাবু উবদা॥
রাধা শ্যামগী জগোই কনানা হেক্লি,
হায়য়ু, হায়য়ু, ঈতাশা !
অনৌবা নোংগী মরক্তা শান্নরি থানা, কয়াদা ফজরিবনো?

হায়নীঙঙাই লৈতে ঈতাশা! শ্রীরাধা কৃষ্ণসে,
ফজবা মান্নেনে, মান্নেনে॥
হায়বা ঙমলোয় ঐদি, ঙমজরোয় অমনা অমবু করিসু হেন্দেনে,
অশংবা মনিবু ঙমজে পদ্মরাগ মণিপু ঙমজে।
তোমান্দা সনাগী উরীনা য়েৎপগুমলে॥

(৩২) মতাংসিদা সূত্রধারীনা রাধা কৃষ্ণ অনিগী জগোইবু ব্রজগোপীশিংনা শৈথাবদুদগী হেন্না মগুণ হেনগৎহন্নবা লৈথেৎ-লৈতেং হাপ্তুনা শৈথাবগী মওং-মতৌগী শৈশক হাপকদবনি, মদুগী ময়েক্তিঃ-

বিমানদা তোংদুনা কুম্মে য়েংবা লাইশিংনা
লৈগী নোংবু চুহল্লি, ওহ্মোক্না নীঙথিজরি,
ওহ্মোক্না নীঙথিরে, নীঙথিরে॥

(৩৩) মখা তারকপদা গোপী অমসুং রাধা-কৃষ্ণগী জগোই তাল মাত্রা ৮ না শাবা তানচপতা ওন্দুনা শারকপদা সূত্রধারীনা জগোইগী ফজবা মওং-মতৌগী মরমদা শৈথাদুনা শৈশক্কদবনি। মদুদা শক্কদবা ঈশৈগী ময়েক্তিঃ-

গোপীগা লোইননা ঈবেম্মা রাধানা,
নুংঙাইরবা অহিংদা শান্নে॥
নীঙথিরবী বৃন্দাবনদা লৈরাং ময়াম শাৎলি
রাস মণ্ডলগী ময়ায়দা জগোই শারি নটরাজনা॥

(৩৪) মখা চঞ্চরকপদা তাল মাত্রা ৬ কী মেনকুপ্তা ওল্লগা গোপীশিং অমসুং রাধাকৃষ্ণ জগোই শাগনি। সূত্রধারীসু তাল-মেল চান্ননা জগোই নীঙথিনা তাক্কুনা শৈশক্কনি। ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

চামরনা ঈকাইদুনা লোৎখরে বনদা
শ্যামগী নীঙথিবা উবদা চেনখরে লাপ্পা।
নীঙথিদা, ফজেদা শ্রীশ্রীগোবিন্দসে,
নীঙথিরে, ফজরে, ঙাহ্নোইরে কুঞ্জদা॥

(৩৫) মখা তারকপদা ভঙ্গি পরেং শাবা লোয়শিনবগী সূত্রধারীনা ভঙ্গি লোয়রে হায়বদুগী লংলা লংজীন কাঙদুনা শৈশক্কদবনি। মসিদা তালনা তানচপ, মাত্র ৮ গী ওল্লগা মখাগী ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

অনঙ্গ মঞ্জুরীনা শকলি জগোয়' ঈশৈ,
রাস লীলা হায়বসে রসনা তীললি।
থাগৎচরি, থাগৎচরি নরহরি কবিনা॥

(৩৬) মসিগী মখা চথরকপদা শ্রীকৃষ্ণনা নর্ত্তক/নর্ত্তন তাগদবনি অমসুং মসি তাণ্ডব নর্ত্তননি, মাত্রা ২৮ না শাবা তাল্হা ১৩ অমসুং ফাগ ৪ লৈবা ব্রহ্মতালদা শাগনি। অদুগা সূত্রধারীনা তালসিদা "নৃতিন্তি বিপিনে" হায়বা ছন্দসিদা জগোইগী ওইরিবা মণ্ডং-মতৌনচিংবদু ফোঙদোক্তুনা তালসিগা চানা--চুননা শৈশক্কদবনি। শৈশকসিগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-
শারি জগোই শ্রীকৃষ্ণনা সখীশিংনা কোয়শিল্লগা
কনা-কনাগুম্বীনা জগোইগী তালদা
খোঙথাং চানা মৃদঙ্গ মুরুজবু য়ৈরি।
রাগ রাগিনী' মথক্তা শখীশিংনা শক্লি গুণবু।
য়ৈরি, ব্রহ্মতাল, ইন্দ্রতাল, একতাল প্রথম তালদা
য়ৈরক্লে থেন থেন থেন,
থেন থেন থেন জিন্নগর তা॥

(৩৭) মখা চথরকপদা অমুক শ্রীকৃষ্ণগী উদ্ধত ওইবা জগোয়দু মাত্রা ১৮ গী তাল্হা ৫ অমসুং ফাগ ৪ লৈবা বিষ্ণু তালদা ওন্দুনা শাগনি। সূত্রধারীনা "যুবতী মনোহর" হায়বসিগী ছন্দনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কদবনিঃ-
শ্রীরাধানচিংবী গোপী পুন্নমক
প্রেম চাওখৎনবা শ্রীগোবিন্দনা
ফজবা খিবিক্কী তুংনফম ওইবা কৃষ্ণনা
থেকনা নৌনা চোংদুনা শারি জগোই
নুমিৎ খুদিং অসুম্না শান্নবা লীলাবু
থম্মোইদা চেৎনা নীঙজরি গোবিন্দ দাসনা॥

(৩৮) মখা তারকপদা শ্রীকৃষ্ণগী জগোইসি মাত্রা ৮ গী চালি জগোইগী তালদা লাক্তুনা চালি শারগা জগোইদু লোয়শিন্নবগী থাক্তা পুরক্লিববু সূত্রধারীনা মহাক্কী অপাম্বা রাগ অমগী সুর/ছন্দ অমদা শক্কনি। শক্কদবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ-
য়েংঙুনে ললিতা ! শ্রীকৃষ্ণগী জগোইসে
পান্দমনীঙঙাই লৈতে, কয়াদা নীঙথিজরিবা

যেংঙু-যেংঙুবা খুদিংদা অৱাৎপা লৈতেদা
পেঞ্জরে নবতোমনা॥

(৩৯) শ্রীকৃষ্ণগী জগোইসি থা-রগা শ্রীমতি রাধিকাগী জগোই (রাধা নর্ত্তক) অমুক শাগদবনি। হায়বিবা লাস্যসি শাবিঙৈদা সূত্রধারীনা "সুচন্দ্রবদনী" হায়বসিগী ছন্দদা রাধিকাগী জগোইসিবু শৈথাদুনা শৈশক্কদবনি, শক্কদৌরিবা ঈশৈ-ময়েক্তিঃ-

শ্রীরাসমণ্ডলগী ময়ায়দা রাধানা জগোই শাই,
শ্রীগোবিন্দবু পেলহল্লি।
পুক্নীঙ হুবী রাধে ঐগী বাঁশীগা চাননবা শাও জগোই
ঙম্লবদি বাঁশী পীগে।
জগোই শাবা ঙমদ্রবদি ঐনা কাঞ্চলিকা লৌগনি
বৃন্দাবননা শাক্ষী ওইনসি।

(৪০) মতাংসিনা সূত্রধারীনা মহাক্কী ঈশৈ ছন্দ "বিনোদিনী রাধা" হায়বসিগী ছন্দদা ওন্দুনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শক্কদবনিঃ-

বিনোদিনী রাধানা শ্রীরাসমণ্ডলীদা
যেংঙু সখী! জগোই শাবি লৈনা লৈনা,
খোইরুম মোমোন নোকপনা কৃষ্ণগী পুক্নীঙ শুমহৎলিবী॥

(৪১) মখা চৎথরকপদা শ্রীমতি রাধিকাগী জগোইসি মাত্রা ৮না শাবা চালি জগোইগী তালদা ওন্থদুনা শাগদবনি। মসিদা সূত্রধারীনা "চাঁদবদনী কামের" হায়বসিগী ছন্দদা মখাগী ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

কৃষ্ণগী পুক্নীঙ থুংহনবী রাধে! যেংবদা পেন্দ্রি, শাখো!
যেংঙু ঈতা, জগোই অসে, মরোল অমা লৈরি খঙলব্রা!
বাঁশী লৌগে নীঙনা শারিবা জগোইনি।

(৪২) মখা তারকপদা ব্রজগোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মফম থৱাই-হকচাং কখোকচব (আত্মা সমর্পন) গী মশক উৎকদবনি। সূত্রধারীনা/গোপীশিংনা নৎত্রেগা আনিমকসি পুন্না "জয় জয় ব্রজনব যুবরাজ" হায়বসিগী ছন্দ শৈশক্কদবনি, ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

জয় জয় গোপী ঐখোয়গী ঈবুংঙো
নখোঙ থম্মাল অনিদা
তোল্লবী ননাই ঐখোয়না লৈ খুজোক্কা লোইননা
থৱাই কৎচরি॥

(৪৩) মখা চখৈরকপদা লৈ-শু কৎচবগী থৌরম (পুস্পাঞ্জলী) লৌখৎকনি অমসুং 'এই পুস্পাঞ্জলী'' হায়র্বাসিগী ছন্দদা গোপীনা/সূত্রধারীনা নৎত্রগা অনি পুন্না মখাগী ঈশৈ ময়েকসি শক্কনিঃ-

লৈ খুজোকসিগা থব্রায়-হকচাং অসি
কৎচরিনে নঙগী চরণদা,
মপোক মপোক খুদিংদা ফংজগে সেবা
থাদোকপীনু ননাইনি॥

(৪৪) মথং তারক্কপদা রাধা-কৃষ্ণবু থাগৎ-রাহেনা থৌগঞ্জবা (প্রার্থনা) গী থৌরম লৌখৎকনি। ময়াম ঈশৈ শকমীন্নদুনা নৎত্রগা সূত্রধারীনা শক্তুনা পাঙথোক্কনি। ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

জয় ওইরে রাধা গোবিন্দনা
ঙাছোইবীরে রাধা কৃষ্ণ নিকুঞ্জ মনুংদা
জগৎপু শুমহৎপা, থম্মোইবু শুমহৎপী॥

(৪৫) মখা চখৈরকপদা রাসলীলা লোয়শিনবগী আরতি (মৈরা) কৎপগী থৌরমদা তারক্কদবনি। ময়াম পুন্না আরতিগী ঈশৈ শকমিন্নগনি। মসিগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

আরতি কৎচরি শ্রীরাধা গোবিন্দদা
শ্রীরূপমঞ্জুরিনা ঘীনা লুপ্লবা বর্তিনা
শ্রীচরনদা মরিরক য়েংজৈ,
থবাক্তা অনিরক য়েংজৈ
মায়থোঙ থম্বালদা অমুক কোয়না য়েংজৈ
হকচাং অপুম্বদা ৭লক য়েংজৈ,
শ্রীরাধাদা অসুম তৌনা য়েংজৈ॥
চামর থৌগল তৌজৈ সখীশিংনা
থাপনা লৈজদুনা দর্শন তৌজরি,
তোল্লবা নরতোমনা॥

মথক্তা পীজরিবা কুঞ্জরাস লীলাগী রাসক্রম অসিদগী ঙনখৎপা মতমদা লৈরম্বগী মওং-মতৌ অমা, হায়বদি রাস মথেলসিগী ঈশৈশিংসি মৈতৈলোন্দা হন্দোক্তুনা শকপা/শক্লবা অসি নত্তবা অমা পীবীরম্মী। হায়রিবসিগী থৌরম পরেংগী পরীংদু মখাদা উৎচরিঃ-

* রাসকী ক্রম মতুংইন্না অহানবদা নিপা পালা

* কুঞ্জ আরতি

* আরম্ভ (থৌরাং শেম-শাবা) - মথক্কীগা মান্নে।

* পুংগী রাগ মচা হৌরগা সূত্রধারীনা মৌরী রাগ (ময়ুরী রাগিনী) হৌদুনা মদুগী হৌনবী মূর্ত্তি ধ্যান (অবাহণ) তৌদুনা শকপা

* বৃন্দাবন বর্ণন অমা "তিনতাল মচা" দা শক্কনি। মদুদি -
"মরি কিয়ে অপরূপ মধুর", অসিনচিংবা

* (অ) গোবিন্দগীদা কৃষ্ণ অভিসার য়াওদে

* (আ) অতৈ নিংথৌ লাইশিংগীদি কৃষ্ণ শাবা য়াওবনিনা কৃষ্ণ অভিসার শক্কনি। মদুদি – "তবহি গমনকরু" হায়বসি শক্কনি।

* (ই) কুঞ্জ য়ৌরগা মুরুলী নাদ তৌগনি।

* মথংদা গোপী অভিসার লাক্কনি। ঈশৈদি - "বরজ কামিনী নবীন বালা" - হায়বসিনি। মসি দুইতাল, মাত্রা ৭ তা বিলম্বিতগী হৌরগা মধ্যলয়দা তারক্কনি।

* গোবিন্দগী নাক য়ৌরক্লবদা গোপীশিংনা খুরুম্লগা খুৎ লোন্নদুনা মখাগী প্রার্থনা অসি ছাড়াদা শক্কনি। মদুদি "প্রাণনাথ শুন শুন", অসিনচিংবা।

* মথংদা সূত্র (ধারী)না মখাগী ঈশৈ অসি শক্লুনা গোপীনা মণ্ডলী সাজন তৌদুনা লেংথোক্কনি (গোপী লেংথোকপা)। মদুদি "গোপীর করুণা শুনি শ্যাম ব্রজমনি"।

* মথংদা গোপীনা অহানবা পদ অমা হাননা লৌরগা সূত্রনা ওক্লুনা শক্লগা মদু গোপীনা অমুক খুমদুনা মখাগী ঈশৈশিং অসি ছন্দ হোংনা হোংনা মথং মথং দুইতাল, মেল, তানচপ অমসুং চালি তালদা শক্কনি, মদুদিঃ-

(১) দুইতাল, মাত্র ৭ — "সখী হে রাই কান্হু ..."

(২) মেল, মাত্রা ৭ — "রাসমণ্ডল মদ সখী ..."

(৩) তানচপ, মাত্রা ৭ — "ব্রজরাজকি নন্দণ রাস রসমে..."

(৪) চালি তিনতাল ৮

মেল মাত্রা — "রাধা কৃষ্ণ সুমাধুরী ..."

চালি শাবা লোয়রগা "অচৌবা ভঙ্গি পরেং" শাবা হৌগনি। মসিদদি সূত্রধারীনা ঈশৈ শক্কনি, গোপী য়াওরোয়, মখোয়দি জগোইদমক শাগনি। ঈশৈদি - "মৃদঙ্গ মুরুজ বাজে-তাতা থৈয়া" অসিনচিংবা। মসি থায়নগীনি, হৌজিক্তদি [মসি নিত্যরাসতসু ভঙ্গী অচৌবদা শক্লে]— "তা থৈয়া থৈয়া মৃদঙ্গ মধুর বাজে" অসিনচিংবা শীজিন্নরে।

*  ভঙ্গি শাবা লোয়রবদা খুল্লক্কীদি কৃষ্ণ নর্ত্তন তাগনি। কৃষ্ণ নর্ত্তনগী ঈশৈ মখল য়াম্মী, মদুগী মনুংদগী ওঝা ঝুলোনমচাগী অমা লৌখত্তুনা উৎলি। কৃষ্ণনা জগোই শারিঙৈদা গোপী পুম্নমক ফমদুনা সূত্রধারীগী ঈশৈ অওক-অথোম তৌনগনি। থায়নগী কৃষ্ণ নর্ত্তনগী জগোয় অরিবদি— "দ্রিমিকিটি দ্রিমিদা বাজেরে, অসিনচিংবনি। ওঝা ঝুলোনমচাগীনা— "যুবতী মনোহর ললিতা বিহার... অসিনচিংবনি।

*  মথংদা চারি তাল অমা য়ৈদুনা গোপী পুম্নমক জগোই শাবা

*  মথংদা রাধা নর্ত্তন

মতাং অসি ফাওবা খুল্লক্কা লৈবা নিংথৌ-লাইশিংগীনি। মথং তাবদি লোয়বা ফাওবা গোবিন্দগী ক্রমগা অদুম্মক চপ মান্নগনি।

*  মথংদা একতাল অরাওবা য়ৈরগা সূত্রধারীনা হনদুনা গোপীনা খুমদুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা জগোইনা মোত তৌগনি। ঈশৈদি- "নব নায়রী নব নায়র"... অসিনচিংবনি।

*  মথংদা তিনতাল মেল য়ৈদুনা চালি জগোই শাগনি ঈশৈদি- "হাসত মণি নূপুর..." অসিনচিংবনি।

*  মথংদা রাজ মেল তালদা মখাগী ঈশৈ অসি শক্তুনা জগোই মোৎ তৌগনি, মদুদি— শ্যাম নৃত্যতি গায়তি বাদয়তে... অসিনচিংবনি।

*  মথংদা তানচপ তালদা মখাগী অসি অমুক শক্কনি মদুদি- প্রফুল্লিত কুঞ্জে মধুকর গুনেঞ্জ, অসিনচিংবনি।

*  মথংদা মথক্কী- "শ্যাম নৃত্যতি গায়তি... "নচিংবা অদু অমুক হঞ্জিন্না শক্তুনা থাগনি।

*  মথংদা চালি শাদুনা রূপ প্রার্থনা শক্কনি, মদুদি-

শ্যাম রূপগো- অসিনচিংবনি।

*  মথংদা মেল তানচপ য়ৈদুনা খুত্তা লৈ পায়দুনা রাধা গোবিন্দদা লৈ হুঞ্জিন্দুনা পস্পাঞ্জলী কৎকনি, ঈশৈদি-

"এই পুষ্পাঞ্জলি যেমন বাঞ্জাপুরী"- অসিনচিংবনি।

*  মথং চালি অমুক শাদুনা প্রার্থনা শক্কনি। মদুদি-

"জয়রে জয়রে রাধা মাধব..., অসিনচিংবনি।

*  মথংদা ব্রাহ্মণ পূজারীনা শ্রীগোবিন্দগী আরতি কৎকনি। খুল্লক্কীনা ললিতানা কৎকনি। তিনতাল মেলদা তাল অহুম্লক থাদুনা সূত্রধারীনা হল্লগা গোপীনা খুমদুনা শক্কনি। মতম লৈত্রগা অমুক্তদা পুন্না শকমিন্নগনি। ঈশৈদি- "আরতি ব্রজরাজ নন্দ কুমার"... অসিনচিংবনি।

# (গ) বসন্তরাস

"বসন্তরাস" মণিপুরগী মণ্ডল রাসক/রাসগী অহুমশুবা মথেলনি। মসি, মমিং অসিগা ঈরোইনবা, মালেম নৌনা মালহৌরকপা, নাচোং-পাম্বাগী হরাউ-নুংঙাইবগী ঈথক-ঈরাংগী শক্তম পুবা কুম্মৈ লীলানি। বসন্তরাস লীলাসি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা খৃঃ ১৭৯৬ তা হৌদোক্কুনা কৎখি। হায়রিবা রাসলীলাসি ব্রহ্মবৈবর্ত্ত-পুরাণদা য়ূম্ফম ওইরগা মহাকবি জয়দেবগী "গীত গোবিন্দম" গী শরুক খর লৌখৎলগা শেম-শাবা অমসুং পদকল্পতরু, সঙ্গীত মাধব, রাস উল্লাস তন্ত্র, অসিনচিংবা লাইরিকশিং থাখল অমসুং থাখল্লোন্নচিংবা কায়দনবা শেম- শারগা শান্নবা রাসলীলানি। মমাঙগী মতমশিংদা রাসলীলাসিগী শ্রীগোবিন্দজীদা কৎপগী মতম খর থৈনরবসু মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদগীদি বসন্তরাসসি শ্রীগোবিন্দজীগী মাণ্ডবতা শজিবু (চৈত্র) থাগী পূর্ণিমা নুমিৎসিদা কৎলি। অদুগা শ্রীবিজয়নাথ গোবিন্দনচিংবা নিংথৌ লাইশিং অমসুং খুল্লক্কী দেবতাশিংগীদি কালেন থাগী পূর্ণিমা নুমিৎ ফাওবগী মনুংদা থা অমা চোম্বুনা কৎনৈ। অদুবু করি করিগুম্বদা ঈংঙা-ঈংঙেন থা ফাওবদা চোম্বুনা কৎনবসু য়াওনরকই।

হায়রিবা বসন্তরাসসিগী ময়াঙ ওইরিবা ঈচেলগী পরীংদি মণিপুরী বৈষ্ণব সম্প্রদায়না শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী বসন্ত ঋতুগী লীলাদা লৈরিবা ফাগুখেল (আবের তৈনদুনা শান্নবা অসি ফাইরেনগী মঙানি পানবা (পঞ্চমী) নুমিত্তগী হরাও-কুমৈসি হৌরগা লমতাগী পূর্ণিমা নুমিত্তা য়াওশঙ কুমৈ [দোল যাত্রা (রাধা-কৃষ্ণ দোল তোংবা), হোলিকাদাহ (হোলিকা মৈ-ঈকপা/মৈথাবা) অমসুং শ্রীগৌরাঙ্গ জন্মদিন দিবস (শ্রীগৌরাঙ্গগী মপোক নুমিৎকী নীঙশীং থৌরম)] পাংথোক্লগা পূর্ণিমা মতুং মঙানি কোনবা ফাওবদা ফাগুখেলসি লেপ্তুনা চথৈ। অদুনা বসন্তরাসসি ফাগুখেলসিগী ওইনা রাস মনুংদা আবেরখেল শান্নরগা মতুংদা চন্দ্রাবলী অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম সম্বন্ধগী মরম উৎলগা অনীসিগী প্রেম সম্বন্ধসিদা শ্রীমতি রাধিকানা খঙখিদুনা মান (চাওথোকচনা ওইনজবা) তৌখিবা, শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতিদা চঙজদুনা বাঁশী, চুড়া কৎতুনা থেম্বা অমসুং মহাকবি জয়দেবগী গীত গোবিন্দদা হকথেংননা য়ূম্ফম ওইদুনা– "স্মরগরল খণ্ডনং মম শিরশি মণ্ডলং দেহি পদপল্লব মুদারম" হায়বা শ্লোকসি থীদুনা থেম্বদগী শ্রীমতি রাধিকানা মান (ওইনবা) থাদোকখিবা অসিনি। মণিপুরগী মণ্ডলরাসকী মথেলসিগী মহাও অসি শ্রীমতি রাধিকাগী মান অসিদা লৈবসিনা অতৈ মণিপুরী রাসকী মখল-মথেলশিংদগী হেন্না রস চেলহল্লিবা, মহাও লৈহল্লিবনি। হায়রিবা বসন্ত বাসসিগী থৌরম পরেংগী পরীং নৎত্রগা ক্রমদি মখাদা উৎচরিবসিনিঃ

(১) পূর্ব্বরঙ্গ = মথক্কী মহারাসকীগা মান্নে।

(২) আরম্ভ = মথক্কী মহারাসকীগা মান্নে।

(৩) শ্রীগোবিন্দগী অমসুং শ্রীমতি রাসেশ্বরী খুরুম্বা লোয়রগা রাসধারী নৎত্রগা মহুৎ শিনবা পূংয়েবনা পূংগী রাগ মচা হৌরগা সূত্রধারীনা "ললিত" রাগ (হৌজিক্কী চৎনবীদা) হৌগনি অদুবু শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মনদি "তোড়ী বসন্তা রাগ" হৌদুনা রাগসিগী বাহনচিংবা শক্তনি হায়না পীবীরম্মী [স:শ:, ১৯৬৫, ১৬০]।

(৪) বৃন্দাবন বর্ণন = মথংদা সূত্রধারীনা কানুরা রাগ (কানড়া রাগিনী) দা মাত্রা ৮ গী তানচপ তালদা বৃন্দাবনগী নীঙথি'-ফজবা শৈথাদুনা শক্তদবনি। শক্তদবা ঈশৈ ময়েক্তুদিঃ

নীঙথীজৈদা শ্রীবৃন্দাবন অসে
যাতী যুতী লৈ পুম্বা মকা ফন্না শাৎলিবসে॥
পূক্লীং হুনা ফজৈদকো বৃন্দাবন॥
চন্দ্রশেখরনা হায়জৈ, বৃন্দাবনগী গুণ,
অহিং নুংথিলদা শান্নে রাধা শ্যামনা॥

(৫) বৈষ্ণব বর্ণন = বৃন্দাবন বর্ণন লোয়রগা সূত্রধারীনা রাসকী ভাবোক ওইবীরিবা বৈষ্ণবশিংগী মফমদা খুরুম-খাজঙজবগা লোয়ননা মখোয়গী মতিক-মগুণ শৈথাজদুনা চঙজবগী ব্রারোল পীদুনা শৈশকচগনি। মসিগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ

শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেম রসবু চুপ্তুনা
অহিং নুংথিল লেনবীরিবা।
পুকচেল তপ্পবা বৈষ্ণবকী খুয়া খাদা খুরুমজরি॥
ননাই ঐদি তোল্লবা করিসু খঙজদবনি
শ্রীরাধা গোবিন্দগী লীলাগী গুণ
শকচ-শোঞ্জবনা মহেল্লে হায়বা,
বৈষ্ণবকী মুখ (চীন) দগী তাজদুনা
তোল্লবা ঐনা ঙসি
বসন্ত রাস থৌগঞ্জবা অসিদা,
অশোয়-অরান পূম্বা ঙাকপীদুনা
শ্রীরাধা গোবিন্দগী লীলানি, গুণনি হায়না
হংসা শ্রুতা ওইবীদুনা তাবীয়ু॥
ননাই তোল্লবনা হন্না হন্না বৈষ্ণবকী চরণদা খুরুমজৈ॥

(৬) রাসগী শৈহৌঃ সূত্রধারীনা ঈশৈনা শ্রীকৃষ্ণনা কুঞ্জবন্দা চৎনবগী খৌরাং লাংবগী মওং-মতৌদু শৈথাদুনা শক্কনি। শক্কদবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ

অহিং খেঙলক্লবদা
শ্রীকৃষ্ণনা শয্যাদগী লেঙখৎলগা
মীনিল তাদ্রবদা শিঙ্গার মন্দিরদা লেঙশিন্দুনা
রাসদা থোনবা ফিজোল থোল্লগা
শন্ন মোহিনী বাঁশীকাবু হৌরদুনা
লোননা মন্দিরদগী তপ্না তপ্না লেঙথোক্লক্লে।

(৭) কৃষ্ণ অভিসারঃ শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমিক-প্রেমিকাগী উন্নফমদা লেঙলকপগী মওং-মতৌসিগী লংলা-লংজীন পীদুনা সূত্রধারীনা ঈশৈ শক্কনি, শক্কদবা ময়েক্তিঃ

মপৃং ফানা ঙাল্লবা অহিংদা শ্রীকৃষ্ণনা বনগী লম্বীদা,
লেঙলক্লে মোহন বাঁশী পায়দুনা॥
কোক্তা থোল্লি মোহন চূডা, বনমালি থোল্লি ঙকশমদা
থাবু ঙমজনা ফজবা মায়থোঙ থাদা
মণিনা থাম্বা কুণ্ডল নাইন্না নীঙথিরে, করিগা পান্দমসিগে!
য়ৌরক্লে শঙ্কেত কুঞ্জবনদা
শঙ্কেত কুঞ্জবনদা লেঙশিল্লক্লে কুঞ্জদা শ্রীকৃষ্ণনা,
মায়কৈ তরাদা কোয়না য়েংলকই, কনাসু উদরে।
শিবরামনা হায়জে, লাক্লনি ইবেম্মা শোয়দনা॥

(৮) লংলা-লংজিনঃ সূত্রধারীনা শ্রীকৃষ্ণনা বাঁশী খোংদুনা ব্রজগোপীশিংবু কৌবগী লংলা-লংজীন পীদুনা শৈশক্কনি। ঈশৈ ময়েক্তিঃ

শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা ইবেম্মা উদ্রবদা
পূক্নীং ব্রাদুনা বাঁশী খোংলকই,
"রাধা রাধা", হায়না পঞ্চম সুরদা।

(৯) হায়রিবসিগীমখা তারকপদা সূত্রধারীগী নাক্তা ফল্লিবা বাদ্যকলাকারশিংগী মরক্তগী বাঁশী খোংবনা হায়রিবা পঞ্চম সুরসিদা বাঁশী খোংগদবনি।

(১০) বাঁশী খোংবা লোয়খিবগা সূত্রধারীনা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীগী খোঞ্জেল ব্রজগোপীশিংনা তাবা অমসুং শ্রীমতি রাধিকানা সখীশিংগা ঙাঙন-শক্রবগী রাক্‌ম ফোংদোক্লুনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ

ইবুংঙোগী বাঁশীগী খোঞ্জেল তাবদা
ইবেম্মনা হায়রকই সখীশিংদা

(১১) রাধিকা উক্তিঃ শ্রীমতি রাধিকানা সখিশিংদা হায়বা ৱাহৈশিংসি সূত্রধারীনা শৈরেং ওইনা খীদুনা নৎত্রগা ঈশৈ ওইনা শক্লুনা বৈষ্ণব ভাবোকশিংদা লংলা-লংঙীন পীগনি অদুবু অকোনবগীসিনা হেন্না চৎনৈ। ঈশৈ ময়েক্তিঃ

ইতা চান্নবী ! প্রাননাথনা খোংলক্রে বাঁশী।
করি উপায় তৌসিগে, হায়য়ুনে ললিতা !
ঐগী পুক্লীং অসি ফাবা ঙমদরে,
গুরুজনগী অকিবগী খৌরীনা
পুনশ্রবী রাধা ঐনি, মপোক অসি তোল্লিদা।।
প্রাননাথগী নীংবা থুংনা সেবা ফংজবা ঙমদেদকো
রাধা ঐনা করি পাপ তৌখিবনো।।

(১২) ললিতা উক্তিঃ রাধাগী ৱাহৈ তারগা ললিতা সখিনা হায়রকপা ৱাহৈশিং সূত্রধারীনা ঈশৈ ওইনা শক্লুনা ফোঙদোক্কনি। ৱাহৈশিংদুদিঃ

ইবেম্মা ! ৱাবীগনু ঐ অমুক্তা য়েংজরুগে,
গুরুজন তূমশ্রবরা য়েংজরুগে।।
মী পুম্নমক লোয়না তূমগ্রে, ইবেম্মা ;
খ্বাঙচেৎ নমখাঙ থোনবীরো, লেঙ্ললসি।।

(১৩) মথংদা সূত্রধারীনা শ্রীমতি রাধিকাগী সখীশিংনা ইবেম্মগীদমক্তা লাঙলিবা থৌরাংগী মরমদা শৈথাদুনা ঈশৈ শক্কনি। হায়রিবসিগী ময়েক্তিঃ

সখীশিংনা ইবেম্মবু ফিজোল থোনবা হৌরে,
রাসদা থোনবদা মতীক চাবা,
খ্বাঙচেৎ নমখাং থোনবা লোইরদুনা
মতম ঙাইরি গোপীশিংনা
শ্রীকৃষ্ণদা কৎনবা পোৎ পায়দুনা ঙাইবা উবদা,

ইবেম্মনা ওয়গী স্বরদা, মাধব মাধব শোন্দুনা
লেঙখোল্লক্লে তপ্না তপ্না, নোপুর মখোল হৌহন্দনা॥

(১৪) গোপী অভিসাবঃ মথংদা শ্রীমতি রাধিকানা গোপীশিংগা লোইননা প্রেমিক-প্রেমিকাগী উনফমদা লেঙলকপগী থৌওং-থৌদৌদু শৈথাদুনা সূত্রধারীনা শৈশক্কনি, ঈশৈময়েক্তিঃ-

লাক্লে শ্রীরাধা ঈবেম্মা সখীশিংনা থৌগল্লদুনা।
মীনা খঙখি-উখিনি খন্দুনা, তপ্না তপ্না খোঙ থাংদুনা
থাবলনা ফবনে, বননা নীঙথিজবনে,
হৈনম লৈনম্মা নুংশিবনে
শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমনা হেন্না হেন্না চাক্লক্লে (ঈথক হৌরক্লে)।
পৃক্লীংদদি কন্না চৎনীং
আভোরন্নদি লূমবনা কন্না চৎপদি ঙমজদা॥

ঈশৈসি "আয়ে আওল রায়" হায়বসিগী ছন্দদা শক্কদবনি। মথক্কী মতাংসি য়ৌরকপদা তাল অসি মাত্রা ৬ না শাবা মেনকুপ্তা ওল্লগা মখা তানা শকথগদবা ময়েক্তিঃ

ইবেম্মগী অঙ্গ গন্ধ ফংবদা
খোইমু মপৈ পাইশিল্লকপা উবদা
মনাই অচানবী সখীনা চামোর হূমদুনা তাহোকচরি॥
থব্রানমিচাক্কী মরক্তা থানা ঙাননা থোকপগুম
রাধানা সখীশিংগী ময়ায়দা ঙাননা লেঙলক্লে।
শঙ্কেত কুঞ্জ য়ৌরকপদা শ্রীগোবিন্দবু উজবদা
ঈবেম্মদা নুংঙাইরবা প্রেমগী ঈথক-ঈপোম হৌরক্লে।

(১৫) শ্রীকৃষ্ণ উক্তিঃ শ্রীমতি রাধিকানচিংবী ব্রজগোপীশিংনা শঙ্কেত কুঞ্জদা থুংলরবদা শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়বু তরাম্না ওকপগী ব্রাহৈ হায়রকপদু সূত্রধারীনা ঈশৈ ওইনা শক্কুনা লীলাদুগী পরীংগী লংলা-লংজীন পীগদবনি, মদুগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ

লেঙশিনবীরকউ, লেঙশিনবীরকউ !
ঐগী থব্রায়দগী হেন্না নুংশিবীশা !
নুপী পুষ্পগী অথোইবা লৈতেং ওইবী শ্রীবৃন্দাবন্না ফজরে।
বসন্ত ঋতুসু ওইরক্লে, হৈ-লৈ পুষ্পসু য়েন্নীং হুল্লে।

পুক্কীংসু ঈনৌ নৌরে, থাবন্নসু মপূং ফানা ঙাল্লে,
নুংঙাইনা রাস শান্নসি।

(১৬) গোপী উক্তিঃ শ্রীকৃষ্ণগী তরাম্না ওকপগী ৱাহৈশিংসি তারগা শ্রীমতি রাধিকানচিংবী গোপীশিংনা মখোয়গী পামজবা পুক্কীংগী ৱাফম ফোঙদোকচবদু সূত্রধারীনা ঈশৈনা ফোঙদোক্কনি। মসিগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ

শ্রীনন্দ মহারাজগী মচা ঈবুংঙো !
যশোদা রানীগী থৱায় ওইবা,
ব্রজ বৃন্দাবনগী মপু, গোপী ঐখোয়গী থৱায়গী(সু) মপু
চঙজরি শ্রীচরন্দা
ননাই ঐখোয়না পামজবসু তাকপীরিবা অদুতনি॥

(১৭) মতাংসিদা সূত্রধারীনা শ্রীবাধা কৃষ্ণ অনীদা ব্রজগোপীশিংনা ঙাইহাক থৌগল ফংজবগী ৱাফম্মু শৈথাদুনা ঈশৈনা লীলা পরীংগী ৱারী-ৱাখোঙ তাক্কনি। মসিদা শক্কদবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ

কুঞ্জবনগী মনুংদা সনাগী সিংহাসন্দা
শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীনা লেঙলকপগী অৱা পোখাদুনা,
য়েৎ-ওয় কায়দনা ফম্লবদা, বৃন্দানচিংবী সখীশিংনা
মাগী মাগী সেবা তৌজরি॥

(১৮) গোপী লেঙথোকপাঃ মথং তারকপদা সূত্রধারীনা রাস লীলা শান্নবগী থৌরাং শেম-শারকপগী মওং-মতৌগী লংলা-লংজীন পীদুনা ঈশৈদা শৈথাদুনা শক্কনি। শৈশক্কদবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ

শ্রীকৃষ্ণগী ইঙ্গিৎ ফংলদুনা
বৃন্দা দেবীনা মাগী সখীশিংদা য়াথং পীদুনা
রাস শান্নবগী থৌরাং লোইখরে॥
সখীশিংনা মানা মানা পায়গদবা যন্ত্র (শিং)
সুর শেম্বা লোইখ্রে।
শ্রীকৃষ্ণদা বৃন্দানা হঙ্গত্তুনা
শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী খূৎ য়েত্তা ওয়গী খূৎনা পায়দুনা
গোপীশিংগা লেঙথোক্লক্লে
পরেং পরেং চানা লেংদুনা॥

(১৯) রাসকী থৌরাং (গোপী রাগ)ঃ মথং তারকপদা সূত্রধারীনা গোপীশিংগী থম্মোইদা ফাওবা নুংশি-নুংঙোনগী বাখল্লোন ফোঙদোক্তুনা গোপী রাগগী লংলা-লংজিন পীদুনা ঈশৈনা শৈথাগনি। ময়েক্তিঃ

শ্রীরাসমণ্ডল ময়ায়দা
শ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরী অনীনা লেঙশিল্লে,
গোপী পূম্বনা ইবেম্মা ইবুংঙোবু কোয়খরে,
গোপী ময়াম্মা রাগ হৌরক্লে॥

(২০) গোপী রাগঃ- গোপীশিংগী থম্মোইনুংগী ঈথক-ঈপোমসি ফোঙদোক্লবা সূত্রধারীনা বসন্ত রাগ হৌদুনা শেল্লকনি। মসিদা শীজিন্নরিবা ঈশৈ-ময়েক্তুদিঃ-

চুর্তাঙ্কুরনৈব কৃতা বতংস বিঘুর্ণ মানারুন নেত্র পদ্ম।
নিলম্বর কাঞ্চণচারু দেহা বসন্তা রাগঃ প্রেমদা শহায়॥

(২১) বৃন্দাবন বর্ণনঃ- মথংদা বৃন্দাবনগী ফজবগী মরমদা শৈথাদুনা ব্রজগোপীশিংনা, মরু ওইনা ললিতা নংত্রগা মকোকচীংবীনা শৈরেং ওইনা থীগনি, শৈরেং থীগদবা শ্লোক অদুদিঃ-

শ্রীবৃন্দাবনগী লৈ-শু পূম্বা ঈনৌ নৌরে,
লৈ পূম্বা নীংথিনা শাৎলে॥
লৈনমগা তিন্নবা নুংশিংনা তগ্না শীৎলি,
ময়াই কানা খোইমুশিংনা পাইরি॥

(২২) শৈরেংসি থিরবা মতুংদা গোপীশিংনা অমসুং সূত্রধারীনা বসন্ত রাগদা মাত্রা ৭ না শাবা তিনতাল মচাগী তালদা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা বৃন্দাবনবু শৈথাদুনা শক্লনিঃ-

মধু ঋতুগী অহিংদা,
শ্রীবৃন্দাবনদা শান্নরি রাধা শ্যামনা,
থাবলনসু ঙাল্লে, লৈ পূম্বসু শাৎলে,
গোপীশিংগা লোয়ননা শান্নরি বনমালিনা,
অথুপ্পা রসকা লোয়ননা শান্নরি বনমালিনা॥

(২৩) মখা চত্থরকপদা শৈশক্কুগী তাল ওনগনি, মাত্রা ৮ না শাবা মেল ভূষনা তালদা মখাগী ঈশৈ ময়েকসি শক্কনিঃ-

ললিতা বিশাখানা চিংদুনা শারি জগোই
লৈনা লৈনা নৌনা থেকনা থেকনা
জগোই শারি, রাধা শ্যামগা লোইননা॥
যাতি মাল্লিকা যুতী লৈ পুষ্পা নীঙথিনা শাৎলি,
কোকিলসু খোংলি নুংশিনা॥

(২৪) মখা চত্থরকপদা গোপীশিংনা জগোই শারিবদুগা লোইননা সূত্রধারীনা মাত্রা ৮ না শাবা তানচপ তালদা ঈশৈ মখা লৌথদুনা শক্কনি। ঈশৈদুগী ময়েক্তিঃ-

ঋতু রাজ বসন্তগী অহিংদা,
থাবলনা নীঙথিনা ঙানবা বনদা,
শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিমক্লা,
সখীশিংগা লোইননা শারি জগোই।
নুংশি নুংশিনা শক্লি ঈশৈ,
নুংঙাইনা তাজে বিদ্যাপতিনা॥

(২৫) মথং তারকপদা সূত্রধারীনা তাল ওন্দুনা মাত্রা ৮ গী চালি তালদা মখাগী ঈশৈ ময়েকসি শৈশক্কনিঃ-

য়েংঙুনে, য়েংঙুনে, ইতা ! করম্নবু খাঙসিগেনে,
নুংশিনা য়েংলকপা মিৎয়েংসে।
য়েংঙুরে, হুখরে পৃক্লীং, য়েংদরে চাকলেনে থৱায়॥
প্রেমগী মৈনা চাক্লে চাক্লে !
করি উপায় তৌসিগেনে।

(২৬) মখা চত্থরকপদা সূত্রধারীনা তালগী ফিভম ওন্দুনা মাত্রা ৮ গী অথুবা চালি তালদা ওন্দুনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসি শৈশক্কনিঃ-

অসুপ ফজবসে করম্নবু শেমখিবনো !
য়েংঙু য়েংঙুবদা অৱাৎপবু লৈতেনে।
বিধাতা ব্রহ্মানা চঙখোন্না শেম্মীদকো॥

(২৭) মথং তারকপদা অমুক সূত্রধারীনা মাত্রা ১৪ গী চারি তালদা তাল ওন্দুনা গোপীশিংগা লোয়ননা শারিবা রাধাকৃষ্ণগী জগোইগী ফজবা শৈথাদুনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

কালিন্দী মনাক্তা নুংঙাইরবা বন-বনদা
শ্রীরাধা মাধবনা গোপীশিংগা শান্নরি।
যাতি যুতী লৈশিংগী লৈনম্মা তীল্লবা নুংশিৎনা
তপ্না তপ্না শীৎলি।
হৈনৌ পাম্বীদা তোংদুনা নুংশিনা
কোকিলনা কুহূ-কুহূ হায়না খোংলি ফজনা।
খোইমুনা লৈনা লৈনা পাইরক্লে
শাৎলিবা লৈ তমনা ঙংদুনা
থাবলনসু ওাল্লবা, লৈনম্মা শীল্লবা মফমদা শান্নরি॥

(২৮) ভঙ্গি পরেংঃ- গোপীশিংনা রাধা-কৃষ্ণগা লোয়ননা অচৌবা ভঙ্গি পবেংগী জগোই শাগনি। তাল-মাত্রা ১৪ না শাবা চারিতাল পূংনা য়ৈবগা সূত্রধারীনা নাচত নগরী নাগর সঙ্গেগী ছন্দদা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কনি ঃ-

জগোই শারি কৃষ্ণনা ব্রজগোপীশিংগা,
জগোই শারি গোপীশিংগা কৃষ্ণগা লোইনদুনা।
নুংঙাইবগী মখৈ লৈতে, নুংঙাইনরি॥
যন্ত্র ময়াম য়ৈরক্লে, তাল থারি, খুবাক খুরি।
ঈতাশা ! নীঙথিজরে, যমুনানা কোয়রিবা বননি।
শান্নরিনে, ঈতাশা !
কুঞ্জবনগী যুবরাজগা লোইননা জগোই শারি শ্রীরাধানা ইতাশা !
রাসমণ্ডলীগী ময়ায়দা জগোই শারি রাধা শ্যামনা,
গোপীগী ময়ায়দা ঙাম্ভোইরি শৃঙ্গার রসরাজ মূর্ত্তিনা।
খুৎকী খোঙগী জগোই শারি,
জগোই খোঙলৈ লৈরকপদা বেনী চুড়া য়েৎশিন্নরে।
বেনীনা চিংলকপদা
মোহন' চুড়া চেপ্না চেপ্না খাঙলে,
লৈনা লৈনা থেক্লা থেক্লা শারকপদা॥

(২৯) ভঙ্গি পরেংগী মখা চখুরকপদা তালদা মাত্রা ৬ শাবা মেনকুপ তালদা ওন্থরগা সূত্রধারীনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসি শক্তুনা শৈথাগনিঃ

কিংকিনীনা ঙংনা ঙংনা কিনি হায়রি,
কিংকিনীনা নীল্লি।
নোপুরনা রুনু ঋনু ঋনুরু ঋনুরু হায়না ঙংলি।
থবানমিচাক ময়াম্না থাবু কোয়বগুম্না
রাধা শ্যামবু গোপীশিংনা কোয়রি।
পূর্ণিমা থাজসে থোকপা ঈকাইরে,
লোংখরে অমুবা থাবু উবদা।
রাধা শ্যামগী জগোই কন্নানা হেল্লি,
হায়য়ু, হায়য়ু ইতাশা !
অনৌবা নোংগী মরক্তা শান্নরি থাজনা,
কয়াদা ফজরিবনো।
হায়নীংঙাই লৈতে ইতাশা শ্রীরাধা কৃষ্ণসে,
ফজবা মান্নেনে, মান্নেনে।
হায়বা ঙল্লোয়, ঐদি ঙমজরোয়,
অমবু অমনা করিসু হেন্দেনে।
অশংবা মণিবু ঙমজে পদ্মরাগ মণিবু ঙমজে।
তোমান্দা সনাগী উরীনা য়েৎপগুল্লে।

(৩০) মতাংসিদা সূত্রধারীনা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনীগী জগোইবু ব্রজগোপীশিংনা শৈথাদুনা থাগৎলিবদুদগী হেন্না মগুণ হেনগৎহন্নবা লৈতেং হাপ্তুনা শৈথাবগী মওং-মতৌগী শৈশক হাপকদবনি। মদুগী ঈশৈ-ময়েক্তিঃ-

বিমান্দা তোংদুনা কুন্দো য়েংলিবা লাইশিংনা
লৈগী নোংবু চুহল্লি, ওন্থোক্লা নীঙথিজরি,
ওন্থোক্লা নীঙথিরে, নীঙথিরে॥

(৩১) মখা চখুরকপদা রাধা কৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়নননা শারিবা জগোইদুগী তাল, মাত্রা ৮ না শাবা তানচপতা ওন্দুনা শারবদা সূত্রধারীনা জগোইদুগী ফজবা মওং-মতৌগী মরমদা শৈথাদুনা লংলা-লংজীন পীগদবনি। মদুগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

গোপীগা লোয়ননা ইবেম্মা রাধানা
নুংঙাইরবা অহিংদা শান্নে।
নীংথিরবী বৃন্দাবনদা নৈরাং ময়াম শাৎলি
রাসমণ্ডলগী ময়ায়দা জগোই শারি– নটরাজনা॥

(৩২) মসিগী মথংদা তাল মাত্রা ৬ কী মেনকুপ তালদা ওল্লগা রাধাকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোইননা জগোই শাগনি। সূত্রধারীনা তালদুগা চান্নবা মেলদা জগোইগী নীংথিবা শৈথাদুনা শৈশক্কদবনি। মদুদা শক্কদবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

চামরনা ঈকাইদুনা লোৎখরে বনদা,
শ্যামগী নীঙথিবা উবদা চেনখরে লাপ্না।
নীঙথিদা ফজৈদা শ্রীশ্রীগোবিন্দসে,
নীঙথিরে, ফজরে, ঙাম্ব্রোইরে কুঞ্জদা॥

(৩৩) মথংদা ভঙ্গি পরেং শাবা লোইশিনবগী সূত্রধারীনা ভঙ্গি পরেং শাবা লোইরে হায়বদুগী লংলা-লংজীন পীদুনা শৈশক্কদবনি। শৈশকসিদা মাত্রা ৮ না শাবা তানচপ তালদা ওল্লগা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কদবনিঃ-

অনঙ্গ মঞ্জুরীনা শক্লি জগোইগী ঈশৈ,
রাসলীলা হায়বসে রসনা তিল্লি।
থাগৎচরি, থাগৎচরি নরহরি কবিনা॥

(৩৪) ললিতা নর্তুণঃ- মখা চথরকপদা ললিতা শাবী নৎত্রগা মকোক চিংবীনা জগোই শানা শানা ঈশৈ শক্কনি নৎত্রগা মহাক্লা জগোই শারগা সূত্রধারীনা ঈশৈ শক্কদবনি। ঈশৈদুগী রাগ ওইনীংবা অমা ওইবা য়াই। শক্কদবা ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

তাবীয়ু ঈবুংঙো ননাইনা হায়জবা
গোপী ঐখোয়না য়েংজগে নুংঙাইনা
মণ্ডলী ময়ায়দা শাবীয়ু জগোই।
চোংনা ফননা শাবদা
চরন্দা থোল্লিবা নোপুরবু মখোল হৌহনবীগনু।
ঙল্লবদি ইবেম্মা রাধাসে ইবুংঙোদা কৎচগে,
রাধাদা নত্তনা গোপী ঐখোয় পুষ্পসু ননাই ওইজগে।
ঙমদরবদি ঐখোয়না চূড়া বাঁশী লৌজগে
বৃন্দাবননা শাক্ষী ওইনসি॥

(৩৫) শ্রীকৃষ্ণ নর্ত্তণঃ- মথংদা শ্রীকৃষ্ণনা জগোই শাগনি নংত্রগা শাবগী মওং-মতৌসি ফোঙদোক্নুনা সূত্রধারীনা 'শ্রবণ কুণ্ডল' হায়বসিগী ছন্দদা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

নীঙথিনা শারক্কে কৃষ্ণচন্দ্রনা
গোপীনা নীঙবা থুংহনগে হায়না
বিশাখানা পুং য়ৈরে, জগোই' তাল য়েংদুনা
তালসু থারক্কে গোপী খরনা যন্ত্র ময়ামসু খোংলক্কে
শ্যামগী জগোই চানা খোংলে
সুর চানা খোংলক্কে ॥

(৩৬) মখা চখরকপদা সূত্রধারীনা মহাক্কী ঈশৈদু "নাচত নাত্তিনী" গী ছন্দদা ওন্দুনা মখাগী ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

"তা তাৎতা খিৎতা থেন থেন থেন-তা"
হায়না য়ৈরি যন্ত্রসু নীংথিনা
খোংলি জগোইগা চাননা গোপীশিং ময়াম্মা শক্লক্কে।
রাগ রাগিনী' কৃষ্ণগী গুণবু থাদুনা নুংশিবা সুরদা
খোঙ থুনা থাংবদা নোপুরগী মখোন্না
শুমহৎলে গোপী পুম্না শ্রীকৃষ্ণগী জগোইনা ॥

(৩৭) শ্রীকৃষ্ণগী পুংলোন জগোইঃ- মথংদা শ্রীকৃষ্ণগী জগোইসি পুংলোন অমসুং ঈশৈনা ফোংদোক্নুনা তাক্কনি। সূত্রধারীনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা তাল-মেল চানা "নৃতত্তি মধুর মৃদুহাসি" হায়বসিগী ছঞ্জদা শৈশক্কদবনিঃ-

শারক্কে নীঙথিনা, মোমোন নোকনা,
গোপীগী পুক্নীংবু থুংনবা,
শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা জগোই শারক্কে, ফজবা শাথেক থেকনা,
চোংলদুনা উরু-রু-রু-রু-রু নৈনা নৈনা,
তালগা লোয়ননা শারি, ফজনা জগোই শারি।
চরণনা থাংবদা সনাগী
নোপুরনে খোঙজী শরীকনে
কিনী কিনী কিনী, শরীক্কী মখোন্না নুংশিনা ঙংলি।
শ্যামগী নীঙথিজবা জগোই উবদা পেল্লে গোপীশিং ॥

(৩৮) মখা চখরকপদা সূত্রধারীনা মাত্রা ৮ না শাবা চালি তালদা "শ্যাম

রূপ'' হায়বসিগী ছন্দদা মখাগী ঈশৈ-ময়েকসিদা শৈশক্কুনা শ্রীকৃষ্ণ নর্ত্তণ লোয়শিনবগী লংজীন পীগনিঃ-

নীঙথিজৈদকো নীঙথিজৈ শ্রীগোবিন্দগী জগোইসে।
হায়য়ু, হায়য়ু ঈতাশা ! করিগবু পান্দমসিগে !
ঐগী থব্বায় মঙাসে কৎলগে শ্রীচরণদা,
কৎচরিবা থব্বায়সে শ্রীচরণদা লৈজগে ঈবুংঙো !
ঈশৈ অসি শকচরি তোল্লবা ভাগ্যচন্দ্রনা॥

(৩৯) রাধা নর্ত্তনঃ- মথংদা শ্রীমতি রাধিকানা জগোই শাবগী মওং-মতৌ উৎকনি। সূত্রধারীনা ''নচত রাধা বিধুমুখি'' হায়বসিগী শৈশক্তা মাত্রা ৬ কী মেনকুপ অরাওবদা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

শ্রীরাধা রানীনা তপ্পা তপ্পা
শারি নীংথিজনা শ্যামগী পেন্নবা
শ্রীগোবিন্দনা তাল চানা খোংলি
কিনী কিনী নোপুরনা নুংশিনা ঙংলি।
নীঙথিবা খিবিক্কা তীল্লিদকো
খন্দোকনিঙঙাই লৈতে জগোই অসে॥

(৪০) মখা চত্থরকপদা জগোই-ঈশৈগী তালসি অথুবা মেনকুপ মাত্রা ৬ না শাবদা ওনগনি অমসুং সূত্রধারীনা অপাম্বা রাগ অমদা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

তালগা চাননা খোঙ থাংলকপদা খম্বাংচাকপু ঙমজবী;
থেক্কা নৌনা চৎলকপদা ব্বাহোংনা জগোই শা'গুম্বী,
কুণ্ডল নাইননা হাইবদা লিন অমুববু হেল্লিবী,
জগৎকী নুপী পুম্নগী কোকথক্কী মণি ওইরিবী।

(৪১) শ্রীরাধাগী পূংলোন-জগোইঃ- মথংদা শ্রীমতি রাধিকাগী পূংলোন জগোই তাগনি। পূংগা ঈশৈগা চানহন্দুনা সূত্রধারীনা ''শ্রীরাস মণ্ডল মাঙঝ'' হায়বসিগী ছন্দদা শ্রীমতিগী জগোইগী ফজববু শৈথাদুনা মখাগী ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

রাস মণ্ডল' ময়ায়দা শারি শ্রীরাধানা জগোই,
শ্রীকৃষ্ণনা তাল থারি, বিশাখানা য়ৈরি পূংলোন নীংথিনা,

থাজবু গুমজবী মিৎ-তা, ফজবী শাথেক্লা পূক্লীং হুরিনে।
নোয়না নোয়না চৎলি তালগী মথক্তা
খ্বাঙগী শরীক্লা ঝিং ঝিং হায়না লাউরি।
লৈনা থেক্লা জগোই শাবদা নীঙথিরে॥
খোঙদা নোপুরসু ঝন ঝন ঙংনা নীঙথিরে
পৃংলোন' মতুং ইন্দুনা লৈনা লৈনা শারি।
ফমনা থেক্লা শারক্লে শ্যামগী পূক্লীং থুংননবা,
কৃষ্ণদবু নীংজবী, কৃষ্ণগীদমক্তা খঞ্জবী,
অব্বাববু খঙদনা শারি জগোই নীংথিনা॥

(৪২) মতাংসিদা জগোই-ঈশৈগী তালগী খোঙজেন চালি তাল অতপ্পদা ওইগদবনি। অদুগা ঈশৈগী ছন্দসু ওন্দুনা সূত্রধারীনা— ''অধর সুরঙ্গিনী'' হায়বসিগী ছন্দদা শ্রীমতি রাধিকাবু শৈথাদুনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কদবনিঃ-

মায়থোংনা থাবু হেল্লিবী, ফজব' মপৈনা তীল্লিবী,
শ্রীরাধা রাণীনা শ্যামবু নুংঙাইহন্নীঙবী,
কৃষ্ণগীদমক্তা খঞ্জরিবীনি।
মতম পুম্নমক' নীঙজবীনি অহিং নুংথিল তত্তনা,
কৃষ্ণগী পেন্নবা শারি জগোই॥

(৪৩) মতাংসিদা অমুক জগোই ঈশৈগী তালগী খোঙজেন ওনগনি। চালি তাল তিনতাল মাত্রা ৮ গী অরৈবীদা ওল্লবদা সূত্রধারীনা ''বিল পাবি বাদিনী'' হায়বসিগী ছন্দদা মখাগী ময়েকসিদা রাধা নর্ত্তন লোয়শিল্লকপবু পাউতাক্কনিঃ-

থাগৎচরি শ্রীরাধে!
জগৎকী মনুংদা লৈতে।
রতি রসদা পূক্লীং চঙবী রাধে, শ্রীরাধে ফজৈ ফজৈ,
কৃষ্ণগী চরণদা পূক্লীং -হকচাং কৎচরিবী শ্রীরাধাবু
থাগৎচবা ঈশৈসি শকচরি দামদবরঘুনাথনা॥

(৪৪) অবির খেলঃ- মখা চথরকপদা সূত্রধারীনা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অমসুং ব্রজগোপীশিংগী অবির খেল হৌগদৌরে, হায়বগী লংলা লংজীন পীদুনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

মতম খঙবী বৃন্দানা
মাগী সখীশিংদা অবির পুরকউ য়াম্না,
অগর চন্দন, আতর গুলাবজল মহীগা
পেচকারীগা পুরকউ।

(৪৫) মতাংসিদা ঈশৈগী ছন্দসি "সুখে রাধা শ্যাম" হায়বসিগীদা ওন্দুনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসি অমুক শক্লনিঃ-

লেঙথোক্লক্লে রাধা শ্যাম গোপীশিংগা তিন্নুনা নিধুবনদা,
ব্রজগোপীশিং ময়াম মীচঙ মীচঙ খায়নরগা চাইনরক্লে,
রাধা শ্যাম অনীনা কন্না চাইনৈ, অবিরনা পৃমঙাঙ ঙাঙনৈ
শকখঙনদরে পৃমঙাঙ ঙাঙম্রে॥
শ্রীরাধানা চাইরি অবির,
মোমোন নোক্না চাইরি শ্রীগোবিন্দদা॥

(৪৬) মতাংসিদা জগোই-ঈশৈগী তালসি মাত্রা ৬ কী মেনকুপতা ওন্দুনা সূত্রধারীনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসি "রশিক নগর কলা" হায়বসিগী ছন্দদা শৈশক্লুনা রাধা-কৃষ্ণগী অবির খেলবু শৈথাগনিঃ-

হৈ-শীংবা কৃষ্ণনা রাধাবু ফাদুনা হন্না হন্না চাইরে অবির,
খুবাম থননা পায়রগা শ্রীরাধাগী মায়থোঙদা চাইরে কন্না
খাঙবা ঙমদরদুনা মায়দা ফি কুপ্লগা খাঙজরি
লেপ্লীখো ঈবুংঙো থাদোকপীয়ু অবির
নুপী অশোনবীবু ব্রাহল্লগা নুংঙাইব্রা?
করিনো রাধাবু অসুপ নুংশিবীদবগে মাধব!
ইবুংঙোদি কললি নুপানিনা
ঐখোয়গী ইবেম্মদি অশোনবী নুপী তোল্লবীনি॥

(৪৭) মখা চশ্বরকপদা অথুবা চালি তালদা জগোই ঈশৈগী তাল ওন্দুনা সূত্রধারীনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসি শক্লুনা রাধা-কৃষ্ণ অবির খেলদা নুংঙাইরিবা মতৌদু শৈথাদুনা লংলা-লংজীন পীরিঃ-

শ্যামগী ফঙবা পুকচেল উবদা
গোপীশিংনা কোয়শিন্দুনা চাইরক্লে অবির,

থৎলো থৎলো হায়না গোপী ময়াম্না
কন্না চাইশিল্লক্লে কৃষ্ণগী মায়খোঙদা।
গোপী পূম্বনা অমত্তা ওইখিব(দু) উবদা
কৃষ্ণ(না) চেনগে নীংবা পূক্লীংবু,
কৃষ্ণগী পূক্লীং খঙবী রাধানা,
ইঙ্গিৎ তৌদুনা ফারে গোপীনা॥

(৪৮) মখা তারকপদা জগোই ঈশৈগী তাম্বা চানচপ তালদা ওল্লক্লগা সূত্রধারীনা "কুথা জাও হে কালা" হায়বসিগী ছন্দনা গোপীশিংনা কৃষ্ণবু লঙনদুনা চৈবগী ৱারোন্দা লৈরিবা ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

করম্না চেনগনি হায়য়ু ? রাধাগী মনাইনি ঐখোয়,
খঙদবরা মাধব করিগী খঙদে।
রাধাগী মমাঙদা লেপ্পা ঙমলোয়,
ঋালীগী য়ূমদা মাখন হূবদা হৈবদনি,
লানফমদদি খঙঙোয়
জাতিগী শনশেনবদো চৎলো বনদা শনশেল্লু।
ঙসিদি লমন খুমগনি, চেনগনু;
মাধব করিগী চেনগে তৌরি !
ঈকাইদ্রা করিগী চেনগে তৌরি !
যমুনাদা ঐখোয়গী ফি হূবদো
অদুগী লমন ঙসি খুমগনি॥

(৪৯) মখা চন্দ্ররকপদা জগোই-ঈশৈগী অথুবা চালি তালদা ওল্লগনি অদুগা সূত্রধারীনা "সকল সঙ্গিনী মেলী দেয়ত নাগর" হায়বা শৈশক্কী ছন্দদা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

গোপী পূম্নমক্লা চাইরক্লে কৃষ্ণদা
জয় ওইরে, জয় ওইরে শ্রীরাধা রাণীনা,
কন্না কন্না লাউদুনা চাইরে অবির য়াম্না।
গোপীশিংনা য়াম্না কননা চাইবদা
কৃষ্ণ খাঙবা ঙমদদুনা
কোইনা কোইনা চেন্না খাঙলি॥

(৫০) মখা তারকপা অবির খেলগী পরীংদা জগোই-ঈশৈগী তাল, মাত্রা ৬না শাবা মেনকুপ অতপ্পদা ওল্লক্কুনা সূত্রধারীনা "সুনো বন্ধু গোপীনী কান্ত" হায়বসিগী সুরদুদা মখাগী ঈশৈ-ময়েকসি শক্কুনা অবির খেলগী মওং-মতৌ শৈথাগনিঃ

তাবীয়ু ইবুংঙো ! গোপী থব্বায় রাধাগী মপু !
চেনবীরনু, চেনবীরনু, ঈবুংঙোগী অব্বাববু উবদা
য়েংবা ঙমদরে ঐখোয়না,
নীঙথিনা সেবা তৌজগে ঐখোয়না
নীঙবা থুংনবা সেবা তৌজগে।
ফিজিনা তৈথোকচৈ ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণবু,
মতম খঙবী সখীশিংনা
নীঙথিবা চামর তপ্পা তপ্পা,
থৌগনবু তৌজরি পূক্নীং নুংঙাইনা॥

(৫১) মথংদা জগোই-ঈশৈ তাল অদু অতপ্পা চালিগী তালদা হোংলগা সূত্রধারীনা মখা চত্থরকপা লীলাগী পরীংগী লংলা লংজীন পীদুনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা "সুখে বিহরঈ শ্রীরাধা মাধব" হায়বসিগী ছন্দদা শৈশক্কনিঃ

নুংঙাইনা শান্নরে শ্রীরাধা মাধবনা (নীঙথিরবা বনদা)
নিধুবনগী লৈ-শু পূম্বা পূমঙাঙ ঙাঙলে॥

(৫২) সূত্র গানঃ- মখা চত্থরকপদা সূত্রধারীনা রাসলীলাগী পরীংদা ওল্লক্কদৌরিবা ভাব অমসুং রাসকী মশক খঙহন্নবা মহাক্লা অপাম্বা রাগ রাগিনী অমদা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক-শৈথাগনিঃ-

কনাগুম্বী সখীগী কাঞ্চলিকা শ্রীকৃষ্ণনা লৌথোকই,
গোপী অমদা মূখ চুম্বন তৌই,
গোপী অমবুনা কোনশিন্দুনা শান্নে
চন্দ্রাবলীবু খুৎ পায়দুনা
শ্রীকৃষ্ণনা চিংথোক্লগা জগোই শামিন্নে।

(৫৩) হায়রিবা ঈশৈসিগী চত্থরকপা ওইনা জগোই ঈশৈগী তাল ওল্লগা সূত্রধারীনা হান্নগী রাগদুদা মখাগী ময়েকশিংসি শৈশক্কনিঃ-

মাধব চন্দ্রাবলী শারি জগোই

থেক্লা থেক্লা মোমোন নোক্লা নোক্লা।
ঝাহোং লাবগী তুংদা
ঝাহোং অমোম্না ইন্দুনা চৎপগুম্না॥

মখা তারকপদা জগোই-ঈশৈগী তালসি মেনকুপ্তা হোংলগা সূত্রধারীনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা কৃষ্ণ-চন্দ্রা অনীগী জগোইগী মওং-মতৌবু থাদুনা শৈশক্কদবনিঃ-

তালগী মথক্তা নেৎনা নেৎনা
থাংলকপা খোঙথাংনা নীংথিরে।
খম্নাংচাক অনীনা চৎপগুম
শ্যামচন্দ্রা অনীগী খোঙচৎনা
পূক্নীং হুনা ফজরে
যন্ত্র পুম্বা সুর চানা খোংলে,
তাল চানা পুংসু য়ৈরি,
গোপীনসু নুংশিনা ঈশৈ শক্লি
চন্দ্রাবলীগা কৃষ্ণগা অনীগী জগোইনা
গোপী ময়ামবু শুমহৎলে।

(৫৫)চন্দ্রবলীগী ঈশৈঃ- মথংদা চন্দ্রবলীনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ঙমজবা সেবা তৌজবগী ঝাখল ফোঙদোকপা ঈশৈ অমা চন্দ্রাবলী শাবী মশানা নৎত্রগা সূত্রধারীনা শক্তুনা তাহনগনি। মসিগী ঈশৈ ময়েক্তিঃ-

লৌবীয়ু ঈবুংঙো ননাইনা কৎচবা,
লৈ-পরেং অসি থোঞ্জগে।
কর্পূরনচিংবনা তপচবা পানা অসি হাবীয়ু,
তোল্লবী চন্দ্রাবলীবু চরণ সেবা ফংহনবীয়ু॥

(৫৬) মতাং অসিদা সূত্রধারীনা রাধানচিংবী গোপীশিংনা শ্রীরাধাগী মমাঙদা গোপী পূম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা অথুপ্পা রসবু মপান থোকনা শান্নবা, চন্দ্রাবলীগা লোয়ননা জগোই শাবা উবদা শ্রীকৃষ্ণনা চন্দ্রাবলীদা তৌবা মতৌ পুম্বা উদুনা শাওদুনা রাধানা সখীশিংদা হায়রকপা ঝাফমসিগী লংলা-লংঙীন পীদুনা সূত্রধারীনা শ্লোক ওইনা থীদুনা সূত্রধারীগী উক্তি অমা পীবা য়াই। অদুগী মতৌদু শ্রীমতি রাধিকাগী ঝাহৈশিং শৈরেং ওইনা থীদুনা হায়গনিঃ-

য়েংঙু, ললিতা বিশাখা !
চন্দ্রাবলীগা জগোই শামিন্নরগা
পানা ইনবীরি, লৈ পরেং হুকপীরি।
উদরা নখোয়, পাপ চেনবা ঐগী মিংনা
করম্মা উররবনো, চংলসি ঐ উজনীংদে॥

(৫৭) মখা তারকপদা সূত্রধারীনা শ্রীমতি রাধিকাগী মানগী মশক তাক্লুনা লীলাগী মখা চত্থরকপগী লংলা-লংজীন শৈরেং ওইনা মখাগী ৱাহৈশিংসি খীদুনা ফোঙদোক্লনিঃ-

শ্রীকৃষ্ণনা গোপী পুম্নমক্তা ভেদা-ভেদী খায়দনা অমত্তা ওইনা শান্নবা উবদা শ্রীরাধা রানীনা শাওদুনা রাস শান্নফম থাদোক্লুনা ললিতা বিশাখাগা লোয়ননা লেঙখরে। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধানা লেঙখিবা উবদা ৱারদুনা কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা থিরকই।

(৫৮) মথংদা শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী অৱাবা ফোঙদোক্লুনা শোঞ্জবা ৱাহৈশিংসি সূত্রধারীনা শৈরেং খীবা ওইনা মখাগী ৱাফমসি হায়গনিঃ-
অৱাবনিদা ! করম তৌনি, করি উপায় তৌসিবা !
শান্নবগী ময়ায়না ঙাওখিদুনা ঐনা রাধাবু থৌওইরুদ্রে,
শাওদুনা চংখ্রে রাধানা
ঐনা করি নুংঙাইনি, রাধানা ঐগী থৱায়নি
রাধা লৈতবা মফমদা লৈদুনা করি কান্নগনি !

(৫৯) মতাংসিদা সূত্রধারীনা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতি রাধিকাবু থিরকপগী মওং-মতৌদু মখাগী ৱাহৈশিংসিদা ঈশৈ ওইনা শক্লুনা ফোঙদোক্লনিঃ-
শ্রীরাধাবু থিরক্লি উ-নচিংবদা হংলকই,
তেনৱাদা হংলকই, কপ্লদুনা শ্রীকৃষ্ণনা
কোয়না কোয়না চত্তুনা থিবদা
ফংদ্রদুনা তেংথাদুনা কপ্লকই।

(৬০) মখা চত্থরকপদা শ্রীকৃষ্ণগী তেংথা-নাউওইবগী ৱাফমসি সূত্রধারীনা নংত্রগা কৃষ্ণ শাবা মশানা শৈরেং ওইনা থীগদবনিঃ-
ঐদি মাঙলে, মাঙলে, করি উপায় তৌসিবা !
ঐনা লানখিবনা শাওদুনা চংখরে।
হে উ-শা ! নখোয়বু শ্রীরাধানা চংখিবা উহৌব্রা ?

হে তেনবা ! নখোয়না করিগুম্বা শ্রীরাধানা চৎখিবা উবরনে
ঐগী থবায় ওইবী অদুনা ঐবু হুন্দোকপীদুনা চৎপ্রেনে॥

(৬১) মখা তারকপদা সূত্রধারীনা শ্রীকৃষ্ণগী বারিবা ফিভমদু শৈথাদুনা ঈশৈনা রাসলীলাদুগী লংলা-লংজীন মখাগী ঈশৈ ময়েকসিনা পীগনিঃ-

অসুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা কপ্লদুনা লৈরিঙৈদা,
সখী অনী লাকপা উবদা শ্রীকৃষ্ণনা,
সখী অনীদুদা নুংশিবা বাহৈনা হংলকই,
প্রাণ সখীশা ! নখোয় নখোয়না কদায়দগী লাকপনো !
ঐগী থবায় ওইবী নিংথৌগী মচানুপী
রাধা কদাইদা লৈহৌবগে?
ঐগী থবায় অসি মিকুপ অমত্তা
মাবু উদনা লৈবা ঙমদরেনে
অমুক্তা নখোয় অনীনা
ঐগী চাক্লবা থবায় অসি কনবীয়ুনে॥

(৬২) সখী উক্তিঃ- শ্রীকৃষ্ণগী বাহৈসিদা সখীশিংনা খুন্নকপা পাউখুমদু সখী মশানা (মরু ওইনা মকোক চিংবীনা) নৎত্রগা সূত্রধারীনা শৈরেং ওইনা নৎত্রগা ঈশৈনা মখাগী ঈশৈ-ময়েকসিদা পাউখুম ওইনা পীগনিঃ-

হে ঈবুংঙো ! নহাক অসে
নুপী ওইবী পুম্বগী মপুনিনা
লমচৎ ফজদবা মপান থোক্লা তৌবা অদু
ইবেম্মনা উদুনা য়াম্না শাওনা
কুঞ্জ অসিদা লৈহৌই॥

(৬৩) কৃষ্ণ উক্তিঃ- মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী মরাল য়াজদুনা সখীশিংদুদা শ্রীমতি রাধিকাগী মফমদা চঙজ-নোঞ্জবগী বাফম পুথোক্লুনা পাউদম্বীরুনবা হায়বগী বাহৈশিং সূত্রধারীনা মখাগী ঈশৈ-ময়েকসিদা শৈশক্লু না হায়জগনিঃ-

ঐনা হায়জরিবা অসি তাবীয়ু,
য়াম্না কিনা হায়জরকই, হায়বীগদবনি,
ঐ (কৃষ্ণ) অমুক হন্না অসিগুম্বা তৌজররোয়॥
ঐনা ব্রাশক্লুনা হায়জরি॥

(৬৪) মখা চশ্বরকপদা সূত্রধারীনা লীলাগী লংলা-লংজীন পীদুনা মখাগী ঈশৈ ময়েকসিদা শৈশক্কদবনিঃ-

সখীগা লোয়নদুনা লেঙলক্নে
শ্রীরাধানা লৈবা কুঞ্জদা।
সখী অনীনা কুঞ্জ মনুংদা চঙখি,
মপান্দা শ্রীকৃষ্ণনা সখীগী ইঙ্গিৎ য়েংদুনা লৈহৌই॥

(৬৫) সখী-উক্তিঃ- মথংদা সখী অনীনা শ্রীকৃষ্ণগী অৱাবা মতৌদু শ্রীমতি রাধিকাদা তমদুনা শ্রীমতি অশাওবা নেমথবীনবা মখাগী ময়েকশিংসিদা শক্কনিঃ-

ইবেম্মা অমুক্তা তাবীয়ু !
শ্রীকৃষ্ণদো য়াম্না ৱানা লৈহৌই,
ইবেম্মগী নাম রাধা রাধা শোন্দুনা,
কপ্প-কপ্পদুনা লৈহৌই।
ইবেম্মগা কৃষ্ণগা নুংঙাইনা লৈমিন্নবদো,
ঐখোয়না হেন্না নুংঙাইজবনি,
থাদোকপীয়ু অশাওবা॥

(৬৬) শ্রীমতি রাধিকা উক্তিঃ- সখীশিংগী ৱাহৈদুগী পাউখুম ওইনা শাওদুনা লৈরিবী শ্রীমতিনা হায়খিবা ৱাফমশিংসি রাধা শাবীনা নৎত্রগা সূত্রধারীনা শৈরেং ওইনা খীদুনা নৎত্রগা ঈশৈ ওইনা শক্কুনা হায়গনি। মদুগী ৱাহৈশিংদিঃ-

ইতাশা ! কৃষ্ণগী ৱা অদু হায়বীরনু।
নন্দগী মচা কৃষ্ণদো মী পূম্নমক্কী মপুনি,
ঐনা নীংজৰুবা অসি লাললে।
ঐনা নীংবনা ঐগী ইবুংঙোনি
হায়না নীংজবদি ঙসিদা খঙজরে।
কৃষ্ণগী ৱা হায়বীরনু,
অৱাবগী মথক্তা হেন্না ৱাননবনি।

(৬৭) সূত্রঃ- মতাংসিদা সূত্রধারীনা রাসলীলাগী ৱারী-ৱাখোঙ শমজিন্নবা লংলা লংজীন পীবা ওইনা মখাগী ময়েকসিদা শৈশক্কনিঃ-

সখীগী ইঙ্গিৎ ফংদুনা

শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা শ্রীরাধাগী মাঙদা
খুকউ খুদক কুন্দুনা
নুংশিবা ব্রাহৈনা হায়জরি

(৬৮) শ্রীকৃষ্ণ উক্তিঃ- শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমতি রাধিকাগী মান অসিবু নেমথহন্নবা মখাগী ব্রাহৈশিংসি সূত্রধারীনা নৎত্রগা শ্রীকৃষ্ণ শাবা মশানা শৈরেং ওইনা থীদুনা নৎত্রগা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা হায়জগনিঃ-

নিংথৌগী মচাইবেম্মা অমুক্তা ঙাকপীয়ু
ইবেম্মগী অশাওবা থাদোকপীয়ু
ইবেম্মগী চরণদা ঐনা নীজরি, ঐগী ফিগাও অসিদা
ইবেম্মগী অশাওবা অদু নীজরি।
ঐবু থীনা চৈবীয়ু।
ইবেম্মনা ব্রা ঙাঙলকপদা ইবেম্মগী নীঙথিরবা য়াতোনগী মঙাল্লা
ঐগী অকিবগী অমম্বা অসি কোকচগে।।

(৬৯) শ্রীরাধিকা উক্তিঃ- শ্রীকৃষ্ণগী হায়জ'ব্রাহৈদা শ্রীমতি রাধিকানা নুপী ওইবীগী খুমফম থোকপা পাউখুম পীরকপদু রাধা শাবীনা নৎত্রগা সূত্রধারীনা শৈরেং ওইনা নৎত্রগা ঈশৈ ওইনা মখাগী অসুম্না খুন্নকখিঃ-

ইবুংঙো, লেঙবীরো !
ননাইশিং ইবুংঙোনা য়াম্না নুংশিবীবশিং অদুনা ঙাইরম্লগনি,
ননাইশিংগা নীংবা থুংনা শান্নবীরু নুংঙাইনা।।

(৭০) শ্রীকৃষ্ণ উক্তিঃ- শ্রীমতিগী ব্রাহৈসিদা শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী মরাল য়াজদুনা ঙাকপীনবা হায়জবগী মখাগী ব্রাহৈশিং সূত্রধারীনা নৎত্রগা শ্রীকৃষ্ণ শারিবা মশানা ঈশৈ ওইনা নৎত্রগা শৈরেং থীবা ওইনা হায়গনিঃ-

ইবেম্মা হন্দকমুক্তদি ঙাকপীয়ু,
ঐ মতুংদা খক তৌজররোয়।
ইবেম্মগী মাঙদা ব্রাশক্তুনা হায়জরিবসিনি,
বৃন্দাবননা শাক্ষি ওইসনু, ঐবু তাম্হোকপীগনু, ঐবু
মতিক চাবা দণ্ড তৌবীয়ু।
ইবেম্মগী অশাওবা' মিৎয়েংনা তেন ওইদুনা থাবীয়ু,

ইবেম্মগী পাম্বোম অনীনা অকনবা থৌরী ওইদুনা ঐবু পুনবীয়ু।
অদুনসু পেন্দ্রগা ইবেম্মগী য়ানসু চীকপীয়ু।

(৭১) শ্রীরাধা উক্তিঃ- শ্রীকৃষ্ণগী ৱাহৈসিদা ওইন' চাওবীগী ওইনবনা হেল্লবী শ্রীমতিনা মশাগী মপোক্তা তাইনদুনা খুল্লকপা পাউখুমসিসু সূত্রধারীনা নৎত্রগা রাধিকা শারিবীনা ঈশৈ ওইনা নৎত্রগা ৱাহৈনা থীদুনা ফোঙদোক্কনি। মদুগী ময়েক্তিঃ-

হে যমগী মচন যমুনা ! নঙোন্দা চঙজরি,
তোল্লবী রাধা ঐনা মীগী নীংববু থুগাইবা
মফম খুদিংদা মীগী কাদা য়েৎপা
ব্রজ বৃন্দাবন অসিদা ৱাথোক চাওবী ওইবা
রাধা ঐগী থৱায় অসি লৌবীয়ু
নঙোন্দা চোংথরগা শিজরগে॥

(৭২) শ্রীকৃষ্ণ উক্তিঃ- শ্রীমতিগী ৱাফমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা অথূপ্পা পরম-প্রকৃতিবু শক্তোক্কু না খুল্লকপা মখাগী ৱাহৈশিংসি শ্রীকৃষ্ণ শাবা মশামক্রা নৎত্রগা সূত্রধারীনা শৈরেং ওইনা নৎত্রগা ঈশৈ ওইনা শক্কুনা ফোঙদোক্কনিঃ-

মাঙলে, মাঙলে ইবেম্মা, ঐনা খুরুমজরি
অমুক্তদি ঙাকপীয়ু,
নঙগী চৰণ অনীদুনা
ঐগী কোকতা অমুক্তা হাপ্পীয়ু !
ঐনা খুরুমজবা অসি অমুক্তদি লৌবীয়ু॥

(৭৩) সখী উক্তিঃ- শ্রীকৃষ্ণগী ৱাহৈসিদা পরম পুরুষ, পরম প্রকৃতিগী শকখঙলবী সখীশিংনা (মকোক চিংবীনা) হায়রকপা মখাগী ৱাহৈশিংসি সূত্রধারীনা নৎত্রগা মকোক চিংবীনা শৈরেং ওইনা থীদুনা নৎত্রগা ঈশৈ ওইনা শক্কুনা অনীগী চান্নবগী ইঙ্গিৎ উৎকদবনিঃ-

ইবুংঙো ঙাকপীয়ু !
অরানবা খিবিক ঙাকপীয়ু।
নুংশিবগী মৈনা চাক্লদুনা ঙাওরবনা
তৌহৈ, তৌহৈদবা খঙদবনা তৌবা
অরানববু ঙাকপীয়ু।

ব্রজ নিংথৌগী মচানি, ব্রজগী অৱাববু ঙাকপীবনি।
মরোল অহুমদা মান্নবা লৈতবনি,
ঐখোয়না হায়বা ইনবীয়ু॥
রাধে ! ইবুংঙোবু শাওহনবীগনু
অৱানবা পৃশ্না ঙাকপীয়ু, লেঙখৎপীয়ু॥

(৭৪) মখা তারকপদা সূত্রধারীনা শান্নরিবা লীলাগী পরীংদা রাধা কৃষ্ণ অনীনা অমুক হন্না চান্নরকপগী লংলা-লংজীন উত্তুনা মখাগী ময়েকশিং ঈশৈ ওইনা শক্কনিঃ-

সখীশিংনা হায়বা তারদুনা শ্রীরাধাসু শাওবা ফরদুনা
শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী অশাওবা মিৎয়েং লৈতবা উরদুনা
কুঞ্জ মনুংদা লেঙশিনখি।
সখীশিংনা ইবেম্মবুসু কুঞ্জ মনুংদা লেঙশিনহনখি॥
মতম খঙবী সখীশিংনা সেবা চঙবা হৌরক্লে,
ইবেম্মা ঈবুংঙোনা খ্বাঙচেৎ-নমখাঙ থোনস্রবা তুংদা
অচানবী সখীশিংনা ঈশিংনচিংবা সেবা তৌজখি।
কনাগুম্বী সখীনা পান্না খুদপ কৎখি,
কনাগুম্বী সখী অনীনা চামর থৌগল তৌজরি
কনাগুম্বী সখীনা লৈ পরেং থোনজম্লে
অচানবী সখী অনীনা শ্রীচরণবু থৌগল ফংজরে॥
কবি শেখরনা অসিগুম্বা সেবাবু
কৈদৌঙৈদা ফংগবা আশা তৌজরি।
জয় ওইরে কুঞ্জ মনুং শ্রীরাধা মাধব অনীনা॥
শ্রীনন্দের নন্দন ভানু কেশরী
নোংগা নোংথাঙগগুম ফজরে
অনীগী চরণদা লৈ খুজোক অসিগা
পঞ্চপ্রাণ মঙাগা লোয়ননা শ্রীচরণ অনিদা কৎচরি।
মপোক মপোক খুদিংদা ননাই ওইবা পীনবীয়ু।
লৈ খুজোকসিনা ঐখোয়না নীংবা থুংজগে
কৎচরি অনিগী চরণদা মপোক মপোক খুদিংগী
চরণ সেবা ফংহনবীয়ু ননাই ঐখোয়বু।

জয় ওইরে গোবিন্দনা
শ্যামগা লোইননা নুংঙাইজরে, কুঞ্জবন অসিদা

(৭৫) আরতি কৎপাঃ- ব্রাহ্মণনা নৎত্রগা ললিতানা শ্রীগোবিন্দ অমসুং শ্রীমতি রাসেশ্বরীগী আরতি কৎচগনি অমসুং সূত্রধারীনা আরতিগী ঈশৈ শক্কনি। ময়াম পূন্না শকমিন্নবসু য়াই, ঈশৈ ময়েক্কুদিঃ-

আরতি কৎচরি শ্রীরাধাগোবিন্দ ললিতা সখীনা
শ্রীচরণদা মরিরক য়েংজৈ
থবাক্তা অনিরক য়েংজৈ
মায়থোঙ থম্বালদা অমুক কোয়না য়েংজৈ
হকচাং অপূম্বদা তরেৎলক য়েংজৈ
শ্রীরাধাদা অসুম তৌনা য়েংজৈ
চামর থৌগল তৌজৈ সখীশিংনা।।

মথক্তা পীজরিবা বসন্ত রাসসিগী ক্রমসি অসিগী লমদাংসি নত্তনা পীবীরম্বা রাস ক্রম খরসু মখাদা লৈজরি। মখোয়গী মনুংদগী শ্রীগুরুময়ুম ৺সুরচান্দ শর্ম্মনা পীবিরম্বদু মখাদা সূত্রধারীনা পাঙথোকপা মথৌ মঙমদুগা লোয়ননা উৎচরিঃ

## (ক) গোবিন্দগী বসন্তরাস ক্রম

নিপা পালা লোইরগা হৌনবী মতুংইন্না মথং মথং তারক্কুনা রাস শান্নগনি (পুংয়ৈবা অমসুং সূত্রনচিংবগী অহানবা তৌবা মওঙ অদুদি মহারাসক্রম তাকপদা টীকা ওইনা উৎখ্রে)। মদুগী মথং মনাউদিঃ-

* পূংগী রাগ লোইরবদা সূত্র শকপীনা "তৌড়ী বসন্ত" রাগ শক্লগা মাগী অবাহননচিংবা শকপা লোয়বগা বৃন্দাবন বর্ণনগা কোন্নবা অতেনবা ঈশৈ মচা অমনা ছাড়াদা কৃষ্ণ অভিসার শক্কনি।

* মথংদা গোপী অভিসার শক্কনি- "বরজ কামিনী নবীন বালা" নচিংবা। ঈশৈ অসি দুইতাল, ৭ মাত্রা বিলম্বিতনা হৌরগা মধ্যলয়দা তারক্কনি।

* অসুম্না গোপীশিংনা লাক্কুনা শ্রীগোবিন্দগী নাক য়ৌরক্লবদা খুরুম্লগা খূৎ লোন্নদুনা ফম্লগা প্রার্থনা অমা শক্কনি, মদুদি- "জয় জয় নন্দ নন্দন" হায়বনচিংবা। গোবিন্দনা নোংপোক ওন্না লেঙশিনবনা গোপীনা মৈরম পাংবদগী অরাং ওন্না ফমদুনা প্রার্থনা তৌগদবনি।

* মথংদা সূত্রনা মণ্ডলী সাজনগী ঈশৈ শক্কুনা গোপীশিংনা পরেং লেংথোক্কনি। ঈশৈদি- ''গোপীর করুনা শুনি শ্যাম ব্রজমনি'' নচিংবা।

* মথংদা গোপীনা রূপ বর্ণন অমা ছাড়াদা শক্কনি, মদুদি- ''মেঘপুঞ্জ নন্দিবর্ণ'' নচিংবা॥

* মসি লোইরগা গোপীনা- ''শিশির রাগ'' আলাপ তৌদুনা শক্কনি, অবাহন য়াওদে।

* মথংদা অদুস্মক দুইতাল, ৭ মাত্রাদা ঈশৈ শক্কুনা জগোই শাগনি, মদুদি- ''নৃত্যতি হরি', অসিনচিংবা।

* মথংদা সূত্র গোপী অনীমক্তা অওক-অথোম তৌনদুনা তানচপ তালদা মখাগী অসি অমুক শক্কনি, মদুদিঃ-

''কচ্ছপিকভিসুত্র মৃদঙ্গে ধনুপদমুদয়তি নব নব'' (খুল্লক্কীদি তানচপ অসি মেলগী মখাদা লাকই)।

* মথংদনা মখাগী ঈশৈ অসি দুইতাল, ৭ মাত্রদা গোপীনা হাননা লৌরগা সূত্রনা শক্কনি। মসিগী তাল অসিদা ''চালি অফৈবী'' শাই হায়দুনা ''মেল অফৈবী'' সু কৌনৈ। ঈশৈ- ''আও তরে ঋতুরাজ বসন্ত'' অসিনচিংবা।

* মথংদা মখাগী অসি তানচপ, ৪ মাত্রদা সূত্রনা শক্কগা গোপীনা খুমদুনা শক্কনি, মদুদি ''রাস রাসেশ্বরী রাজতে রাধা'' অসিনচিংবা। চালী অরৈবীনা হৌরগা চালীনা লোইগনি, মদুদি- ''শ্যামল কোমল দিব্য শরীর'' অসিনচিংবা।

* মসি লোইরগা সূত্রগা বাঁশীগনা গোপী য়াওদনা ঈশৈ (রাজমেল, ৭ মাত্রা) শক্কগা গোপীনা ''ভঙ্গী অচৌবা জগোই শারগনি। ঈশৈদি- ''মৃদঙ্গ মুরুজ বাজে- তাতা থৈয়া'' অসিনচিংবা। মসি থায়নগীনি, (মসি নিত্যরাসতসু ভঙ্গী অচৌবা শাবদা শক্রে), হৌজিক্তদি ''তা থৈয়া থৈয়া মৃদঙ্গ মধুর বাজে'' অসিনচিংবা শীজিন্নখ্রে।

* মথংদা কৃষ্ণ নর্ত্তন, কৃষ্ণরূপ বর্ণননচিংবগী ঈশৈ অহুমখক থায়না শক্করম্বা ওইনা কোর্কেক্তা ইদুনা য়াওরি, মদুদিঃ

১) নৃত্যতি হরিরিহ মোহণরাসে....
২) জয় রাধামাধব কেলি বিলাসং....
৩) হের হের প্রাণ সখি নৃত্যতি মুরুলীধারী....

অহুমসিমক হৌজিক্তি শীজিন্নখিদ্রে, মরমদি কৃষ্ণ শাবা য়াওবদগী মতম শাংদোকমনখিগদবসু লৈদুনা হাপখিদবা ওইগনি খল্লি। অসুম্না থাদোকখিবদগী হৌজিক্তি

ঈশৈশিং অসি সুর ছন্দ খঙখিদ্রে। অহুমসিগী মহুত্তা হৌজিক্তি সূত্র অমসুং গোপীনা চাল্নী তালদা রূপ অমা শক্লরে, মদুদি- ''শ্যামরূপ গো.....'' অসিনচিংবা।

* মথংদা দুইতাল, ৭ মাত্রাদা রাধা নর্ত্তনগী ঈশৈ শক্কনি। সূত্রনা হল্লগা গোপীনা খুমগনি, মদুদি- ''চন্দ্রবদনী নৃত্যতি মন মোহিনী....'' অসিনচিংবা।

* ঈশৈ অসিদা গোপীনা ঈশৈ খুমনা খুমনা ফাগুখেল তাগনি। গোপীশিংনা ওয়গী খৃৎনা অবির দোনা পায়রগা য়েৎনা জগোই শাগনি [নিংথৌগী মচানুপী নৎত্রগা মহারানীনা মকোক চিংলবদি লুপাগী শেন্নাক (চাইশেন) মচা অমদা অবির হাপ্তুনা পায়নৈ]। মখাগী ঈশৈসি দুইতাল, ৭ মাত্রদা শক্কনি, মদুদি- ''দেখত রঙ্গ দুহুক সঙ্গ'' অসিনচিংবা।

* অসুম্না জগোই শারম্লদগী মখাদা উৎলিবা মতাং মতাংশিং অসিদা তোংঙান তোংঙানবা মোত তৌদুনা শ্রীরাধাগোবিন্দদা অবির থৌগল তৌগনি। মদুদিঃ-

১) উবে অবির ভরি গুলাল ''মসিনা হৌবা ঈশৈ শকপদা গোপীনা মাঙদা খোঙফম অসুম চঙশিল্লগা খুকউ লৈতাদুনা নীংগাঙননা ফম্লগা অবিব অহুম্লক রাধা গোবিন্দদা চাইশিনগনি। মসিদা খৃৎ লোংথোক্লুনা চরণদা তাননবা চাইগদবনি।

২) ''গগন লাল কল্ল-তাল লাল লালরি সঙ্গিয়া''- মসিদা লেপ্তুনা মথক্তা চাইখৎনগনি।

৩) ''ন্যার ন্যারী প্যার প্যারী মারত পিচকারীয়া''- গোপী অনী অনী লৈনদুনা জগোই শামিন্নগনি।

৪) ''নাচে গোয়ালী বহু পসারি- '' লোংলৈ লৈদুনা পাম্বোম থাঙ্গত্তুনা জগোই সাগনি।

৫) ''কোকিল নাদ ভ্রমর শব্দ''- মসিদসু নং ৪ গা মান্নগনি।

৬) ''দিনহুলাল বৈষ্ণবদাস'' - মসিদা লেপ্লা লেপ্লা রাধাগোবিন্দদা খুৎ থিন্দুনা মোত তৌগনি, খুজেং মতেক লৈরগা খোঙফম অহুম চঙশিন্দুনা নং ১ দা তৌখিবগুম ফমদুনা মমৈগী ঈশৈ- ''মাগত চরণ ধূলিয়া''- হায়বদা অবির অমুক চাইগনি।

* মথংদা মখাগী ঈশৈশিং অসি সূত্রনা হল্লগা গোপীনা খুমদুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা হান্নগুম মোত তৌগনি, মদুদিঃ-

১) ''ভব পিচকরী পিয়া মৃখমারি''- পিচকারী কাপ্লগী মোত তৌগনি।

২) ''কেহু কেহু মাবে বদন নেহারি''- অবির চাইশিনগনি।

৩) ''বৃন্দাবন তরুলতা শারি শুক....'' গোপী পুন্নমক মকোক

চিংখীগা মথং চৎপীগনা মকোক অমমম চিংদুনা পরেং অনী থোক্লগা খামম্ভাও চক্লুনা অবির চাইগনি।

* মথংদা গীত গোবিন্দগী ১ম সর্গগী শ্লোক ৪৬, ৪৭ হায়বদি "শ্লিষ্যতি কামপিনা" হৌরগা "বিত নোতু শুভানি যশস্যম" হায়বা অদু ফাওবা সূত্রনা শক্লগা গোপীনা খুমগনি। মসিদা চালী অরৈবী শাগনি। চন্দ্রাবলী খিবনি।

* মথংদা চালী শারগা চন্দ্রাবলী নর্তন তাগনি, ঈশৈদি- "দেখ চন্দ্রাবলী সঙ্গে বনমালী"- নচিংবা গোপী পুম্নমক্না ফমদুনা লৈরগা চন্দ্রাবলীনা জগোই সাগনি।

* মথংদা সূত্রনা মখাগী অসি শক্লনি, চন্দ্রাগী জগোইদি অদুম্মক শাগনি, মদুদি- "শত কোতি গোপী সঙ্গে" অসিনচিংবা।

* মথংদা রাধানা শাওদুনা চৎখিবগী বর্ণন ওইনা সূত্রনা ছাড়াদা খীগনি, মদুদি - "সাধারণ প্রেম দেখি সর্ব্বত্র সমতা" অসিনচিংবা।

* মথংদা কৃষ্ণনা রাধা থিবগী ঈশৈ অসিসু সূত্রনা ছাড়াদা শক্লনি, মদুদি- "গোপীগনের রাসনৃত্য"- অসিনচিংবা।

* মথংদা অমুক গীত গোবিন্দমগী তয় সর্গগী শ্লোক নং ১, ২ অদু অমুক খীদোক্লগা মখাগী অসিসু ছাড়াদা সূত্রনা অদুম্মক শক্লনি, মদুদি- "তাহা বিনু রাসলীলা"- অসিনচিংবা।

* মথংদা মখাগী অসিমসু ছাড়াদা অদুম্মক শক্লগা রাধাকৃষ্ণ মিলনগী ভাব ফোঙদোক্লনি, মদুদি- "সখীর বচন শুনি মান ভেল অবসান"- অসিনচিংবা।

* মথংদা দুইতাল, ৭ মাত্রাদা মখাগী ঈশৈ অসি শক্লুনা স্বাধীন তাগনি, মদুদদি- "রতিরণ অবসানে,- অসিনচিংবা।

মতমসিদা গোপী পুম্নমক অদুম্মক ফমদুনা লৈরগা মখোয়না রাধাগোবিন্দ শোক্লুনা সেবা চঙবা য়াদবদগী ব্রাহ্মন্না মখোয়গী মহুৎ শিন্দুনা ঈশৈগী মতাং চানা চানা সেবা চঙগনি।অদুগা গোপী অনী অনীনা মতম অদুমক্তদা চঙদুনা সেবা অদু মশা মশানা তৌবা ওইনা নীঙদুনা খুরুমজগনি। চামর সেবাদি গোপীনা অদুম্মক য়াই।

* মথংদা গোপী মখৈনা খুকউ খুদক কুন্দুনা খুৎ লোন্নরগা ছড়াদা প্রার্থনা শক্লনি, মদুদি- "জয় জয় শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র দয়াময়" অসিনচিংবা। মসি তিনতাল অচৌবদা তাল থারবসু য়াই।

* মথংদা ভঙ্গী অচৌবগী মথংদা লাকখিবা- "জয় রাধা মাধব কেলি বিলাসং-" নচিংবা ঈশৈ অদু হান্নগুম্না শক্লনি। গোপী পুম্নমক হৌগক্লুনা সূত্রনা হল্লকপা ঈশৈ শক্লুনা জগোই শাগনি।

* মথংদা খুরুম্বা পরেং তারগনি। তাল-রাজমেল-দুইতাল। ঈশৈ- "রাস

রঙ্গস্থল, পরম সুশীতল'' অসিনচিংবা।

* মথংদা মেনকুপ তালদা অমুক শক্কনি, মদুদি- ''রঙ্গিনী রাই রঙ্গিয়ে শ্যামরাই'' অসিনচিংবা।

* মথংদা তানচপ অচৌবা অমুক তাগনি মদুদি- ''যেমনি গায় তেমনি কজে'' অসিনচিংবা।

* অসুম্না খুরুম্বা পরেংগী জগোই শাবা লোয়রগা পুষ্পাঞ্জলী কৎকনি। মসিদা শক্কদবা মখাগী ঈশৈ অসি দুইতাল, ৭ মাত্রাদা নৎত্রগা মেল তানচপ অনিমক্তা অমদা হেক্তা শকপা য়াই। গোবিন্দগীদি মেল তানচপ শক্করকই- সূত্রনা হল্লগা গোপীনা খুমগনি, মদুদি- ''এই পুষ্পাঞ্জলি সমর্পিলু''- অসিনচিংবা।

* মখাগী অসি ছঞ্জ অমুক হোংদুনা একতাল, ৪ মাত্রদা শকথগনি, মদুদি- জয়রে, জয়রে রাধা মাধব- অসিনচিংবা।

* মথংদা পূজারী ব্রাহ্মণনা সখী ভাবতা রাসমণ্ডলদা অদুম্মক আরতি কৎলগা মন্দিরদা লেঙশিল্লগা শয়ন আরতি কৎকনি।

[স:শ:, ১৯৬৫, ১৫৯-১৬৪]।

## (খ) খুল্লক্কী বসন্ত রাসকী চাউরাকপা ক্রম

### (মসি খেন্নবসু য়াওরমগনি)

* নিপা পালা শকপা লোয়রগা জগোইগী ওঝানা রাগ মচা য়ৈদুনা সূত্রধারীনা ললিত রাগদা ঈশৈগী বাগ হৌরগনি।

* মথংদা রাগ ঘর হঞ্জিল্লগা গুরু বন্দনা তাগনি।

* মথংদা বৈষ্ণব বন্দনা তাগনি।

* মথংদা মথক্কী রাগদুগা চান্ননা বৃন্দাবন বর্নন তাগনি।

* মথংদা শ্রীকৃষ্ণগী নিদ্রাত্যাগ শক্কনি।

* মথংদা কৃষ্ণ অভিসার শক্কনি।।

* মথংদা কুঞ্জ য়ৌরগা শ্রীকৃষ্ণনা বেণুনা খোংবা তাগনি।

* মথংদা গোপী অভিসার তৌগনি।

* মথংদা গোপীশিংনা কুঞ্জদা শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংলগা কৃষ্ণ উক্তি অমা তৌগনি।

* মথংদা গোপীনা শ্লোক থীদুনা প্রার্থনা তৌগনি।

* মথংদা সূত্রধারীনা মণ্ডলী সাজন শক্কুনা গোপী লেংথোক্কনি অমসুং মসিনা বসন্তরাস হৌবগী থাক্লি।

* মথংদা হায়রিবা মণ্ডলী সাজনগী রাগ/ছন্দসিগা চানবা ছন্দদা বৃন্দাবন বর্ণনদা তাগনি। হায়রিবা বৃন্দাবন বর্ণনসিগী অহানবা পদ অমা গোপীনা শক্লম্লগা সূত্রধারীনা ওক্তুনা ঈশৈ হন্দুনা শক্লগা গোপীনা অমুক খুমদুনা শক্লনি।

* মথংদা সূত্রধারীগা গোপীগা অওক-অথোম তৌনদুনা শ্রীরাধা- কৃষ্ণ অনিগী রূপ বর্ণন অমা শক্লদবনি।

* মসি লোয়রগা সূত্রধারীনা ভঙ্গী অচৌবগী ঈশৈ শক্লনি অমসুং গোপীশিংদি ঈশৈ য়াওরোয় জগোইদমক শাগদবনি।

* ভঙ্গী শাবা লোয়রগা কৃষ্ণ নর্ত্তন তাগদবনি। মসিদা সূত্রধারী অমসুং গোপীশিংনা পুন্না ঈশৈ শকমিন্নগদবনি।

* মথংদা চারতাল অমা মরক থত্তুনা থমগদবনি।

* মথংদা রাধা নর্ত্তণ তাগদবনি। মসিদা সূত্রধারীগা গোপীশিংগা পুন্না ঈশৈ শকমিন্নগদবনি।

* মথংদা ললিতা নর্ত্তন তাগনি।

* মথংদা বিশাখা নর্ত্তন তাগনি।

* মথংদা মরি থোকপী জগোই, হায়বদি গোপী মরি থোক্তুনা জগোই শাগদবনি।

* মথংদা নিপান থোকপী জগোই, হায়বদি সখী নিপান (অষ্টসখী) থোক্তুনা জগোই শাগদবনি।

* মথংদা ''অবির খেল'' হায়বদি অবির চাইশিন্নবী (মথক্কী বসন্ত রাসকী ক্রমদা য়েংবীয়ু) গী লীলাদা তাগনি।

* মথংদা শ্রীকৃষ্ণনা চন্দ্রাবলী থিবদা তাগনি অমসুং শ্রীকৃষ্ণগা চন্দ্রাবলীগা পুন্না জগোই শামিন্নগনি।

* মথংদা চন্দ্রাবলীনা প্রার্থনা অমা তৌগনি/শক্লনি। মসিদা শ্রীমতি রাধিকাগী ''মান'' তাগনি।

* মথংদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধা থিগনি।

* মথংদা দূতী সখী/গোপী উন্নগনি অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী লৈফম হংগনি (কৃষ্ণ উক্তি)।

* মথংদা সখী উক্তি তৌগনি।

* মথংদা কৃষ্ণ উক্তি তৌগনি।

* মথং সূত্রধারীনা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং দূতী সখী(শিং) গা রাধাগী লৈফমদা চৎপগী ঈশৈ শক্লনি।

* মথংদা শ্রীমতি রাধিকাদা শ্রীকৃষ্ণ লেঙলকপগী পাউ তমগনি।

* মথংদা রাধা উক্তি অমা পীগনি।
* মথংদা কৃষ্ণ উক্তি অমা অমুক পীগনি অমসুং ধরচরণ তৌগনি।
* মথংদা মান ভঞ্জন তৌবগী সূত্রধারীগী উক্তি পীগনি।
* মথংদা স্বাধিন তাগনি।
* মথংদা খুরুম্বা পরেংগী জগোই শাগনি।
* মথংদা সূত্রধারী অমসুং গোপীশিং পুন্না যুগল প্রার্থনা শকমিন্নগনি।
* মথংদা সূত্রধারীগী উক্তি অমা পীগনি।
* মথংদা পুস্পাঞ্জলী তৌগনি।
* মথংদা প্রার্থনা শক্কনি।
* মথংদা ললিতানা আরতি কৎকনি। গোপী পুন্নমক্না সূত্রধারীগা লোইননা আরতিগী ঈশৈ শকমিন্নগনি, মোইবুং খোংগনি। মতমসিদা ভাবক পুন্নমকসু হৌগত্তুনা আরতিগী দর্শন তৌগনি।
* মথংদা কৃষ্ণ উক্তি তৌগনি।
* মথংদা গোপীশিংনা ঈশৈ শক্কনি।
* অরোয়বদা সূত্রধারীনা গৃহগমন শক্কনি।

ঐখোয়না পীরিবা ক্রম অসি চাওরাকপা মথং-মনাউ অমা লেঙশিনবনি। ওঝাশিংগী মত মতুংইন্না থৈদোক-থৈজিন খর খর লৈরম্বসু য়াই। গীত গোবিন্দ অমসুং ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরাণদা ''বসন্ত রাস'' কী চাওরাকপা মশক উবা ফংই। অদুমদি ওইরগা মণিপুরগী চৎনরিবা ক্রম অসিদি লাইরিকশিং অসিগা মান্নদে, কবি ওইবা ওঝাশিংগী খুৎশেম য়াম্না চঙই। য়েংশিনগদবা অমদি মান ভঞ্জনগী মতাংদা গীত গোবিন্দগী ''স্মরগরলখণ্ডনং'' নচিংবা শ্লোক থীদুনা ধরচরণ তৌবা অসিদি দুর্জ্জয়মানগীনি, মতাং অসিগীদি সধারন মান ওইবনা য়াওফম থোক্তে। অদুবু গুরুজনশিংনা মপুং ফাবা রস চুপনীভবদগী কোন্না হাপচিনখিবনি। মসিমকসু পঙনৌ নৌবদি নত্তে।

হৌজিক করম্বা মখলনা মতাং কদায়দা লেংশিনবা হৌনবগে হায়বনচিংবা লায়না খণ্ডননবা চাওরাকপা চৎনবা মশক অমা মখাদা উৎলি। মদুদি- উৎলিবা ঈশৈশিং অসি রস অতোপ্পা অমা হেক্তমক হাপ্তুনা শীজিন্নরবসু য়াই, তৌনবসু য়াওই। অদুম্মদি ওইরগা থায়নগী লাই-গুরুশিংনা তৌনরম্বা নৎত্রগা হৌজিক্কী মকোক ওইবা গুরুশিংনা লেংশিনবা মওং অমদি লৌখৎপা ঈশৈনচিংবদু য়েংদুনা শীজিন্নগদবনি। নিংখৌরোল অমা অনি শুত্রবদি মদু অদুম্মক চৎনবীগী মশক লৌনরকপসি মফম খুদিংদসু তৌনৈ।

অহানবদা সূত্রনা ললিত রাগ [মসিগী মহুত্তা কানুরাগ হৌনৈ। মসিনা হৌরবদি মাগী বাহৣনচিংবা অদুম্মক কায়দনা তৌগনি। বৃন্দাবন বর্ণনসু মদুগী চানবা ছন্দদা শক্কদবনি] হৌদুনা বাহন শক্লগা গুরু বন্দনা তৌগনি, মদুদি- শ্রীশ্রীগুরু শ্রীচরণং প্রণম্য বন্দে নবদ্বীপ বিধু বৃন্দং'' অসিনচিংবা।

* মথংদা বৃন্দাবন বর্ণন তাগনি। ললিত রাগ, বিলম্বিত চতুরশ্র জাতি একতাল, ৮ মাত্রা- ''কুসুমিত সুফলিত কল্পলতা বৃত'' অসিনচিংবা। মসিগী মমৈদা ''চন্দ্রশেখর কহে'' হায়বা অমা শমথরকই, মদুদি- ''কানুরাগ'' দগী লৌশিনবনি।

কনা কনাগুম্বনা বৃন্দাবন বর্ণন অসি লোয়রগা বৃন্দা দেবীনা রাসমণ্ডল শেম-শাবনচিংবা তৌহল্লি। মসিদা সূত্রনা ঈশৈ শক্লগা বৃন্দা শাবীবু খুমহনবসু চংনৈ। থায়নদি মসি য়াওদে। মসিদদি রাগগী থোইদোকপা নিয়ম থমদে। মসিগী ঈশৈদি- একতাল, ৪ মাত্রা- ''আজু সে বসন্ত শশী উদয় হইলজানি'' অসিনচিংবা।

* মথংদা সূত্রনা মখাগী ঈশৈ অসি ছাড়াদা পুং য়াওদনা শকথগনি, মদুদিঃ-

১) ইহ মধু যামিনী হেরইতে কানন...

২) এ রজনী নাগর রাজ নিন্দ গেল...

৩) খঞ্জন-ময়ন-কমল-বদণী-রাই...

* ঈশৈ অসি হেক লোয়বগা পুংলোন অমা য়ৈরগা মখাগী ঈশৈ অসিদা কৃষ্ণনা জগোই শাদুনা অভিসার তৌগনি। মদুদি- বিলম্বিত একতাল, ৮ মাত্রা- বৃন্দাবন মাঝে ধীরে চলে'' অসিনচিংবা।

* মথংদা ঈশৈ য়াওদনা পুংলোন জগোই অমা শারগা মখাগী ঈশৈ অসিদা অমুক জগোই শাগনি। মদুদি- তাল্হা অনি, ৮ মাত্রা (গজেন্দ্র)- নবঘন যিনি অঙ্গে'' অসিনচিংবা।

* মথংদা পুংলোন জগোই মতেক অমা তৌরগা অনৌবা তাল অমদা জগোই শাদুনা মখাগী ঈশৈ অসি শক্কনি, মদুদি- ''তাদিং দ্রগাদিং'' অসিনচিংবা। মতম অসিদা কৃষ্ণনা কুঞ্জ য়ৌরক্লুনা অতোপ্পা তাল অমদা অমুক হোংদুনা শক্কনি। মদুদি- তিনতাল মেল,- ''ঐছন চলতহি পাওল কুঞ্জহি'' অসিনচিংবা।

* মথংদা কৃষ্ণ অভিসারগী ঈশৈ অসি নত্তবা অতৈসু য়াম্না লৈনৈ, মদুগী মনুংদা থোকচোম ওঝা মুক্তানা শীজিন্নরম্বা- ''তবহি গমন করু নাগর কান'' হায়না হৌবা অফাওবা ঈশৈ অমসু লৈ। মসি তাদ্রিভৈদা, অহানবদা- ''হরি আয়ে মোহন আয়ে'' হায়না হৌবা ঈশৈ অমা হাননা শকই। ''তবহি গমন'' দি একতাল ৮ মাত্রাদা শক্কদবনি।

* অসুম্না কৃষ্ণ অভিসারগী ঈশৈ হেক লোয়বগা মান্নবা কৃষ্ণনা মায় মখা ওন্না ত্রিভঙ্গদা লেপ্লগা মোইবুং খোংগনি অমসুং লোইনা লোইননা বাঁশী খোংবনা কৃষ্ণনা খোংবা শাদুনা মুরুলী নাদ তৌগনি। মতম অসিদা মথক্তগী লৈ চাইথরক্কনি। মসিগা লোইননা দোলনা কৃষ্ণবু উপশিন্দুনা নংত্রগা কল্প বৃক্ষ শাদুনা কৃষ্ণগী তুংদা থাদনবসু হৌজিক চৎনরক্কে, থায়নদি তৌনরমদে।

* মুরুলীনাদ তারগা গোপী অমনা বাঁশী অনুরাগ শক্কনি। গোপীশিংগী লৈফমদি মগুলীগী নোংচুপ থংবদা পরেং অনি থোক্লা বাধানা ময়ায় থংদুনা লৈগনি। বাঁশী অনুরাগগী ঈশৈদিঃ-

১) ''শুনিয়া বাঁশীর রব...., অসিনচিংবা। মসিনা থায়নগীনি, হৌজিক চৎনরিবদিঃ-

২) ''আইল সই শুনিয়া যাও'' ... অসিনচিংবা। অনিমক ছাড়াদা শক্কদবা ওাক্তনি।

* মথংদা গোপী পুন্নমক হৌগত্তুনা ওঝানা পুং য়ৈদুনা অমসুং সূত্রনা তাল থাদুনা ঈশৈ শক্কনি। মখাগী ঈশৈসি রাধা নংত্রগা মহুৎ শিনবী গোপী অমনা শক্কনি। গোপী পুন্নমক খোঙনা তাল থারগা মফমদি লেঙদনা মোত তৌদুনা লৈগনি।

রাধা- ''চল চল সখী হায়রে হায়'', অসিনচিংবা।

* রাধাগী ঈশৈসিগী মখা গোপীনা অমুক শমথদুনা শকথগনি,

মদুদিঃ- ''চল সখী বৃন্দাবন মাঝে'' অসিনচিংবা।

* মথংদা সূত্রধারীনা ঈশৈ শক্লগা গোপী অভিসার তৌগদবনি। ঈশৈদিঃ- ''চলিল রাধিকা নৃপতি বালিকা'' অসিনচিংবা।

অসিগুম্বা অভিসারগী ঈশৈ পরেং অসিগী মনুংদা ললিতা বিশাখাগী উক্তি থিংজিনবসু য়াই। মদুগী ঈশৈদি, ললিতা- ''শুন শুন প্রাণ রাধে'' অসিনচিংবা। বিশাখা- ''ধীরে চলো রাজ নন্দিনী'' অসিনচিংবা।

* মথংদা সূত্রধারীনা ঈশৈ শক্লগা রাধানা মোত তৌগনি, মদুদি- ''তমাল ববণ দোখ শ্রীকৃষ্ণ মানিয়ে রাধা- ''অসিনচিংবা।

* মথংদা অতোপ্পা ছন্দ অমদা শমথদুনা সূত্রধারীনা শক্কনি, মদুদি- ''ঐছে চলে সখী সঙ্গে'' অসিনচিংবা।

* অসুম্না লাক্তুনা গোপীশিংনা কৃষ্ণগী নাক য়ৌরবদা কৃষ্ণবু খুরুম্লগা খুকউ খুদক কুন্দুনা খুৎ লোন্নরগা ছাড়াদা প্রার্থনা শক্কনি, মদুদি- ''(১) কাদম্বিনী নবতমাল তম প্রভায়, নংত্রগা (২) শ্রীরাধিকা কুমুদিনী মৃগবঞ্জনায় (মৃগাঙ্ক শেখর) অসিনচিংবা।

* মথংদা কৃষ্ণনা ত্রিভঙ্গ থাদোক্তুনা চুম্না লেপ্লগা ওয়গী খুৎনা বাঁশী পায়দুনা য়েৎকী খুৎ থাঙ্গত্তুনা গোপীদা খুবাক ওহোক্তুনা নাক য়েত্তা হাইনা হাইনা উক্তি তৌগনি, মদুদি (ছন্দ য়াওদে থীগদবনি)- ''শুন হে সর্ব্ব ব্রজনাগরী''....। মতাং অসিদা কছার নৈপাক্তদি মখাগী ঈশৈ অসি ছাড়াদা গোপীবু শকহন্নে, মদুদি- (১) সুখদ বসন্তে শুক্লপক্ষে অন্তে'' অসিনচিংবা। অদুগা মসিগী মখা শমথরকপা ওইনা চশ্নবগী মথংদা অমুক কৃষ্ণ উক্তি অমা অমুক ছন্দ য়াওদনা শকহল্লি, কৃষ্ণনা ঙমদ্রগা সূত্রনা পাংবীগনি, মদুদি- (২) ''মণ্ডলী রচিয়া সরে করত আভঙ্গ'' অসিনচিংবা। মথংদা ছাড়াদা মখাগী ঈশৈ অসি সূত্রধারীনা শক্লগা গোপীনা পরেং লেংথোক্কনি। মদুগী ঈশৈদি- (৩) ''কৃষ্ণের বচন সব প্রবণ করিয়া'' অসিনচিংবা।

* মথক্কী ''শুন হে সর্ব্ব ব্রজনাগরী'' হায়বা কৃষ্ণ উক্তিগী মথংদা গোপীনা ছাড়াদা ঈশৈ শক্কনি মদুদি- ''শুন বরনাগর রসিক সুমার'' অসিনচিংবা।

* মথংদা সূত্রধারীনা মখাগী ঈশৈসি শক্ল-শক্লা গোপী লেংথোক্কনি। তানচপ, একতাল, ৪ মাত্রা- গোপীর বচনশুনি ব্রজ নবযুবরাজ'' অসিনচিংবা।

* মথক্কীসি শক্লগা মখাগী ঈশৈসি সূত্রধরীনা অদুম্মক দুইতল, ৭ মাত্রদা শকথগনি, মদুদি- ''রাধারানী সঙ্গে বৃন্দাবনচন্দ্র'' অসিনচিংবা। মসিগী মতুত্তা তৌনবা অতৈদিঃ-

(১) ''গোপীর করুণা শুনি...''

(২) ''নানা যন্ত্র মৃদঙ্গাদি আনি দিল বৃন্দাদেবী...'' অসিনচিংবা।

* অসুম্না গোপীনা ঈকোয় কোয়না মনুংদা মায় ওনশিন্দুনা লেপ্লরবদা গোপীনা ''বসন্ত রাস'' হৌরগনি অমসুং মদুগী হৌনবী বাহণ (মুর্ত্তি) থীগনি।

* মথক্কীসিগী মখা শমথনা পঞ্চমদগী অমুক হঞ্জিনবা লোয়রগা রাগ অসিগা চান্নবা ছন্দদা বৃন্দাবন বর্ণনগী ঈশৈ অমা গোপীনা অহানবা পদ অমা লৌরগা সূত্রধারীনা অমুক ওক্তুনা শক্কদবনি। মমৈদদি সূত্রনা হল্লগা গোপীনা খুমগনি, মদুদিঃ তীনতাল মচা, ৭ মাত্র- ''বিলসতি মধুবৃন্দা বিপিন''... অসিনচিংবা.

* মথংদা মখা অসি দুইতাল ৭ মাত্রদা সূত্রধারীনা অমুক শকথগনি, মদুদি- ''লবঙ্গ লতা তরু বোষ্টিত'' - অসিনচিংবা

* মথংদা মথক্কীসিগী মখাদা তানচপ, ৪ মাত্রদা অমুক শমথগনি, মদুদি- ''মলয়জ পরিমল ধীর সখীরে'' অসিনচিংবা

* মথংদা চালি তাগনি, ৮ মাত্রা, মদুদি - ''জয় শ্রীবৃন্দাবন শোভা'' অসিনচিংবা।

মতাংসিদা শুক শারী শাদুনা গোপী অনি থোক্তুনা মোত তৌহনবসু চৎনৈ। কছারদদি মওঙ অসিবু ''তোম্বাং'' জগোই হায়না খঙনৈ, মদুগী ঈশৈদি-

''ডালে বসি শুক শারী'' অসিনচিংবা।

* মথংদা ''ভঙ্গী অচৌবা'' শাগনি। ঈশৈদি, রাজমেল- ''নাচত নাগরী নাগর সঙ্গে'' অসিনচিংবা।

* মখাগী ঈশৈ অসিদা চন্দ্রা ওকপী শাগনি, মদুদি- চতুরশ্র জাতি একতাল- ''শ্রীরাস মণ্ডলী মাঝে'' অসিনচিংবা।

* মথংদা ''খুজেং লৈবী'' শাগনি, খ্যত্ন জাতি একতাল, 'মধুর নর্ত্তন গতি ভঙ্গী'' অসিনচিংবা।

* মথংদা খুৎ নামগী চালি শাগনি। ঈশৈদি- চতুরশ্র জাতি একতাল, ৪ মাত্রা- ''কতহু গোপীনি রাধা সুবদনী'' অসিনচিংবা।

* মথংদা 'লোংলৈ-উপলৈ' তৌগনি। ঈশৈদি- ''খ্যত্ন জাতি একতাল, ৬ মাত্রা''- শ্যামর সঙ্গিনী রঙ্গিনী রামা'' অসিনচিংবা।

* মথংদা অমুক ''খুৎ নামগী চালি তাগনি। ঈশৈদি চতুরশ্র জাতি একতাল- ''অনঙ্গ মঞ্জুরী'' অসিনচিংবনি।

মসিগী ঈশৈ অসিদা ''যায় নরহরিদাস'' হায়বা ভণতা অদু শক্লবদা হান্নগী ''কত্তহু গোপীনী'' অদু লোয়বা ফাওবা অমুক শমথদুনা শক্কনি। মতাংসিদা ''ভঙ্গী অচৌবা'' লোয়রে।

* থায়নদি ভঙ্গী হেক লোয়বগা কৃষ্ণ নর্ত্তন তারম্মী। অদুগা মরক খনবা অমা য়াওদ্রবদি নুংঙাইতবা মওঙ অমা লৈবদগী তাল অমা অমুক য়ৈদুনা রূপ বর্ণনগী ঈশৈ অমা সূত্রনা হল্লগা গোপীনা খুমদুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা গোপীনা শাবা জগোই অমা হাপ্লখি। চারিতালগী ঈশৈ অমা উৎলি মদুদি ১৪ মাত্রা তাল্বা ৪ ফাঁক ৩- ''সরস সুধাকর গগণহি নিরমল'' অসিনচিংবা।

* মথংদা কৃষ্ণ নর্ত্তন তাগনি। সূত্রধারীনা হল্লগা গোপীনা ফমদুনা ঈশৈ খুমগনি। দুইতাল মেনকুপ, মাত্রা ১২- ''মোহন নন্দদুলাল নবঘন শ্যাম'' অসিনচিংবা।

* মথংদা ঈশৈ য়াওদনা ''মালা অনীরক হুল্লগা মখাগী ঈশৈ অসি সূত্রধারীনা শক্লগা বাঁশীনা খুমদুনা অমুক শক্কনি। কৃষ্ণনা জগোই মখা শমথদুনা শাগনি, ঈশৈ- ''চুড়া বেঢ়া(ড়া) মালতী মালা'' অসিনচিংবা।

* মথংদা হান্নগুম্না মালা অনিরক অমুক হুল্লগা কৃষ্ণনা ত্রিভঙ্গদা লেপ্লবদা ললিতা শাবীনা হৌগত্তুনা মখাগী ঈশৈ অসিগী অহানবা পদ অমা মোত তৌনা তৌনা শক্কনি। সূত্রধারীনা অমুক ওক্তুনা ঈশৈ শক্কনি। ঈশৈ- বড় একতাল, মাত্রা ৮- ''ব্রজেন্দ্র নন্দন রূপ জগজন অভিলাস'' অসিনচিংবা।

* মথক্কী ঈশৈসিগী অরোয়বা ঈশৈ ময়েক- ''একলা গোবিন্দদাস'' হায়বসি হেক হায়রকপদা ললিতানা গোবিন্দবু খুরুম্লগা ঈশৈ য়াওদনা পুংলোন জগোই কৎকনি।

* জগোই লোয়রক্লবদা খুজেং লৈদুনা অমুক খুরুম্লগা চঙদুনা ফমগনি।

* ললিতানা ফমখিবগা কৃষ্ণনা মতম হাণ্ডহন্দনা "চালি জগোই" অমুক শাগনি। সূত্রধারীনা ঈশৈ শক্কনি-চালী তাল- "নাচত নটবর ভুবন মনোহর" অসিনচিংবা।

* কৃষ্ণগী জগোই লোয়রগা রাধা কৃষ্ণনা ময়ায় লেপ্লগা গোপী ময়াম্না কোয়শিন্দুনা লেপ্লগা অপুনবা জগোই শাগনি। সূত্রধারীনা ঈশৈ শক্কনি, গোপীনা খুমগনি, মদুদি- একতাল, মাত্রা ৪- "দেখ সখীরে সখী" অসিনচিংবা।

* জগোই লোয়রগা পুম্নমক অমুক ফম্নরগা সূত্রধারীনা ঈশৈ হন্দুনা গোপীনা খুম্নগা ঈশৈ শক্কুনা রাধানা অমুক নাইতোম জগোই শাগনি। মদুদি- বড় একতাল, মাত্রা ৮- "নাচত চন্দ্রবদনী পঙ্কজ নয়নী" অসিনচিংবা।

* মথক্কী ঈশৈসি লোয়রগা পুংলোন জগোই অমা অমুক শাগনি।

* মথংদা হান্নগী অপুনবা জগোইগী মখা শমথদুনা অমুক শাগনি। মসিদদি সূত্রধারীনা ঈশৈ হল্লগা বাঁশীনা ওক্কুনা ঈশৈ খুমগনি, মদুদি- একতাল, মাত্রা ৪- "শ্যাম মনমোহিনী নৃত্যতি" অসিনচিংবা।

* মথংদা মেনকুপ মাত্রা ৬ তাম্থা অমদা অমুক হোংদুনা ঈশৈ শক্কনি। মদুদি- "রাইএর কান্তি বৃন্দাবন আলো" অসিনচিংবা।

* মথংদা পুংলোন জগোই অমা শারগা চালীনা লোয়শিনগনি। তিনতাল মেল, মাত্রা ৮- সূত্রধারীনা শক্কদবা ঈশৈ ময়েক্তি "নৃত্যতি রসবতী ধুম কিটি ধা ধা" অসিনচিংবা।

* রাধা নর্ত্তন লোয়প্লবদি বিশাখানচিংবী অতে গোপীশিংগী জগোইসু শানবা য়ারে। তোপ্পা তোপ্পা শাননবা মতম ফংদবদগী ওঝাশিংনা মতাং অসিদা "মরি থোকপী" অমদি "নিপান থোকপী" গী মওংদা অষ্টসখীগী জগোই হাপ্লম্মী। অসিগুম্বা সখীশিংগী জগোইগী মতম অসিদা রাধা কৃষ্ণনা যুগল ওইনা ভঙ্গী শাদুনা লেপকনি। সূত্রধারীনা ঈশৈ শক্লগা জগোই থোক্লিবী গোপীশিং অদুনা মোত তৌনা তৌনা ঈশৈ খুমগনি, মদুদি-

১) মরি থোকপীগী- বড় একতাল মাত্রা ৮- প্রাণসখী আজ আমি'... অসিনচিংবা। রাধা কৃষ্ণগী মায়কৈ ৪ দা গোপী অমমম লেপ্তুনা জগোই শাগনি।

২) নিপান থোকপীগী- মরি থোকপীগী জগোই লোয়বগা নিপান থোকপীগী জগোই শাগনি। শাথেক খুদিংগী গোপী অনি অনি লেপ্তুনা জগোই শাগনি। পঞ্চম সৱারী (মাত্রা ৩০ নৎত্রগা ১৫) তাল, তাম্থা ৫ ফাঁক ৩ দা পুংলোন জগোই হাপনৈ। অতে তালদসু শাহনবা য়াই। মসিদা ঈশৈ য়াওনদে। অদুবু কনাগুম্বা ওঝাশিংনা রাধা কৃষ্ণগী রূপ বর্ণন শকহনবসু য়াওই।

* মথংদা ''ফাগু খেল'' তাগনি। অষ্ট সখীগী জগোই হেক লোয়বগা ললিতা (মকোক চিংবীবু ললিতানি হায়না লৌনৈ) অমসুং বিশাখানা কাংবু অমমমগী লুচিংদুনা গোপী পুম্নমক কাংলুপ অনি থোক্লা খায়দোক্লুনা খা-ৱাংদা পরেং অনি থোক্লা লেপ্লগনি। ললিতানা অৱাংদা বিশাখানা মখারোমদা দলগী লুচিংবী ওইনা লেপকনি। পরেং অনিমক মমায় ওনশিন্নগদবনি। কৃষ্ণনা ললিতাগী পরেং মমাঙদা অমসুং রাধানা বিশাখাগী পরেং মমাঙদা পরেংগী ময়ায় চানা চানা ওনশিন্নদুনা লেপকনি। অসুম তৌনা ললিতা বিশাখাগী পরেংনা রাধা কৃষ্ণবু মখোয়গী ময়ায়দা থম্লগা মখোয়না থা মচেৎ শানা শানা কোয়শিনগনি, মখাদা য়েক্লি, মদুদিঃ-




* অসুম্না লেংথোকপা লোয়রবদা সূত্রধারীনা ছাড়াদা শক্কনি, মদুদি- ''বৃন্দা বিধুমুখী সময়ক জানি- অসিনচিংবা। সূত্র উক্তি অসি তৌনা তৌনা বৃন্দাদেবীনা রাধা কৃষ্ণদা অবির পাত্র অমমম খুরুমদুনা কৎশিনগনি। ললিতানা নোংচুপ্তা, বিশাখানা নোংপোক্তা লেপকনি।

* মথংদা সূত্রধারীনা ঈশৈ হল্লগা গোপীনা খুমদুনা মখাগী ঈশৈ অসি শক্লা শক্লা মোত তৌগনি। মদুদি দুইতাল, মাত্রা ৭, তাম্বা ২- ''রাধা মাধব সখীগন সঙ্গে'' অসিনচিংবা।

* মথংদা মখাগী ঈশৈ অসি একতাল তানচপ মাত্রা ৪ দা শক্কনি, মদুদি- ''পুন পুন মতর বদন নেহারী'' অসিনচিংবা। অকোনবগী ঈশৈসিগী অরোয়বগী পদ- ''অবির পরিসর মাধব'' অসি হেক হায়রকপদা কৃষ্ণনা ওয়গী খুৎনা রাধাগী খুৎ ফাদুনা অবির চাইগনি।

* মথংদা অনৌবা তাল অমা অমুক হোংগনি। বড় একতাল তানচপ মাত্রা ৮- ''নাগর অবির লেই করভরি'... অসিনচিংবা শক্কনি।

* মথংদা একতাল তানচপতা- ''ফাগুভরি হাতক'' হায়বা ঈশৈসি লৌরকপদা রাধানা শ্রীকৃষ্ণগী য়েৎথংলা খুৎ অদু ভাক্তুনা থমগনি।

* মথংদা অতৈ সখী পুন্নমক্তা ফমথক্লগা ললিতানা হৌগত্তুনা খুৎ লোন্নরগা মখাগী ঈশৈ অসি ছাড়াদা শক্তুনা কৃষ্ণদা হায়জগনি, মদুদি- মাধব মা কুরু ক্ষেপং অসিনচিংবা।

* ললিতানা অসুম্না মোত তৌবা লোয়রগা ফমখ্রবদা বিশাখাসু অমুক হৌগত্তুনা ছাড়াদা শক্তুনা মোত তৌগনি। মদুদি- ''কত মিনতি ছাড়হ অবির কানু'' অসিনচিংবা। মতম অসি ফাওবা রাধা কৃষ্ণনা করবন্ধন তৌদুনা (খুৎ পায়নদুনা) লৈখিগনি।

* বিশাখাগী প্রার্থনা লোয়রবদা অষ্টসখী (নিপান থোকপী) থোকপগী মওঙ অদুদা রাধা কৃষ্ণগী চীথেক মরিমক্তা গোপী অনি অনি লেপ্লরগা মখাগী ঈশৈ অসি সূত্রধারীনা হল্লগা অষ্ঠ-সখীনা খুমদুনা শক্লা শক্লা মোত তৌগনি। ঈশৈদি- ''রচয়তি সুখ সিন্ধু হিল্লোল'' অসিনচিংবা।

* মথংদা ললিতা বিশাখানা মখারোমদা রাধাগী নাক্তা লেপ্তুনা লৈহৌরগা সখী অতৈদি ময়াম মরক্তা ফমখিগনি। ললিতা বিশাখানা সূত্রধারীনা ঈশৈ শক্লা শক্লা কোয়না চত্তুনা কৃষ্ণদা অবির চাইশিনগনি। মতম অসিদা রাধা কৃষ্ণগী করবন্ধনসু থাদোক্লগনি অমসুং রাধাসু কৃষ্ণদা অবির চাইশিনবা য়াওগনি।

* কৃষ্ণনা জগোই শানা শানা কোয়না চেনবগী মতৌ উৎকনি। ঈশৈ- একতাল মাত্রা ৪- ''কই সখী ধাই মাধব পাই'' অসিনচিংবা।

* মথংদা মখাগী ঈশৈ অসি সঙ্কীর্ণ জাতি দুইতাল মাত্রা ১২ দা অমুক সূত্রধারীনা শমথদুনা শক্কনি- ''ফিরি ফিরি ধাওল মাধব হেরি'' অসিনচিংবা।

* মতম অসিদা গোপী পুন্নমক হৌগত্তুনা য়েৎকী খুৎ থাঙ্গত্তুনা কৃষ্ণনা চেনবা উবদা হরাওবগী মোত তৌনগনি অমসুং ওয়গী খুৎনা অবির দোনা পায়দুনা য়েৎনা লৌরগা কৃষ্ণদা চাইশিনগনি। মথক্কী তাল অসিদা মখাগী ঈশৈসি শমথদুনা শক্কনি, মদুদি- ''জয় জয় ভুবন বিজায়নী রাধা'' অসিনচিংবা।

* মতাং অসি লোয়রবদা অবির চাইবা তোক্তুনা দোনা থাদোক্লরগা মথংগী ঈশৈসিদা গোপী কাওবু অনিমক জগোই শানা শানা পরেং অমত্তদা হান্নগুম্না মাগী মাগী মফমদা চওদুনা পুনশিন্নখিগনি।

* মথংদা চালী শাদুনা লোয়শিনগনি। রাধা কৃষ্ণসু ময়ায়দা জগোই শাগনি। ঈশৈ- একতাল, তানচপ মাত্রা ৪- ''বৃন্দাবন তরুলতা অসিনচিংবা (উদ্ধবদাসকী)।

মথক্কী ''ফাগু খেল'' মওঙ অসি নত্তবা অতৈ অতোপ্পসু য়াম্না লৈরি।

গোপী ময়াম্না লাকশিল্লকপদা কৃষ্ণনা চেনবমক্তদা ৱারকপা মতৌ উবদা শ্রীমতিনা কৃষ্ণগী মায়থোংদগী অবির তৈথোকপনচিংবা সেবা চণ্ডবগী নুংশিরবা রস হাপ্পবসু লৈ। মদু পুম্নমক্তুদি ঐখোয়না শুনবা লৌখত্রে। অদুগা কনাগুম্বনা ফাগু খেলগী মতাং অসিদা "বাঁশীহরণ, পুতনা বধ, বস্ত্রহরণ, উদখলনচিংবগী রসসু গোপীগী ঈশৈদা হাপ্পবা য়াওই। অদুম্মদি ওইরগা মদু পুম্নমক্তা কৃষ্ণবু মায়থীহন্নীংবগী মতৌ ফোংদোকপা ওইহন্নগদবনি।

* অসুম্না ফাগু খেল লোয়রবদা সূত্রধারীনা ঈশৈ হল্লগা গোপীনা খুমদুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা চালি জগোয় শারিডৌদা কৃষ্ণনা জগোই শানা শানা লৈনা লৈনা গোপী খুদিংমক্কী মরক মরক্তা চন্দ্রাবলী থেংনদ্রিবা ফাওবা চখগনি। মসিবু চন্দ্রাবলী থিবা কৌনৈ।

* চন্দ্রাবলী হেক থেংনবদা কৃষ্ণগা চন্দ্রাবলীগা জগোই শানা শানা ময়ায়দা থোকমিন্নরক্কনি। ঈশৈ- তিনতাল মেল মাত্রা ৮- "রাস বিলাসে মুগধ নটরাজ" অসিনচিংবা।

* ঈশৈসিগী অরোয়বা- "হেরইতে সুবদনী ভেল বিভাব" হায়রকপদা রাধা থোক্লকখিগনি। মথক্কী ঈশৈ অসিগী মহুত্তা মখাগী অনি অসিসু শক্লে, মদুদিঃ- (১) "বৃন্দা বিপিণ কলানিধি" অসিনচিংবা। (২) "হরিরিহ মুগ্ধবধুনিকরে" অসিনচিংবা। গীত গোবিন্দমগী ১ম সগগী শ্লোক ৪০, ৪১, ৪২ নচিংবা।

* কৃষ্ণগা চন্দ্রাবলীগা জগোই শাবা মতমদা গোপী পুম্নমক ফমথরগা সূত্রধারীনা হল্লগা মখোয়না খুমদুনা ঈশৈ শক্কনি, মদুদি- খণ্ডু জাতি একতাল, মাত্রা ৬- "দেখ চন্দ্রাবলী সঙ্গে বনমালী" অসিনচিংবা।

* মথংদা মখাগী ঈশৈ অসি অথুবা তালদা শকথগনি, মদুদি- "নাচত চন্দ্রাবলী মাধব সঙ্গে" অসিনচিংবা।

* মথংদা কৃষ্ণনা ত্রিভঙ্গদা লেপ্পগা চন্দ্রাবলীতনা পুংলোন জগোই শাগনি।

* জগোই লোয়রগা মখাগী ঈশৈ অসি চন্দ্রাবলী মশানা ছড়াদা শক্লা-শক্লা কৃষ্ণদা লৈপরেং হুক্কনি, কাজল অমদি সিন্দুর সেবা তৌরগা খুরুমগনি। ঈশৈ- "প্রাণনাথ শ্রীগোবিন্দ জন্মে জন্মে নিজদাসী"- অসিনচিংবা।

মতাং অসিদা কছারদদি চন্দ্রাবলী পুথোক্লগা কৃষ্ণনা ত্রিভঙ্গদা লেপ্পগা চন্দ্রাবলীনা হেক্তমক জগোই শাই। মদুগী ঈশৈদি- একতাল মাত্রা ৮- "নাচে চন্দ্রাবলী বাহুদ্বয় তুলি" অসিনচিংবা।

* মথংদা সূত্রধারীনা ছাড়াদা মখাগী উক্তি অসি পীগনি, মদুদি- "চন্দ্রাবলী নৃত্যে কৃষ্ণ মোহিত হইয়া" অসিনচিংবা।

* মথংদা মথক্তা য়াওগ্রবা - ‘‘দেখ চন্দ্রাবলী সঙ্গে বনমালী’’ হায়বা অদু সূত্রধারীনা শক্লগা চন্দ্রা কৃষ্ণ অনিমক জগোই শামিন্নগনি।

* মথক্কী জগোইসি লোয়রগা কৃষ্ণনা ত্রিভঙ্গদা অমুক লেপ্লগা চন্দ্রাবলীনা লৈ হুকপা, চন্দন নম্বনচিংবা সেবা তৌগনি।

* চন্দ্রা কৃষ্ণ অনিগী অপুনবা জগোইনা তারবদি চন্দ্রানা মথংদা নাইতোম জগোই শারকপদা- ‘‘ নাচে চন্দ্রাবলী’’ অসি শক্কনি। মদুম তৌখিবা তারবদি মথক্কী - ‘‘চন্দ্রাবলীর নৃত্যে কৃষ্ণ’’ হায়বা সূত্র উক্তি অসি থীরবোয়। মসি মণিপুরদসু তৌনবা য়াওই।

* চন্দ্রাবলীনা কৃষ্ণদা খুরুম্বা মতম অদুদা সূত্রধারীনা ছাড়াদা থীগনি, মদুদি- ‘‘শত কোটী গোপী সঙ্গে রাস বিলসই’’ অসিনচিংবা।

* মথংদা রাধানা হৌগত্তুনা কৃষ্ণগা চন্দ্রাবলীগা য়েংদুনা ছাড়াদা ঈশৈ শক্তুনা মোত তৌগনি, মদুদি- ‘‘হের দেখ সিয়া প্রাণ ললিতা বিশাখা’’ অসিনচিংবা।

* মতাং অসিদা রাধানা রাস মণ্ডল থাদোক্তুনা অষ্ট সখীগা লোইননা চৎলিঙৈদা সূত্রধারীনা গীত গোবিন্দগী ৩য় সর্গগী শ্লোক ১, ২সু লৌথদুনা থীগনি। মদুদিঃ-

কংসারিরপি সংসারবাসনাবদ্ধ শৃঙ্খলাম।
রাধামাধায় হৃদয়ে তত্যাজ ব্রজসুন্দরী॥১॥

* মথংদা মখাগী অসি অমুক লৌথগনি মদুদিঃ- ‘‘তাঁহ বিনু রাস লীলা নাহি ভায় মনে’’ অসিনচিংবা।

* মথংদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধা থিবা হৌরগনি। কৃষ্ণনা মখাগী ঈশৈ অসি ছাড়াদা শক্তুনা মোত তৌগনি, মদুদি- ‘‘হরি হরি হতাদরতয়া গতা’’ অসিনচিংবা গীত গোবিন্দগী ৩য় সর্গগী শ্লোক ৩, ৪ঃ-

মামিয়ং চলিতা বিলোক্য বৃতং বধূনিচয়েন।
সাপরাধ তয়া ময়াপি ন বারিতাতিভয়েন
হরি হরি হতাদরতয়া গতা সা কুপিতেব॥ধ্রু॥৩॥
কিং করিষ্যতি কিং বদিষ্যতি সা চিরং বিরহেণ।
কিং ধনেন জনেন কিং মম জীবিতেন গৃহেণ॥৪॥

* মথংদা রাধানা হৃন্দোক্লম্বা ফি অশংবা অমা খুন্দুনা মোত তৌরগা লেংবান্দা য়ানশিনগনি। মখাগী ঈশৈ অসি ছাড়াদা শক্তুনা অদুম শমথগনি। মদুদি- ‘‘হায় হায় কি হইল কি হবে উপায়’’ অসিনচিংবা।

* মথংদা কৃষ্ণনা বনগী উরী-ৱারী অমদি উচেক্লচিংবদা রাধাগী লৈফম হংদুনা অসুম কোয়না থিরক্কনি। ছাড়াদা ঙাক্তা শক্কনি। অহানবদা উপাল-ৱাপাল, উরী-ৱারীদা হংগনি, মদুদি- ''কহ তরু লতা নব হেমলতা'' অসিনচিংবা।

* মথংদা অশাংপা লৈদা অমুক হংগনি, মদুদি- ''জাতি চমপক মালতী মাল্লিকে'' অসিনচিংবা।

* তেনৱাদা অমুক হংগনি।-''কহ শুক শারী'' অসিনচিংবা/নৎত্রগা ''কহ শুক শাবী বৃষভানু সুকুমারী'' অসিনচিংবা

* মথংদা গীত গোবিন্দগী ৩য় সর্গগী শ্লোকতগী মথক থংবা শরুক অদু থীগনি, মদুদি- ''মামলং চলিতা বিলোক্য'' অসিনচিংবা।

* অসুম্না থিবদা খঙদ্রবদা বন ময়ায়দা ফমদুনা লৈরগনি।

* অশোমদা কুঞ্জদা রাধানা মখাগী ঈশৈ অসি ছাডাদা শক্কনি, মদুদি- ''রাসে হরিমিহ বিহিত বিলাসং'' নচিংবা গীত গোবিন্দ, ২য় সর্গগী ২, ৬শুবা শ্লোকশিং-

কাচিদপি লতাকুঞ্জে গুঞ্জন্মধুব্রতমণ্ডলী,
মুখরশিখরে লীনা দীনাপ্যুকাচ রহঃ সখীম॥
সঞ্চরদধর সুধা মধুরধ্বনি মূখরতি মোহন বংশম্
বলিত দৃগঞ্চল চঞ্চল মৌলি কপোল বিলোলবতংসম॥
রাসে হরিমিহ বিহিতবিলাসং
স্মরতি মনো মম কৃতপরিহাসম ॥২॥
চন্দ্রক চারুময়ুরশিখণ্ডকমণ্ডলবলয়িত কেশম্
প্রচুরপুরন্দরধনুরনুরাঞ্জিতমেদু রমুদিবসুরেশং ॥৩॥
গোপকদম্বনিতম্ববতীমু খচুম্বনলম্ভিতলোভং।
বন্ধু জীবমধুরা ধরপল্লবমুল্লসিতাস্মিতশোভং ॥৪॥
বিপুলপুলকভুজপল্লববলয়িতবল্লবযূবতিসহস্রং।
করচরণো রসি মণিগণভষণকিরণ বিভিন্নতমিস্রং ॥৫॥
জলদপটলবলদিন্দুবিনিন্দিকচন্দ নতিলক ললাটং।
পীনপয়োধরপরিসরমর্দ্দননির্দ্দয়হৃদয়কবাটং ॥৬॥

* অসুম্না রাধাগী অৱাবা উবদগী ললিতা বিশাখানা কৃষ্ণবু অমুক থিরক্কনি। মসিবু ''দূতি সংবাদ'' হায়না কৌই। সূত্রধারীনা মখাগী শ্লোক অসি ছাড়াদা থীগনি, মদুদি- ''যমুনা তীর বানীর নিকুঞ্জে'' অসিনচিংবা গীত গোবিন্দগী ৪থ সর্গগী অহানবা শ্লোক-

যমুনা তীরবানীরনিকুঞ্জে মন্দমাস্থিতম্
প্রাহ প্রেমভরোদ্ ভ্রান্তং মাধবং রাধিকাসখী॥১॥

নৎত্রগা মখাগী অসি তৌগনি,- ''হেন কালে দুই সখী ললিতা বিশাখা'' অসিনচিংবা।

* মখোয়গা কৃষ্ণগা উন্নরবা মতমদা কৃষ্ণনা মখাগী ঈশৈ অসি ছাড়াদা শক্তুনা হংবগী মোত তৌগনি, মদুদি- ''প্রাণ সখী কোথা হইতে আসিয়াছ'' অসিনচিংবা।

* ললিতা বিশাখানা খুকউ খুদক কুন্দুনা মখুৎ লোন্নরগা ছাড়া শক্কনি, মদুদি- ''শুন বহুবল্লভ কান'' অসিনচিংবা।

* মথংদা কৃষ্ণনা ছাড়াদা মোত তৌদুনা শক্কনি, মদুদি- ''রাধা বিনে প্রাণ যায়'' অসিনচিংবা।

* মথংদা সখী অনিনা ফম্না ফম্না রাধাগী লৈফমদা মখুৎ থিনবনচিংবা তৌদুনা ছাড়াদা শক্কনি, মদুদি- ''শুন মাধব সে মানিনী'' অসিনচিংবা।

* মথংদা সূত্রধারীনা ঈশৈ শক্না শক্না সখীশিংগা কৃষ্ণগা রাধাগী মনাক য়ৌনা চৎকনি। ঈশৈদি একতাল মাত্রা ৪- ''সখী সঙ্গে চলে শ্যাম'' অসিনচিংবা।

* মথং কৃষ্ণবু মচী অমদা থনম্লগা সখী অনিনা রাধাবু খুরুম্লগা খুৎ লোন্নদুনা হায়রগনি- ''শুন রাধে কমলিনী কর অবধান'' অসিনচিংবা।

* রাধানা ছাড়াদা শক্কনি- ''সখী মোরে না বল না বল'' অসিনচিংবা।

* মতাং অসিদা সখী অনিমক্না রাধাগী মনাক্তা চঙদুনা ফমথখ্রবদা কৃষ্ণ মশামক চঙলক্তুনা মখাগী ঈশৈ অসি মশানা ছাড়াদা শক্তুনা খুৎ লোন্নগনি, মদুদি- ''চাহ মুখ তুলি রাধে'' অসিনচিংবা।

* রাধানা ছাড়াদা শক্কক্কনি- ''অপারাধী হাইয়া মোরে- অসিনচিংবা

* কৃষ্ণ অমুক ছাড়াদা শক্কনি- ''রাধে শ্রীরাধে হামু তুয়া'' অসিনচিংবা।

* রাধানা ছাড়াদা অমুক শক্কনি- ''হরি হরি যাহি মাধব'' অসিনচিংবা

গীত গোবিন্দগী ৮ম সর্গ-

হরি হরি যাহি মাধব যাহি কেশব মাবদ কৈতববাদম।
তামনুসর সরসীরুহলোচন যা তব হরতি বিষাদম।।ধ্রু।। ১ ।।
কজ্জলমলিনবিলোচনচুম্বনবিরচিতনীলিমরূপম্
দশনবসনমরুণাং তয কৃষ্ণ তনোতি তনোরনুরূপম্ । হরি।।২।।
বপুরনুহরতি তব স্মরসঙ্গরখরনখরক্ষ তরেখম্
মরকতশকলকলিতকল ধৌতলিপেরিব রতিজয়লেখম। হরি।।৩।।
চরণ কমলগলদলক্তকাসিক্তমিদন্তব হৃদয়মুদারম।

দর্শয়তীব বহির্নবক্রমনবকিশলয় পরিবারম। হরি॥৪॥
দশনপদং ভবদধরগতং জনয়তি চেতসি খেদম্।
কথয়তি কথমধুনাপি ময়া সহ তব্বপুরেতদভেদম্। হরি॥৫॥
বহিরিব মলিনতরং তব কৃষ্ণমনোঽপি ভবিষ্যতি নূনমৈ।
কথমথ বঞ্চয়সে জনমনুগতমসমশরজ্বয়দুনম্। হরি ॥৬॥
ভ্রমতি ভবানবলাকবলায় বনেষু কিমত্র বিচিত্রম।
প্রথয়তি পৃতনিকৈব বধুবধনির্দ্দয়বালচরিত্রম। হরি॥৭॥

অসিনচিংবা।

* মথংদা কৃষ্ণনা ছাড়াদা শক্কনি- ''মান ভিক্ষং দেহি জয় রাধে'' অসিনচিংবা।

* রাধানা অমুক ছাড়াদা শক্কনি- ''শ্যাম নটবর একথা না বল, অসিনচিংবা।

* কৃষ্ণনা অমুক ছাড়াদা গীত গোবিন্দগী ১০ম্ সর্গগী শ্লোক- ''রাধে বদসি যদি কিঞ্চিদপি'' না হৌদুনা ''মধুপানম'' ফাওবা থীগনি-

রাধে- বদসি যদি কিঞ্চিদপি দন্তরুচিকৌমুদী,
হরতি দরতিমিরমতিঘোরম।
স্ফুরদধরসিধবে তব বদন চন্দ্রমা
রোচয়তি লোচনচকোরম্।১।
প্রিয়ে চারুশীলে মুঞ্চ ময়িমানমনিদানম্
সপদি মদনানলো দহতি মমমানসং
দেহি মুখকমলমধুপানম॥ ধ্রুবম।

* রাধানা ছাড়াদা অমুক শক্কনি- ''চিত্র কালা চরিত্র কালা বদন কালারে'' অসিনচিংবা। ঈশৈ অসি শকপা লোয়রগা শ্রীমতি রাধানা খব লেঙথোক্কুনা লেপকনি।

* কৃষ্ণনা মখাগী শ্লোক অসি থীদুনা খুরুমগনি। মদুদি- ''স্মরগরলখণ্ডনং মম শিরাসি মণ্ডনং, দেহি পদপল্লবমুদারম'' শ্লোক অসি থীনা থীনা কৃষ্ণনা দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুম্লিঁডৈদা সখীনা রাধাদা হায়জরগনি। মসিবু- ''সখী শান্তনা'' হায়না কৌই। ছাড়াদা ঈশৈ- (১) ''এ মান ছাড় মান ছাড়'' অসিনচিংবা, (২) ''ক্ষম অপরাধ অপরাধী যদি হয়'' অসিনচিংবা।

* মথংদা মখাগী অসি ছাড়াদা অমুক শক্কনি, মদুদি- ''শান্ত হও প্রাণ রাধে'' অসিনচিংবা।

* মথংদা সূত্রধারীনা ছাড়াদা ঈশৈ শক্কনি, মদুদি ''কাতর হইয়া ধনী রাই'' অসিনচিংবা। ঈশৈ অসি শক্কা শক্কা রাধানা কৃষ্ণবু হৌগৎপীগনি।

* মথংদা স্বাধিন তাত্ৰবদা অষ্ট সখীনা ভঙ্গীদা লেপ্লিবা রাধা কৃষ্ণদা মাগী মাগী হৌনবী সেবা চঙনগনি। সূত্রধারীনা মদুগী ঈশৈ শক্কনি। মায় নোংপোক ওন্না রাধা কৃষ্ণনা কুঞ্জদা অদুম্মক ভঙ্গীদা লেপকনি।

সখী অনিনা চামর থৌগল তৌগনি। সূত্রধারীনা ছাড়াদা থীবা ওইনা শক্কনি, মদুদি- সময় জানিয়া সখী কুঞ্জে প্রবেশিলা'' অসিনচিংবা। অসুম তৌনা ঈশৈদা য়াওরকপা সেবা অদু সখীশিংনা তোপ্পা তোপ্পা চঙদুনা তৌগনি।

১) ললিতা- ক্বা, চন্দনগী সেবা

২) বিশাখা- রাধাকৃষ্ণগী ফিজেৎ-লৈতেংগী সেবা

৩) চম্পকলতা- চামর সেবা

৪) চিত্রা- লবঙ্গমালা সেবা

৫) তুঙ্গবিদ্যা- জগোই, ঈশৈ অমসুং যন্ত্র খোংদুনা রাধা কৃষ্ণবু পেলহনবা।

৬) ইন্দুরেখা- (অ) সনাগী লৈতেং তৌবা, নৎত্রগা
(আ) জগোইনা সেবা তৌবা,

৭) রঙ্গদেবী- চন্দননা লৈতেংবা,

৮) সূদেবী- ঈশিং কৎপনি।

মথক্কীশিংসিগী মহুত্তা শ্রীগোবিন্দগী বসন্তরাসকী ক্রমদা য়াওবা ''রতি রণ অবসানে'' হায়বদুসু শক্লে।

* মথংদা রাধা কৃষ্ণগী খা-ব্রাংদা সখী ৪/৪ লেপ্লগা মখাগী ঈশৈ অসিগী অর্থ ফোঙদোক্কুনা মোত তৌগনি। সূত্রধারীনা শক্লগা গোপীনা খুমগনি, রাধা কৃষ্ণদি অদুম্মক লেপ্পুনা লৈগনি। ঈশৈদি তীনতাল মচা, মাত্রা ৭- ''জয় জয় কুঞ্জরাজ রানী'' অসিনচিংবা।

* মথংদা মখাগী ঈশৈ অসি সূত্রধারীনা শক্লা শক্লা রাধা কৃষ্ণসু গোপী মখৈসু রাসমণ্ডলদা হান্নগুম্না মণ্ডলী সাজন অমুক তৌদুনা লেপকনি। ঈশৈদি- ''তিনতাল মচা, মাত্রা ৮- ''রাধা সঙ্গে ক্রীড়া করি'' অসিনচিংবা।

* অসুম্না পরেং লেংথোকপা লোয়রগা ''খুরুম্বা ভঙ্গী পরেং'' শাগনি। মসিগী ঈশৈদি শ্রীগোবিন্দগী বসন্তরাস ক্রমদা ইপ্লে, মদুদি- ''রাসরঙ্গ থল পরম সুশীতল'' অসিনচিংবা।

* মথংদা গোপীনা রাধা কৃষ্ণদা পুস্পাঞ্জলী তৌগনি। সূত্রধারীনা ঈশৈ হল্লগা গোপীনা ঈশৈ খুম্না খুম্না জগোই শানা শানা লৈ চাইগনি। ঈশৈ- দুইতাল, মাত্রা ৭- ''জয়রে জয় মাধব'' অসিনচিংবা।

* মথংদা মখাগী ঈশৈ অসি সূত্রধারীনা হল্লগা গোপীনা খুমদুনা চালী তালদা শক্কনি, মদুদি তিনতাল মেল, মাত্রা ৮- (১) ''জয় রাধে কৃষ্ণ গোবিন্দ'' নৎত্রগা (২) ''জয় জয় রাধে কৃষ্ণ গোবিন্দ'' অসিনচিংবা

* মথংদা রাধা গোবিন্দনা মখা ওন্দুনা ভঙ্গীদা লেপ্লগা ললিতা সখীনা মায় অৱাং ওন্না আরতি কৎকনি। সূত্রধারীসু গোপীসু পুন্না ঈশৈ শক্কনি, ভাবক পুম্নমকসু হৌগত্তুনা আরতি দর্শন তৌগনি, মোইবুংসু খোংগনি। গোপী অতৈদি মাগী মাগী হান্নগী মফম অদুদা অদুম্মক লেপ্পগনি। ঈশৈ- একতাল, মাত্রা ৪- (১) ''আরতি ব্রজরাজ নন্দকুমার'' অসিনচিংবা নৎত্রগা অতোপ্পা কুঞ্জ আরতিগী ঈশৈ অমা শক্কনি।

* অসুম্না আরতি কৎপা লোয়রগা গোপী নত্তবা অতৈ পুম্নমক মাগী মাগী মফমদা ফম্নগ্রগনি। সূত্রধারীনা মখাগী ঈশৈ অসি শক্লগা গোপীনা খুমগনি। মতম অসিদদি অনি অনি খুৎ শম্নদুনা গোপী ৪ না মাণ্ডদা লুচিংলগা মখোয়গী মতুংদা গোপী অতৈসু অনি অনি খুৎ শম্নদুনা মণ্ডও কায়দনা পরেং লেংথখিগনি। য়েৎথংবা গোপীনা য়েৎকী খুৎনা, ওয়থংবা গোপীনা ওয়গী খুৎনা জগোই শাগনি। অসুম্না জগোই শানা শানা ঈশৈ শক্লা শক্লা রাধা কৃষ্ণগী মনাক্তা চঙশিনগনি। ঈশৈ- দুইতাল, মাত্রা ৭- ''এতইসুম ছাড়িয়া কেমনি মাব ঘরে'' অসিনচিংবা।

* মথংদা শ্রীকৃষ্ণনা ভঙ্গী শাবা তোক্তুনা মখাগী শ্লোক অসি খুৎ হাইদুনা থিগনি, যদুদি- শুন হে ব্রজমণীগণ অসিনচিংবা।

* গোপীনা মখাগী ঈশৈ অসি শক্তুনা মোত তৌগনি, মদুদি ''তিনতাল মেল, মাত্রা ৮- ''না বল না বল বন্ধু'' অসিনচিংবা।

* মথংদা সূত্রধারীনা ছাড়াদা শক্কনি, মদুদি- ''রাস অন্তে গোপীগণ বহিরে আইলা'' অসিনচিংবা। মতাং অসিদা গোপী পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণবু অমদি রাসমণ্ডলবু খুরুমদুনা মপান থোকপ্রগনি। মতম অসিদা মোইবুঙ খোংগনি।

* অসুম্না রাস লোয়রবদা পুংয়ৈবা ওঝা অনি অমদি সূত্রধারীনা রাস মণ্ডল অমসুং রাধা কৃষ্ণবু ধ্যান তৌদুনা খুরুমগনি। রাস শান্নরিবা মফম অদুদা হান্নদগী মন্দির লৈবা মফম ওইরবদি সেবা চৎলিবা রাধা গোবিন্দ অদুদা খুরুমগনি। মন্দির লৈতবা মফমদনা রাস মণ্ডলদা খুরুমগনি।

* মথংদা মাণ্ডব মপুনা হান্না খুরুম্লগা মকোক মথং কায়দনা ভাবক পুম্নমক খুরুমগনি।

* অসুম্না খুরুম্বা লোয়রদুনা মাগী মাগী মফমদা ফম্নরবদা যুম্নুনা ওজা অমসুং সূত্র শকপী (সূত্রধারী) বু অওম্বা দক্ষিনা কত্তুনা খুরুমগনি।

* নোংঙাল্লগা ''গোপী ভোজন (চাক পীজবা/উৎসব) তৌগনি।

[মথক্কীসিদা, ১৬৪-১৮১]

# (গ) বসন্ত রাস ক্রম্

(১) রাসধারীনা পুংগী রাগ মচা হৌরগা, সূত্রধারীনা রাগ "ললিত" হৌগনি।

(২) বৃন্দাবন বর্ণন ঃ তানচপ, মাত্রা ৮ঃ
বাঃ (বাঙ্গালী)ঃ অপরুপ শ্রীবৃন্দাবন শোভা...॥
মৈ (মৈতৈলোন)ঃ ওস্থোকপা মশক্কি শ্রীবৃন্দাবনগী নিংথিবা॥

(৩) বৈষ্ণব বন্দনা শ্লোকঃ
বাঃ অত্রসদা বিরাজ মান...।
মৈঃ মফম অসিদা নিংথিরবা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিমক্কা...॥

(৪) সুত্রগী ৱাহৈঃ কৃষ্ণগী ৱাখল অমসুং অভিসারঃ
বাঃ এরজনি নাগর রাজো...। (শ্লোক)॥
মৈঃ নন্দলয়দা শ্রীকৃষ্ণনা শয্যাদা চেপ্তুনা লৈরি...।

(৫) শ্রীকৃষ্ণ অভিসারঃ তাল-তানচপ, মাত্রা ৮, তাম্থা ১, ফাক ১
ঈশৈ- বাঃ সুখদা রজনী নব নাগর...।
মৈঃ নিংথিরবা অহিং উরগা শ্রীকৃষ্ণনা

(৬) তাল- মেনকুপ, মাত্রা ৮, তাম্থা ১, ফাক ১
বাঃ শ্যাম বিনোদ নগর নটবর...॥
মৈঃ নিংথিনা মুরবা জগোই হৈরবা কৃষ্ণনা...॥

(৭) তাল- তানচপ, মাত্রা ৮, তাম্থা ১, ফাক ১
বাঃ চুড়া কহে নোপুর, নোপুর ভাগ্য বানগ...।
মৈঃ চুড়ানা হায়এ নোপুর, নোপুর নংদি লাইবক ফৈদকো...।

(৮) তাল- তানচপ, মাত্রা ৮, তাম্থা ১, ফাক ১
বাঃ ঝন, ঝন, ঝন পদমুগ নোপুর বাজায়ে...॥
মৈঃ ঝন, ঝন, ঝন খোঙথাং নোপুরনা ঙংলি খোঙদা॥

(৯) লোংলৈ-উপলৈ লৈগনি।

(১০) তাল- মেনকুপ (কৃষ্ণনা কুঞ্জদা থুংবা), মাত্রা ৬, তাম্থা ১, হাইদোকপা
ঈশৈ- বাঃ পাওল নব নিকুঞ্জ কানন...।
মৈঃ শ্রীকৃষ্ণ লেঙলক্তুনা কুঞ্জদা য়ৌরে।

(১১) মুরুলী নাদ- কৃষ্ণগী বাঁশী খোংগনি...॥

(১২) বাঁশী অনুরাগ- রাধাগীনা বাঁশী অনুরাগ শক্কনিঃ-
ঈশৈ- বাঃ মুরুলী বাজিল মধুর স্বরে...॥
মৈঃ মুরুলী খোংলক্লে নুংশিবা সুরদা...॥

(১৩) রাধাঅভিসারগী ভাবনাঃ- তাল-মেল- তানচপ, মাত্রা ৮, তাছা ১, হাইদোকপা ১

ঈশৈ- বাঃ চল যাও সখী, এখন বিলম্ব কাজকি... ॥

মৈঃ চৎলসি ঈতাশা, হৌজিক য়াখল খল্লগনু॥

(১৪) রাধা অভিসারঃ তাল- মেনকুপ, মাত্রা ৬, তাছা ১, হাইদোকপাঃ-

বাঃ বিপি পথে জাইরে ধনি... ॥

মৈঃ কুঞ্জগী লম্বীদা লেঙলক্লে রাধা... ॥

বাঃ তমাল দেখিয়ে মাধব মলিলে... ॥

মৈঃ তমালবু উরগা কৃষ্ণনি নীঙদুনা... ॥

(১৫) সখী শান্তনা (সখীনা থেমজিনবা)ঃ

লেঙখৎপীরো প্রাণরাধে শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা উপায় তৌজগে... ॥

কদমগী মখোঙদা চীনদা বাঁশী খোংদুনা,

"রাধা ! রাধা !" হায়না কৌরক্লে।

(১৬) চামর সেবাঃ তাল- পঞ্চম সয়ারী, মাত্রা ৩০ঃ-

সূত্রধারী- নীঙথীরবী সখীশিংনা খুত্তা চামর পায়দুনা

রাধিকাগী মায়খোঙদা চামর থৌগল তৌজরী।

পূর্ণিমাবু ঙমজরবী ঈবেম্মগী মায়খোঙদা

সখীশিংনা পুক্লীঙ হরাউনা চামর সেবা তৌজরি।

*(১৭) তাল- চালি, মাত্রা ৮, তাছা ১, হাইদোকপা ১

ঈশৈঃ বাঃ চলিতে না পারে কৃষ্ণ প্রেম জ্বালা... ॥

মৈঃ চৎপা ঙমদরে রাধা কৃষ্ণগী প্রেমনা... ॥

(১৮) কৃষ্ণ উক্তিঃ

বাঃ আইসো আইসো সব ব্রজ নাগরী... ॥

মৈঃ লাকপীসি, লাকপীসি, ঐগী চান্নথোইরবী ব্রজগোপী পুম্নমক... ॥

(১৯) রাধানচিংবী গোপী উক্তিঃ

বাঃ কদমবিনী নব তমাল... ॥

মৈঃ চানবীয়ু হে ঈবুংঙো ! ঐখোয়না নীঙবা থুংজরে... ॥

(২০) সূত্র গীত (গোপী লেংথোকপা)ঃ তাল- চালী, মাত্রা ৮,

বাঃ নানা যন্ত্র মৃদঙ্গাদি আনি দিল বৃন্দা দেবী... ॥

মৈঃ যন্ত্র ময়াম পুংনচিংবা বৃন্দাদেবীনা পুরক্লে... ॥

(২১) গোপী রাগগী গীতঃ রাগ- বসন্তা রাগ হৌগনি, রাগ বাহন তৌগনি

''চুর্তাঙ্কুরনৈব কৃতা বতংস, বিধুনা মানারুন নেত্র পদ্ম॥
নীলম্বর কাঞ্চন চারু দেহা, বসন্ত রাগঃ প্রেমদা শহায়॥

(২২) বৃন্দাবন বর্ণনঃ শ্লোক-
বাঃ ''নব বৃন্দাবন নবিন লতা...॥
মৈঃ ''নীঙথিরবা বৃন্দাবনদা লৈ ময়াম্না...॥

(২৩) তাল- তিনতাল মচা, মাত্রা ৭ঃ-
বাঃ ''দেখ সখীরে সুখময়...॥
মৈঃ ''ঈতাশা, য়েংঙুনে নীঙথীরবা বৃন্দাবনদা''...॥

(২৪) তাল- মেলভুষনা, মাত্রা ৮
ঈশৈ- বাঃ ''দেখ সখী আজ মধুর বৃন্দাবন শোভা...॥
মৈঃ ''য়েংঙু ঈতা বৃন্দাবনসে, নীঙথীজরেনে''...॥

(২৫) তাল- তানচপ, মাত্রা ৮
বাঃ ''মধুর ঋতুচ মধুকর পাটি''...॥
মৈঃ বসন্তগী মতমদা খোইমুশিংনা পাইরক্লি''...॥

(২৬) তাল- চালী, মাত্রা ৮
বাঃ ''শজনী শজনী গ কেমনে...॥
মৈঃ ''য়েংঙু য়েংঙু চান্নবী করম্নবু খাংঙসিগে''...॥

(২৭) তাল- চালী, মাত্রা ৮
বাঃ ''বসন্ত, যামিনী বিল শই...॥
মৈঃ ''বসন্তগী অহিংদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা শান্নরি''...।।

(২৮) তাল- চারিতাল, মাত্রা ১৪,
বাঃ শ্রীরাধা গোবিন্দ সঙ্গে...॥
মৈঃ শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিমক্লা লৈনা লৈনা...॥

(২৯) তাল- চালী অরৈবী জগোই
বাঃ রাধা মাধব হেরি আনন্দ রস পুরি...॥
মৈঃ রাধা মাধব অনিসে পান্দমনীঙঙাই লৈরোয়...॥

(৩০) মতাংসিদা রাসকী ভঙ্গী ঈশৈঃ তাল ভুষনা মেন, মাত্রা ১৪
বাঃ ''নাচত নাগরী নাগর সঙ্গে...''॥
মৈঃ জগোয় শারি রাধানা কৃষ্ণগা লোইননা॥

(৩১) কৃষ্ণ রূপ বর্ণনঃ তাল মেনকুপ, মাত্রা ৬ ....॥

বাঃ শ্রবন কুন্দল কৃত খল মন ...॥

মৈঃ য়েংঙুনে ঈতা ! মণিনা থাল্লবা কুন্দল নায়িন্না ...॥

(৩২) তাল- দুইতাল

বাঃ নখ মণি দর্পন তিমির বিনাসে..."॥

মৈঃ খুজীগী মঙান্না অমম্ববু মাঙহল্লি"...॥

(৩৩) তাল- তানচপ

বাঃ নৃত্যতি মধুর মৃদ হাসি যুবতী ধৈরজ...॥

মৈঃ মোমোন মোমোন নোক্লা শাবা জগোইনা...॥

(৩৪) তাল- চালী, মাত্রা ৮

বাঃ শ্যামরূপগো শ্যামরূপ কি মাধুরী...॥

মৈঃ য়েংউ, য়েংউনে ঈবুংঙোগী নীঙথিরবা মায়থোঙসে...॥

(৩৫) রাধা নর্ত্তণঃ তাল- তানচপ, মাত্রা ৮

বাঃ চাঁদবদণী নার্চ্চ দেখি তা তা থৈয়া...॥

মৈঃ শ্রীরাধিকাগী জগোই উবদা তা তা থৈয়া...॥

(৩৬) তাল- মেনকুপ অরাওবা, মাত্রা ৬

বাঃ "নাচত রাধা বিধুমূখী'...॥

মৈঃ থাগী মায়থোঙ ঙমজবী রাধানা জগোই শারি...॥

(৩৭) তাল- মেনকুপ, মাত্রা ৬

বাঃ "চলন নর্ত্তন গতি অতি খঞ্জন"...॥

মৈঃ জগোই শারদুনা চৎলি খম্বাংচাক্কী শাজৎনা...॥

(৩৮) তাল-চালী (তিনতাল), মাত্রা ৮

বাঃ "অধর সুরঙ্গীনী রসিক তরঙ্গীনী"...॥

মৈঃ চীনবান্না নীঙথীরবী রসকী ঈথক হৌরিবী"...॥

(৩৯) পুংলোন জগোই তাগনি।

(৪০) তাল- চালী (তিনতাল), মাত্রা ৮

বাঃ "বিল পারি বাদিনী চরণে নোপুর ধনী"...॥

মৈঃ "অশংবা ফিগে থোল্লিবী"...॥

(৪১) অবির খেলঃ তাল- তানচপ, মাত্রা ৮

শ্লোক- বাঃ বৃন্দা বিধুমূখী সময়ক জানী...॥

মৈঃ বৃন্দাদেবীনা মতম চানা অবির পুথোক্কুনা থল্লে॥

ঈশৈ- বাঃ 'গীত সুখের রাধা শ্যাম ফাগুরস কেলি'...॥

মৈঃ নুংঙাইনা চাইনরি অবির খুবাম থন্না...॥

(৪২) সখী উক্তিঃ (গীত) - তাল, মেনকুপ, মাত্রা ৬

বাঃ ''মিনতি করি বলি প্রাণনাথ''...॥

মৈঃ ''ঐখোয়না হায়জরি হে ঈবুংঙো''...॥

(৪৩) তাল- চালী

বাঃ ''সকল সঙ্গিনী মেলী দেয়ত নাগর''...॥

মৈঃ ''সখী ময়াম তীন্নদুনা অবির চাইরক্লে''...॥

(৪৪) তাল- মেনকুপ, মাত্রা ৬

বাঃ ''শুন বন্ধু গোপীনী কান্ত রাধা কান্ত''...॥

মৈঃ ''তাবীয়ু ঐখোয়গী চান্নথোইবা চেনবীগনু''...॥

(৪৫) তাল- চালী, মাত্রা ৮

বাঃ সুখে বিহরই শ্রীরাধা মাধব সুখদ যমুনা পুলিনে...

মৈঃ নুংঙাইনা শান্নরি শ্রীরাধা মাধবনা নীঙথিরবা যমুনাগী মপান্দা..

(৪৬) কৃষ্ণগা চন্দ্রাবলীগা জগোই শাবাঃ

বাঃ দেখ চন্দ্রাবলী নাচত সঙ্গে বনমালী...॥

মৈঃ য়েংঙু চন্দ্রাবলীনা জগোই শারে শ্রীকৃষ্ণগা...॥

(৪৭) রাধাগী মানগী উক্তিঃ

বাঃ হের দেখ শিয়া প্রাণ ললিতা...॥

মৈঃ য়েংঙু য়েংঙু চান্নথোইরবী ললিতা...॥

(৪৮) সূত্রধারী উক্তিঃ

বাঃ সাধারণ প্রেম দেখী...॥

মৈঃ শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংবু অমত্তা ওইনা...॥

(৪৯) কৃষ্ণ উক্তিঃ

মৈঃ ঐনা গোপী ময়াম কোয়দুনা লৈরিঙৈদা ঐবু রাধিকানা উদুনা চৎখরে...॥

(৫০) কৃষ্ণ উক্তিঃ

বাঃ কিঙ্করিষ্যতি সা চিরং বিরহেন..॥

মৈঃ রাধিকানা ঐগা কুইনা উন্নদ্রদুনা কায়নরবদা

বাঃ এই নীল পত্ত শারী অঙ্গ হইতে উতারি...॥

মৈঃ রাধিকাগী অশংবা ফিজোন হকচাংদগী থাদোক্লম্মী॥

(৫১) কৃষ্ণ উক্তিঃ

বাঃ "কহ তরু লতা...॥

মৈঃ হায়য়ু উরী-উপাল! নখোয়না রাধাবু লম্বী অসিদা উবরা?...॥

(৫২) কৃষ্ণ উক্তিঃ

বাঃ বল বল শুক শারী...॥

মৈঃ চোংঙা তেনৱা! নখোয় ময়ামসু ঈবেম্মবু উবরা?...॥

(৫৩) কৃষ্ণ উক্তিঃ সখী কৌবা

বাঃ প্রাণ সখী কুথা হইতে...॥

মৈঃ চান্নরবী হে সখী নখোয় কদায়দগী লাক্লিবনো...॥

(৫৪) সখী উক্তিঃ

বাঃ শুন বহু বল্লভ কান...

মৈঃ তাবিয়ু চান্নথোইরবা রসনা মপুং ফারিবা হে ঈবুংঙো !

(৫৫) সখী গীতঃ

বাঃ শুন মাধব যে মানিনী...।

মৈঃ তাবিয়ু মাধব শ্রীরাধিকাদি শাওদুনা লৈহৌরে...

(৫৬) সূত্রধারী গীতঃ

বাঃ সখী সঙ্গে চলে শ্যাম যাহা ধনীরায়...॥

মৈঃ সখীশিংগা লোইননা লেঙলক্লে...॥

বাঃশুন রাধে কমলিনী কর অবধান...

মৈঃ তাবীয়ু রাধে, থম্বাল মানবী ! পুক্নীঙ তপথবীয়ু॥

(৫৭) রাধা গীতঃ

বাঃ না বল না বল বন্ধু ! যাও যাও...॥

মৈঃ লেঙবীরো ঈবুংঙো ! হায়বীরগনুনে লৌনম তৌবা ৱাঙাংদু ঙাংবীরগনুনে...॥

(৫৮) রাধা উক্তিঃ

বাঃ হরি হরি যাহি মাধব যাহি...॥

মৈঃ ঙাংজুনরে উইরুম উইরুম তৌবা মিৎ...॥

(৫৯) রাধা উক্তি (গীত)ঃ

বাঃ সুখ লাগি করিল পৃতি...॥

মৈঃ নুংঙাইনবগীদমক্তা খঞ্জবনি, আমৃতনা হু ওইবগুম্না ওন্ন-তৈনরে।

(৬০) সখী উক্তিঃ

বাঃ শান্তহ প্রাণরাধে, এই শান্তহ...

মৈঃ তপথবীয়ু, হে রাধে ! ব্রাখল তৌবীয়ু... ॥

(৬১) কৃষ্ণ উক্তিঃ

বাঃ স্মরগরলখণ্ডণং মমাশিরসি মণ্ডনং, দেহি পদপল্লব মুদারম

মৈঃ হে রাধে ! নহাক্কী ফজরবা নখোঙ থম্বাল উনা অনৌববু ঙমজবা অদুনা কামগী হু কোক্লবা ঐগী কোক্তা হাপ্পীয়ু ॥

(৬২) সখী উক্তিঃ

বাঃ হে রাধে ! তুমার কালাচাঁদ লতারে ধরনী... ।

মৈঃ হে রাধে ! নবুংঙো কৃষ্ণনা লৈপাক্তা তুদুনা লৈরে।

বাঃ ক্ষম অপরাধ অপরাধি যদি হয়ে (শাস্তনা = থেমজিনবা)

মৈঃ ঙাকপীয়ু মরাল লাল্লবসু ঈবুংঙোগী মফমদা... ॥

(৬৩) সূত্রধারীনা ঈশৈ-

বাঃ কাতর হইয়া ধনী রায়

মৈঃ কৃষ্ণনা লৈমায় মথক্তা তারদুনা লৈবা উবদা... ॥

(৬৪) সখী সেবা (সূত্রধারী)

বাঃ সময় জানিয়া সখী... ॥

মৈঃ মতম খঙবী সখীশিংনা কুঞ্জ পাংনা চঙশিল্লগা
অনিগী রূপপু য়েংজে... ॥

(৬৫) সূত্রগী ঈশৈ-

বাঃ রাধা সঙ্গে ক্রিয়া করে...

মৈঃ ইবেম্মগা শান্নরুরগা লেঙথোক্লক্লে কৃষ্ণনা... ॥

(৬৬) যুগল প্রার্থনা

বাঃ শ্রীরাধা গোবিন্দচন্দ্র কৃপা.... ॥

মৈঃ রাসেশ্বরী শ্রীগোবিন্দ কৃপা তৌবীয়ু... ॥

(৬৭) নৈ চাইবা ঈশৈ-

বাঃ জয় জয় ব্রজ নব যুবরাজ রাণী... ॥

মৈঃ শ্রীরাধা গোবিন্দ অনীমক্লা বৃন্দাবনদা য়াইফরি... ॥

বাঃ জয় জয় রাধা কৃষ্ণ গোবিন্দ জয়... ॥

মৈঃ জয় ওইরি রাধা গোবিন্দনা...॥

(৬৮) মৈতৈলোনগী যুগল আরতিঃ

কুঞ্জরাজ রাণীদা আরতি কৎচরি...॥

(৬৯) গৃহ গমনঃ কৃষ্ণ বাক্য-

তাবীয়ু ব্রজগী নীংথিবী ইবম্মখোয় !

নোংঙাল্লমদায় মৌরক্লে, নয়ূম নয়ূমদা হনখরো...॥

(৭০) গোপী উক্তিঃ ঈশৈ-

হায়বীগনু ইবুংঙো, ঙসিদি য়ূমদা হল্লরোয়

নহাকপু করম্না থাদোক্কুনা ইয়ুমদবু হনসিগে॥....॥

[ফ:ই:স:, ২০০৫, ১১৯-১২৭]॥

মম শিরশি মণ্ডনং দেহি পদপল্লব মুদারম''- হায়বসি থীদুনা থেন্নকপদগী শ্রীমতি রাধিকাগী ওইনবা থাদোকখিবা অসিনি। মণিপুরী রাসকী মখেলসিগী মহাওসি শ্রীমতি রাধিকাগী মান অসিদা লৈখিবনা অতৈ মণিপুরী রাসকী মখেলশিংদগী হেন্না রস চেলহনলিবা মহাও লৈহল্লিবনি।



(———— X————)

